



ময়েংবম অনন্দমোহন সিংহ, ইংকুমজা ১৯১১গী এপ্রিল তাং ৩০দা ইম্ফালগী কৈশামথোং এলাংবম লৈকাইদা পোকখি। অপোকপা যোগেন্দ্র সিংহ, মনিপুরদা বৃটিশকী মায়োক্তা অনোইবা ওইনা থেংনখিবা নাংথম্বগী লাল মতমদা পানখিবা মহারাজ কুলচন্দ্রগী কেসিয়ার ওইনা থবক তৌরম্মী। অপোকপা থাবলরা মহারাজ কুমার ফাইবোক যাইমাগী মচানুপানি। পোকমিংবা মাচাল মৌপবা ওরেংবা মনুংদো নুপা অমা যাওবগী অতোনবনী।

মহৈ-মশীং : ফিলোসোফি অমসুং সংস্কৃত বিষয় লৌদুনা বি: এ: পাশ তৌখিবা মণিপুরিশিংগী মনুংদা অমনি। লাইব্রেরী সাইন্সকী ডিপ্লোমা কোর্স, নেশনেল লাইব্রেরী, কলকাতাদগী পাশ তৌবা মনিপুরগী অহানবা লাইব্রেরীয়াননি।

শিনফম : বৃটিশ পোলিটিকেল এজেন্টকী মখাদা কেরানী অমা ওইনা থবক তৌবা হৌখি। ইংকুমজা ১৯৪৪-৫০ ফাওবনা কোনুংদা এ: ডি: সি: ওইনা থবক তৌরকপা মতুংদা রামলাল পাল স্কুলদা ওজা ওইখি। মনিপুর সরকারনা সেন্ত্রেল লাইব্রেরীদা লাইব্রেরীয়ান ওইনা খন্দনা মপুংফাবা লাইব্রেরী অমা ওইনবা হোৎনবদা চাওবনা থৌদাং লৌখি। সরকারগী থবক্তগী লোংথারবা মতুংদা জবাহরলাল নেহরু ইউনিভর্সিটি সেন্টর ওফ পোস্ট গ্রেজুয়েট ষ্টদিজদা মণিপুরি সাহিত্যগী ওজা ওইখি। অরোইবদা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীদা কলচরগী মরি লৈনবা লাইব্রেরী অমদি আর্কাইভ লিংখৎপদা অতৌবা শরুক যাখি। টি: এস: পাল মণিপুর বুইমনস কলেজগী ফাউন্দর প্রেসিডেন্ট ওইরি। নহারোল সাহিত্য প্রেমীগী প্রেসিডেন্টস মতম খর ওইখি।




**SHILLONG 1949**
by Mayengbam Anandamohan Singh
Keishamthong, Elangbam Leikai,
Imphal-795 001 (Manipur)
*Published by* . M. Akshayakumar Singh
Keishamthong, Elangbam Leikai,
Imphal-795 001 (Manipur)

অহানবা ফোঙবা ঃ সেপ্তেম্বর ২১, ২००৪।

অফোঙবা ঃ ময়েংবম অক্ষয়কুমার সিংহ,
কৈশামথোং এলাংবম লৈকাই, ইম্ফাল।



কোপি মশীং ঃ ১০০০ (লিশীং অমা)

মখুম ঃ নেষ্ট এদভর্টাইজিং এজেন্সি, সিংজমৈ, ইম্ফাল।

মমল ঃ লুপা ১৬০/-

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱারেংশিং অসি শীজিন্নবা পাম্বীরবদি মাঙজৌননা পল্লিসরগী অয়াবা লৌবিগদবনি।

নম্ফম ঃ লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।

অচুম্ অরালগী ৱাংমদা নিংঙমদ্রবা/নিংঙমহৌদ্রবা

হৌখ্রবা অমসুং হৌজিক্কী মণিপুরী নহারোল্

মীরোল্‌শিংগী মফমদা লাম্হোক্‌চরি।

[signature]

# ৱাহৌদোক

মাইঙো আনন্দমোহনগী খোর্জেজদগী থোরকলিবা 'শিলোং ১৯৪৯' হায়বা লাইরিক অসি ঙসিগী মণিপুরগী মীহৌরোলশিংনা য়াম্না কুপ্না নৈনবিবা মথৌ তাগনি। হৌখিবা চহী য়াম্খেমরী মুক্কী মমাংদা মণিপুরনা ভারত্তা তিনখিবগী থৌদোক অদু হাকথেংননা য়াওরুবা মীওই অমনা হঙ্গৎনা য়েংখত্তুনা মীয়ামগীদমক্তা থৌদোক অদু নিংশিংবনি। ইং কুমজা ১৯৪৯ গী সেপ্তেম্বরগী তাং ১৮ দগী তাং ২১ ফাওবগী নুমিৎ মরীনিগী অকুপ্পা মরীক চুমলবা পাউদম অমা মীয়ামদা অমুক হন্না ময়েক শেংনা পীবনি। অদুগা চুম্নগী ইতিহাসকী থৌদোক অমা লন্নাই পামজদুনা লীবা নত্তে, ইমুং মনুংগী ইতিহাস-ফেমিলি হিষ্টরীগী শরুক খরদা মণিপুরগী চিরবা নুংঙাইতবা তাঙ্কক খরা লোয়নরুবা, অমদি লন্নাই পুন্সি ৱারীগী মশক থোকলকপা মতমদা লৈবাক্কী ইতিহাসকী চাওরবা তাঙ্কক অমা শাক্ষী ওইরুবা, অমসুং মদুগী মতুং তারকপা মীহৌরোলশিংনা ঙসি ফাওরিবা নুংনাংবা, খোইরাং খোয়সাওনবা, অমদি মমাঙগী মীহৌরোলশিংনা শোয়খিবা কয়াদগী ঙসিদি অনৌবা ইতিহাস শেমননবগী লাঙতক্লবা ঈথিল অসিবু মশক খঙনা হৌখিবা থৌদোকশিং অদুবু অমুক পরিং চুন্না থমননবা হোৎনবগী পোৎথোক্লি। হায়রিবা তাঙ্কক অসি মণিপুরগী মীয়ামগী তুংগী পুন্সিদা অওনবা লৈরক্কদৌবা, লমদম অসিগী মীওইশিংনা মশাগী মরমদম অমসুং মীয়ামবু নুংশিজবা হকচীন্না ফাওদুনা, ওল্লকলিবা লৈঙাক অমসুং পুন্সিরোল শক্তমগী অৱা চৈনা অসি থম্মোইদা কুইনা লোত্তুনা থম্বা অদু ফোঙদোক্তবা য়াদদুনা পুন্সিগী লোইরমদাইগী তাঙ্কক্তা য়াম্না শাথীরবা, লূমলবা পোৎলুম অমা থাবদৌনা, লাইরিক অসি ফোঙবদা পূক্নীং খঙয়াং য়াবগী শকলোন ফাওনা ফোঙদোকপগী নুংঙাইবা অদু মীয়ামদা লানথোকলি। হায়রিবা খুৎই অসিনা ঙসিগী মীওইশিংগীদমক মণিপুর অমসুং ভারতকী লৈনরিবা মরী অসিদা নুংনাংলিবা শক্তমগী ঈঙ্গিৎ কয়া অমা পীরি। অদুগা লোয়ননা মণিপুরগী মীয়ামনা লাইরিক অসিগী অৱাৎ অপা কয়া অমা মেনসিনবিদুনা লৈবাক অসিগী হৌরক্লিবা মীহৌরোলশিংগীদমক অনৌবা লৈঙাক্লোনগী পূক্নীং লৌশিং ওইহন্ননিংবা ৱারোল কয়া অমা য়াওরি।

চুম্নগী ইমুং মনুংগী ৱারী শীংবুন ফেমিলি হিষ্টরীগী শরুক খরনা মণিপুরগী লৈঙাকলোনগী চিরবা তানকক অনীখক্তা থৌদোকপু হকচাংনা তাইনরুবা শকলোন অসি য়াম্না চেকশিন্না য়েকন্নবা হোৎনজে। মাইঙো অনন্দমোহন্নগী ঈধৌ ময়েংবম যোগেন্দ্রসিংহনা ইং কুমজা ১৮৯১ গী টেকেন্দ্রজিৎ অমসুং থাঙ্গাল জেনেরেলগী ফাঁসী তৌবগী থৌদোক্তা অহল ওইরবা থাঙ্গালবু ফাঁসী শগাইদা থাঙ্গৎপা তাখি। অদুগা মশু ইবুংঙো অনন্দমোহন্না মণিপুরগী নিংথৌ মহারাজ বোধচন্দ্রনা শিলোংদা ভারত্তা তিনবগী সই তৌবগী থৌদোক অদুদা থেংনবা চৈনা অদুসু হকচাংনা ফাওখি। লৈবাক্কী মরুওইবা ইতিহাসকী থৌদোক অমদা ইমুং অমগী জেনেরেশন অহুম্না ঈশাগী পুন্সিরোল ওইনা থেংনরবা অসি য়াম্না মরুওইবা ৱাফম ওইনা থমনিংলিবা অসি ইমুং অসিগী লাইবক্কী ৱাফমদা নত্তনা ইতিহাসকী অথুপ্পা কয়া অমা মীয়ামদা ফোঙদোক্তবা য়াদবা থৌদাং ওইনা মাইঙো অনন্দমোহন্না ফোঙদোক্লীংঙি। থৌদোকশিং অসিগী ইতিহাসকী অশেংবা ৱারী শীংবুন অচুম্বা অদু লিথোকপনা অইবগী পূক্লীং লৈতাবা ফংগনি থাজে। হায়রিবা থৌদোকশিং অসিদা ময়াম্না হান্না থাজনরুবা ইতিহাসকী থৌদোক খরদি তোঙানবা অনৌবা ৱারোল থোক্লগনি খঞ্জে। অদুনা পোৎথোক অসি শুপ্পগী অচম্বা নিংশিং ৱারীদা নত্রি, মরুওইবা পোলিটিকেল ওটোবাইওগ্রাফী ওইনা অইবনা মীয়ামদা থমজনীংঙি। লোয়না লোয়ননা হান্না থাজনরম্বা ইতিহাসকী মীকুপ কয়া অমসু অমুক নৌহৌনা অচুম চুমদা লেপ্পকনবগী খুদোংচাবা অমা মীয়ামদা লানথোকলি।

লৈবাক্কী নেশনেল ট্রেজডি অনী হায়বদি সম্রাজ্য অমদি লোইলম শন্দোকপা বৃটিশ সম্রাজ্যগী অচৌবা শাফুদা অপীকপা লৈবাক অমনা অচৌবা বৃটিশ ইন্দিয়ান এমপাইয়ারগা মরুপ ওইনা লোয়নরুরগা আরোয়বদা অচৌবা মরুপ অদুগী লাংদা থুদুনা লৈবাক্কী নীংতম্বা মাঙখিবা তরামাপলশুবা সতাব্দীগী থৌদোক অমা, অদুগা হায়রিবা সম্রাজ্য অদুনা হন্দোকখিদুনা লৈবাক্কী নীংতম্বা হল্লকলবা মতুংদা মহুৎ শিলহৌরিবা ভারতকী ডোমিনিয়ন অদুনা অমুক হন্না মণিপুরগী মীওইশিংবু মৱা লৌদনা, লৈবাক্কী মীওইশিংবু থৌওইবা তৌদনা নমফু হাফু তৌদুনা অনৌবা ভারত্তা তিলহনখিবগী ইতিহাসকী থৌদোক অনীসি মণিপুরগীদি চাউরবা লায়বক থীবা তাঙ্কক অনীনি। মতম খেন্নরবসু, শকলোন খেন্নরবসু, মনুংগী ঈঙ্গিৎতি অমত্তনি। অহানবা থৌদোক অসিনা সম্রাজ্য অমসুং লোইলম শন্দোকপা থিংনবা, ঈশাগী নীংতম্বা ঙাকনবা হোৎনবদা লৈবাক্কী মীওইশিংনা লানফমদা থৱাই থাদোকপা, লুচিংবশিং ফাঁসী শগাই কাবনি। অকোনবগীশিনা নমথাক্কী লাংদা

ঈশাগী মীওইশিংগী ৱারেপ য়াওহন্দনা, ঈশানা ঈশাগী তুংগী পুন্সি লেপহন্নবগী খুদোংচাবা পীদনা, য়াম্না কন্না হাংদোকলকলিবা মীওইবনা ডেমোক্রেসীগী ঈথিলবু পামজবা শকলোনবু নাথৈহন্দুনা মণিপুরগী মীওইশিংবু তাংজবগী পুন্সিরোলদা হন্থহনবনি। হায়রিবা শকলোনশিং অসি ইমুং অমগী চারোন শুরোন্না হকথেংননা থেংনজবগী ৱারী শিংবুননি।

মণিপুরনা ভারত্তা তিনবগী ৱারী শীংবুন অসি হৌজিক মীয়াম্না য়াম্না নৈনখ্রবা ৱাফমনি। লোয়ননা মীয়াম্না অদুঙৈ ইং কুমজা ১৯৯৩ দা মীয়াম প্রজাগী ওইবা কনভেনশন অমদা হায়রিবা মার্জর এগ্রীমেন্ট ১৯৪৯ অসি মালেমগী ওইবা মীওইবগী হক্কী আইন মাইয়োক ওইবা অদুগুম্বা য়ান চেরোলনি লাউথোকখ্রবনি। লৈবাক্কী অনৌবা ডেমোক্রেটিক ইলেকশন ১৯৪৮ অসিবু ফাগী তাহনখিবা, মশা মথন্তনা লৈঙাকচদ্রবা লৈবাক্কী নিংথৌবু কিহন্দুনা, খুৎলাই পায়বশিংনা শঙদুনা, নমফুদা, অন্দর ডুরেশতা, শাইকোলোজিকেল, মেন্টেল টোরচর পীরবা মতূংদা অয়াবা ফংখিবনি, অদুগা হায়রিবা অয়াচে অসিসু, য়ুমদা লৈবাক্কী ওইবা এসেমব্লী অদুনা রেটিফিকেশন পীহনখিদ্রবনি। নিংশিংবা য়াবদি কাশমীরনা ভারত্তা তিনবা কাশমীর এসেমব্লীনা অনীরক খুৎতিন অদুবু য়ারে হায়দুনা রেটিফাই তৌখিবনি।

নৌনা নীংতম্নক্লিবা, বৃটিশ সম্রাজ্যগী মহুৎ শিলহৌরিবা ভারতনা করম্না অপূনবা ভারত ওইরকপগে হায়বসি তুংগী মীহৌরোলশিংনা ইতৎ-তত্তনা ৱাহং তৌরক্কদৌবা ৱাফমনি। 'ফোর্শ ওফ আর্মস' খুৎলাইগী শক্তি শীজিন্নদুনা মীয়ামগী অপাম্বা নমথবা হায়বসি ভারতকী অচৌবা ঈনাৎ অমনি। খুৎলাই শীজিন্নরগা নমফুদা ভারতকী ষ্টেট ওইহনখিবশিংগী মনুংদা হাইদ্রাবাডকী ৱাফমশি য়াম্না চাউনা মালেমগী থাক্তা ৱাথোক ওইখি। হাইদ্রাবাডকী গভর্নমেন্টনা ইউনাইটেড নেশন্সকী সেক্যুরিটি কাউন্সিলদা ৱাকৎখিবা, ইন্দিয়ানা লান তাশিল্লক্কদৌরক্কদৌবগী অকিবা লৈরে (সেপ্তেম্বর ১২, ১৯৪৮) অমসুং লান তাশিলক্লে (সেপ্তেম্বর ১৩, ১৯৪৮) হায়দুনা ৱাকৎখিবা, অমসুং মতুং তাবা মালেমগী ওইবা নৈনবা মতাং অসি য়াম্না মরুওইবা তাঙ্কক অমনি। হায়রিবা তাঙ্কক অসিদা ভারতনা মশাগী ওইবা ষ্টেট অমা শেমননবা হোৎনবা, অমসুং ষ্টেট অমা ওইনা য়াদবা ৱাখল্লোন কয়া অমা মালেমগী থাক্তা থেংনবা, অমসুং মশাগী ভুগোলগী মনুংচনবা লৈবাকমচাশিংগী মীওইশিংবু খুৎলাইগী মতেংনা নমথরগা, মালেমদা অতোপ্পা ৱারোল পীবা অসি য়াম্না মরু ওই। মতম অদুগী ভারতকী মীহুৎলোইশিংনা ইউ এনগী সেক্যুরিটি কাউনশিলগী মীফমদা হায়খিবা ৱারোলশিং অদু ঙসি য়াম্না

মরী লৈনবা, হকচীন্না নৈনবা য়াবা ব্বারোলশিং ঙাক্তনি। হাইদ্রাবাড লৌশিনবগী মতাংদা ইন্দিয়াগী ব্বারোলদি হাইদ্রাবাড অসি মনীংতম্বা লৈবাক নত্তে, সেক্যুরিটি কাউনশিলদা মখোয়না ব্বাকৎলোন থাঙ্গৎপগী হক লৈতে। অদুগা হাইদ্রাবাডকী নীইজামনা মশাগী লন্নাই শেমগৎপা শিফাইশিং শীজিন্নদুনা (প্রাইভেট আর্ম্মী) হাইদ্রাবাডকী মীচম প্রজাশিংবু নৈবদগী ভারত্তনা একসন লৌবনি অসিনি। লোয়ননা হাইদ্রাবাডকী নীইজামনা সেপ্তেম্বর তাং ২০ দা ভারতকী লান্মীশিংদা চংজরবা মতুংদা ইউ এনদা কেশ অদু হন্দোকচরগে হায়না দরখাস্ত থাখি। অদুবু হাইদ্রাবাডকী মীহুৎলোই অদুনা মখোয়গী নীইজাম অদু ভারতনা নমফু শীজিন্নদুনা ব্বাকৎহনবনি খঙনা ইউ এনদগী কেশ অদু হন্দোকউ হায়বা য়াখিদে। ব্বারোলশিং অদু ইউ এনগী জেনেরেল এসেমব্লী য়ৌরকখি। পাকিস্থানগী মীহুৎলোইশিংনা হাইদ্রাবাডকী মীচং ওইখি।

ভারতনা নীংতমলকপা মতমদা ইং কুমজা ১৯৪৭ দা, ইন্দিয়া ইন্দিপেনডেন্স এক্ট ১৯৪৭ মতুং ইন্না নিংথৌ পানবা লৈবাকশিংনা ভারত নৎত্রগা পাকিস্থান্দা য়াওনীংবা মওংদা য়াওবা য়াই, অদুগা মখোয় মনীংতম্বা লৈবাক ঙাক্তনিনা করিগুম্বা মখোয়না ভারত নৎত্রগা পাকিস্থান্দা য়াওবা ঙমদ্রবদি মখোয় নীংতম্না লৈগদবনি অসিনি। অদুনা ইন্দিয়াগী পাঙ্গল শক্তি শীজিন্নদুনা, মিলিটরী একসন লৌদুনা হাইদ্রাবাডকী নীংতম্বা মাঙহল্লে। করম্বা মিলিটরী একসননো হায়রবদা নুমিৎ হুমনি চুপ্না য়াম্না শাথীবা খুৎলাই পায়বা লান্মীনা, অতিয়াদগী বোম থাদবা মতেং লৌদুনা লান্দাশীন্দুনা, ঈখেং তানবমখৈ কাপনদুনা হাইদ্রাবাডপু নমথবা অমসুং মীয়াম্বু লোই চনশিনবনি। লোয়ননা হাইদ্রবাডকী মুসলিম মাইনোরিটিশিংবু ওৎ- নৈবা, অমসুং ইন্দিয়াদা তিনশিনবদা য়াদ্রিবা 'রাজাকার' শিংবু শাথীনা ওৎ নৈবীরে অসিনি।

ভারতকী মায়কৈদগীদি হাইদ্রাবাডতা ইন্দিয়ানা লান্মী থাজিল্লিবসি থাজিন্দবা য়াদদুনা থাজিনবনি, ষ্টেট অদুদা অমদি থংনবা জিলাশিংদা কুইনা আইন লৈতবা, অমসুং ঈরাং থোকহনবা অদুদা (প্রোলোঙ্গড লোলেশনেশ এণ্ড ডিসওর্ডর) ইন্দিয়ানা য়াম্না নুংঙাইতনা একসন লৌবা তাবনি। অদুগা লানগী থৌরাং অদুসু নুমিৎ হুমনিদং চঙলিবা অসি মীয়াম্না শৌগৎপদগীনি। নীজামনা ব্বাকৎ হন্দোকখিবা অসিসু মশানা য়ানা হন্দোকপনি অগুর ডুরেশতা তৌখিবা নত্তে মশানা হায়জখ্রবনি। মহাকপু মতেং পাঙলম্বা মন্ত্রীশিং 'রাজাকার' শিংগী মীহুৎ লোয়না রিজাইন তৌখ্রবনি। রাজাকারশিংসু খুৎলাইগী মতেং লৌদুনা মন্ত্রীশিংবু মতেং পীখিবনি,

ভারত্তা তিনবা য়াহনখিদবনি। অদুনা মরম ওইদুনা নীইজাম অমসুং ভারতকী মরী ফৎনহনখিদবনি। হাইদ্রাবাডপু মনীংতম্বা ষ্টেট অমা নত্তে হায়বসি শেংলবনি। ইন্দোনেশিয়াগী রিপব্লিক্কা মান্নবা য়ারোই। মরমদি অতোপ্পা মনীংতম্বা মলেমগী লৈবাক অমত্তনা হাইদ্রাবাডপু শকখঙবা লৈতে। অদুগা লোয়না লোয়ননা নোংপোকলোমদা বর্ম্মাগী ফীভম য়েংলুরগা (বর্ম্ম নীংতমখ্রে ইং কুমজা ১৯৪৮) ইন্দিয়ানা কৈদৌঙৈদসু মনুংগী নিংথৌ পানবা লৈবাকশিংনা মালেমগী ওইবা মনীংতম্বা লৈবাক ওইদুনা ইন্দিয়াগী অপুনবা শক্তম কায়হনবা য়ারোই।

হাইদ্রাবাডকী ৱাফম অসি লাইরিক অসিগা মরী লৈননা পুশিল্লুবগী মরমদি অপুনবা ভারতকী অনৌবা মিৎয়েংদা ভারতকী লৈঙাকলোইশিংনা অপীকপা হান্না নীংতমলম্বা লৈবাকশিং, বৃটিশকী পাঙ্গল শক্তিনা সম্রাজ্যগী মনুং চলহল্লম্বা মতুংদা হন্দোরকপা য়াদনা অপুনবা ভারতনা খোপচিনবগী ৱাখল্লোন অসি মীয়াম্না খঙবিবা মথৌ তাই হায়দুনা থমজবনি। অদুগা লোয়না ভারতকী লুচিংবশিংনা মতাই লমগী অপীকপা লৈবাকমচাশিং, অমসুং মীয়াম প্রজাগী মীহুৎ ওইরিবা মীওইশিংদা করম্বা মিৎয়েংনা য়েংবগে, অমসুং রাজনীতি করম্না শান্নবগে হায়বসি মীয়াম্না মুন্না খঙবিবা মথৌ তাই।

ভারতনা নীংতমলকপদা অপুনবা লৈবাকশিং খোমজিন্দুনা অকনবা ভারত অমা ওইহন্নবা লাকল্নবদা অচৌবা থৌদাং য়াখ্রিবসি ঙসি ভারত অপুম্বনা 'ষ্ট্রোঙ্গমেন ওফ ইন্দিয়া' নৎত্রগা 'আইরনমেন ওফ ইন্দিয়া' হায়না খঙনরবা সার্দার ভল্লবভাই পটেলনি। মণিপুর ভারত্তা তিনবা মতমদা মহারাজ বোধচন্দ্রবু সই তৌহন্নবা লাকনবদা 'শিলোংদা ব্রিগেডিয়ার' অমত্তা লৈত্রবরা হায়না আসামগী গভর্নর শ্রী পকাশ অমসুং মহাক্কী এডভাইজর নারী রুস্তমজিদা হংখিবগী ৱারী মীয়াম্না লোয়না খঙনরে। অতোপ্পা অকুপ্পা ৱারোল খরসু লৈরি। ৱারোলশিং অদু মণিপুরদা ফোঙখ্রবা লাইরিক কয়া অমদা য়াওখ্রবসু অমুক হন্না অর্থ হন্নবা মথৌ তারিবসি ভারতকী লুচিংবশিংনা অপীকপা লৈবাকশিংগী মীওইশিংদা করম্না য়েংবগে, করি মিৎয়েংদা করম্না লোয়নবগে হায়বগী ৱাফমনি। মতাং অসিদা শ্রীভল্লবভাই পটেলনা মণিপুরগা মরী লৈনবগী ৱাফম, অমসুং মহাক্না মহারাজ বোধচন্দ্রবু করম্না খল্লম্বগে হায়বগী ৱারোল খরগা মতাং অসিদা নিংশীংজনীংঙি।

মীয়াম্না ঙসি নিংশীংবিগনি, মণিপুরদা আর্মড ফোর্শেশ স্পেশিয়েল পাৱারস, এক্ট ১৯৫৮ অসি নাগালেণ্ডগী ৱাফমদগী মণিপুরদা শন্দোরকপনি, ইং কুমজা ১৯৬১ দা তমেংলোং য়ৌরকপদগী মণিপুরদা মথং মথং ইং কুমজা ১৯৮০ দা

মণিপুর শীনথুংঙকপনি হায়না মীয়াম্না লৌনৈ। তশেংবদি হায়রিবা আইন অসি ভারতকী নীংতম্বা পার্লিয়ামেন্টকী ৱারেপ মতুং ইন্না ইং কুমজা ১৯৫৮ দা আইন ওইখিবগী ৱাদনি, মশিগী মমাংদা বৃটিশকী মতমদা লৈরম্বা আর্মড ফোর্শেশ স্পেশিয়েল পাৱারস ওর্ডিনেন্স ১৯৪২ অদু সার্দার ভল্লবভাই পটেলনা মণিপুরদা হিজম ইরাবতকী লালহৌ নমথনবা এপ্রিল ১৯৫০ দা মণিপুরদা শীজিন্নরমলবনি। নাগালেণ্ডদগী হান্না মণিপুরনা নীংতম্বা ভারত শিফাইগী মীওৎ মীনৈ অদু থেংনখ্রবনি। মতম অদুগী লাইবক ফবা অমনা শিফাইনা মণিপুরগী নুপীশিংগী ঈজ্জৎ মাঙহনখিবগী ৱারী তাদে। মণিপুরগী মীচম প্রজা, সিভিলিয়ান পোপুলেশন অসিবু য়ান্না থীনা ওৎ নৈখিবগী ৱারোলসু তাদে। ইরাবত ফাননবা হোৎনবদা লৌমী মীয়াম্না ময়াং শীফাইশিং থেংনবগী ঈথিল অসি মীয়ামদা হন্না হন্না ময়েক শেংলকখিগনি। য়াম্না কন্না মাইয়োক য়াখিবনি। মরুওইবা ৱারোলদি ভারতকী তৃংগী মায়কৈ লমজিংলিবা লুচিংবশিংনা মণিপুরগী লুচিংবশিংদা য়েংবা মিৎয়েংশি ঙসিফাওবা পঙখেন খেন্নবা লৈতনা পরিং নাইনা চত্থরকপগুম তৌরি। হায়রিবা মিৎয়েংশিং অসিনা ভারতনা তাল্লিবা অপূনবা ভারতকী পান-ইন্দিয়ান আইডেন্টিতিগী অকুপ্পা লীচিং অসি থোইদোক্না চেৎশিল্লবা কিশি ওইহন্দবগী শকলোন অদুম চেন্নরি হায়বা তাকই। কুনমাথোইশুবা সতাব্দীদা ভারতকী নেশনহুডকী মিৎয়েং অসি কুনশুবা সতাব্দীগী তংখায়দা য়েংখিবা মিৎয়েংদগী পঙহোং হোংবা লৈত্রি হায়বসি মতম অদুগী লুচিংবশিং অদুগী চিঠি, ডোক্যুমেন্টন্নচিংবশিংনা য়াম্না নিংথিনা ফোঙদোকই।

মীয়াম্না নীংশীংবিরমগনি, ভারতনা মণিপুরবু অপূনবা ভারতকী শরুক অমা ওইহন্নবা হোৎনবদা লান্মী শিজিন্নবগী থৌরাং অসিদি চৎনবী অমা ওইনা লৈরকপা কুইরে। শন্না, নীংতমলবা ভারতকী থৌশীলদা ইং কুমজা ১৯৪৯ গী য়াম্না লুরবা তাঙ্কক অদুদা বোধচন্দ্র মাহারাজগী চৎথোক চৎশীনগী নীংতম্বা অদু থৎপগী ৱাদ নত্তনা, ইম্ফালদসু করিগুম্বা মীয়াম্না য়ানীংদবগী ঈহৌ শাগৎলক্লবদি নমথনবা হায়দুনা হাননা শিফাইগী লাল্লোং লোইশিন্দুনা লৈরবনি। হান্না ষ্টেশন তৌদুনা লৈরবা মরিশুবা আসাম রাইফলসকী বেটেলিয়ন অসিগী মথক্তা আসাম রেজিমেন্টকী অহানবা বেটেলিয়ন, লেফনেন্ট কর্নেল রামসিংগী মখাদা শিলোংদগী থাজিল্লকখ্রবনি। ওক্টোবর তাং ১৫, ১৯৪৯ গী মণিপুর লৌশিনবা অসি ঙাকননবা ওক্টোবরগী তাং ১২ দা ইম্ফাল য়ৌরকখি। মিনুথোংদা ষ্টেশন তৌদুনা লৈখি।

লান্মী শীজিন্নদুনা য়াদবা খোনজেল নমথবা, অমসুং জাতি মচা অমবু থাজদবা, লাপনা, চিংননা য়েংবা মিৎয়েং অসি ভল্লবভাই পটেলগী ৱাখল, মিৎয়েংদগী ঐখোয়না ফজনা খঙবা ঙম্মী। অদুঙৈ মণিপুরনা ভারত্তা তিনদ্রিঙৈগী মমাংদা মণিপুর অমসুং অৱাংনোংপোকলমগী মোঙ্গোলোইড খুন্নাইশিং অসি ভারত্তা লোয়ালটি লৈগদবা মান্দে হায়না পটেলনা নেহরুদা পাউদমখিবগী ৱা মীয়াম্না খঙনরে। ভারত্তা তিল্লবা থৌদোক অসি পাঙথোক্লবা, মণিপুরগী ডেমোক্রেটিক ওইবা ইলেকশন্না খঞ্জরবা আইন সভা অসিবু মুথৎলবা মতূংদা, অমসুং আসামগী গভর্নর শ্রীপ্রকাশপু শ্রীজয়রামদাশ ডৌলটরামনা মহুৎ শীনখ্রবা মতূংদা শ্রীপটেলনা আসামগী গভর্নর অসিদা অইবা চিঠি অমদা মহারাজ বোধচন্দ্রদা মহাক্কী মিৎয়েং করিনো হায়বসি ফজনা ফোঙদোকই। অদুঙৈ ইরাবতকী লৌমীগী লালহৌ অসি নমথনবগী শিফাই থাজীন্দুনা মীয়ামগা অকনবা মুক্নরিঙৈ মতম অদুদা মহাবাজ বোধচন্দ্রনা ইরাবতপু ফজবা মওংদা তাইশিন্নবা হোৎনগে হায়না পটেলদা পাউ পীবদা মহাক্না বোধচন্দ্র মহারাজসি ইরাবতপু কোনুংদা লোত্তুনা থম্মী, মরী মতাশুনি হায়না চিংনখি। লোয়ননা মহাক্না অতোপ্পা মহারানীশিং লুহোং-খোংদোংববুসু হন্থনা য়েংখি। মহারাজ মশাদি য়াম্না চম্বা মীওইদি মাল্লি, অদুবু য়াম্না মবুক ফত্তবা, অপংবা নৎত্রগা টাকুরা হায়না চিংনদবা ঙমদে হায়না শোল্লি। মহারাজ অসিগী মবুক লেপতবা, অদুগা নিয়ম-নিতি ইন্দবা মীওইনি হায়না হল্লি। *(জুন ৫, ১৯৫০গী চিঠি।)*

পূন্নমক অসিনা ভারতনা মণিপুর করম্না লোয়নবগে হায়বগী ৱাহং কয়া অমা হাংদোরকপদা মাইঙো অনন্দমোহনগী অনৌবা লাইরিক অসি য়াম্না কান্নগনি খল্লি। তৌবদদি মাইঙোগী লন্নাই ৱাখল থরসু মীয়ামগী ৱাখলগা খেন্নবদি য়াওদবা নত্তে। মাইঙোনা ইন্সত্রুমেন্ট ওফ একসেসন অসি মরুওইবা ডোকুমেন্ট অমনি হায়না য়াম্না লুনা লৌই। মণিপুরগী সোভরেনটি অসি ইং কুমজা ১৯৪৭ তা কমপ্রোমাইজ তৌখি খল্লি। ইন্সত্রুমেন্ট ওফ একসেসনগী আর্টিকল ৭ অমসুং ৮ না সোভরেন্টি কমপ্রোমাইজ তৌদে, হায়বসিমদি থমজনীংঙি। লোয়ননা মাইঙোগী শিলোং ইং কুমজা ১৯৪৯ মহারাজগী খোঙচৎ অসিদা অলিম্মুডিনগী ইলেকশন কেশকী মতাং পন্দে। পূন্নমক অসি মীয়াম্না নৈনবদা য়াম্না ৱাখল থোকনীংঙাই ওইগনি।

সেপ্টেম্বর ১০,২০০৪। **ডা. লোকেন্দ্রা অরাম্বম**

# অইবগী ৱারোল

ৱারী অসি ঙসিদগী চহী ৫৭ রোম্‌গী মমাঙ্‌দা থোক্‌খিবা থৌদোক্কী ৱাফমনি। মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহনা মণিপুরগী নিংথৌ ওইনা পাল্লকপগী চহী ৭ রোম্ শুরক্‌পা মতাঙগী ৱাফম্নি। মরু ওইবা থৌদোক্তি পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও খ্বাই মীয়াম্না জাপান্ লান্ হায়না খঙন-তানরিবা অদুনি। লান্ অসীনা মণিপুরগী সীমানা ঙম্‌খৈ নোংপোক্ লোমদা উখ্রুল্-য়ৌরক্লগা ইং কুমজা ১৯৪২ মে তাং ১০, নোংমাইজিং নুমিৎকী নুংথিল পৃং ১২ রোম্ তাবা মতম্‌দা প্লেন্ অমখক্লা মফম ৩ দা বোম্ অমমম্ থাদদুনা অকাশকী লান্ হৌখি। মতুং তাং ১৬, থাঙ্‌জ নুমিৎ অহানবগী পৃংফম্ অদুমক্তদা প্লেন্ ১০ হেন্‌বনা তেঞ্জৈ শানা পাইরকই চাইনা শন্দোক্তুনা ইম্ফালগী শরূক্ কয়াদা তম্‌থিনা বোম্ থাদখি। ইম্ফাল সহর খুন্তাক্-লান্‌শিবা থোক্‌হনখি। অসীগী মতুংদগীদি মণিপুর ইম্ফালদা অকন্‌বা লান্ অদুম চত্থখবে। জাপান্না মণিপুর লান্‌শিল্লগা দিল্লী য়ৌননবা পান্দমদা চহী অহুমমখায়, ইং কুমজা ১৯৪২ মে থাদগী ইং কুমজা ১৯৪৫ চহী ময়াই ফাওবা হোৎনবনু মহৈ চাবা ঙম্‌খিদ্রে। ইং কুমজা ১৯৪৫ ময়ায় চল্লক্‌পদা এলাইড্‌ফোর্স্‌না হেরোসিমা অমসুং নাগাসাকিদা এতোম্ বোম্ থাদরকপদগী তঙাই ফদনা জাপান্না এলাইড্‌ফোর্স্‌দা আত্মসমর্পন (Surrender) তৌখি মাসিদা লাঞ্জাও অদু পূম্লোই লোইরে।

লান্ লোইরে বৃটিশ মায় পাক্লে হায়বা পাউ অসী বিলাতকী নিংথৌরেল্ জর্জ (আর আই) না মহারাজ বোধচন্দ্রদা টেলিগ্রাফ্ পাউ অমা ইং কুমজা ১৯৪৫ ওটোবর ৮ দা পীরকখি। অসিগা লোয়ননা ত্রিব্যুট কোক্‌পগী ৱা পল্লমখি।

লাঞ্জাও অসিগী হেক্ মতুংদা বিলাত অমসুং ভারতবর্ষদা অনৌবা রাজনীতিগী অহোংবা অমা লাক্কদবগী মনিন্-মমি তারক্‌খি। বৃটিশ পার্লিয়ামেন্টতা কন্‌জার্ডেটিব মিষ্টর এট্‌লীনা লুচিংবা লেবর পার্টিনা মুন্দুনা বিলাতকী সরকার

পায়বগা লোয়ননা ভারতবর্ষবু স্বাধীন পীননবগী ৱারেপ্ লৌখ্রে। ৱাফম্ অসী ইং কুমজা ১৯৪৭ কী আগষ্ট ১৫ গী অহিং নোংয়াই পুং ১২ হেক্ তাবদা ভারত শীন্থুংনা লাওথোক্কনি হায়নসু খঙ্হল্লক্লে।

মথক্কী নুমিৎ অসীগী অহিং নোংয়াইদা গৌরহারি পি এস, ঐহাক্ ঈশামক্, আনন্দমোহন, এ ডি কোং (A.D.C) অনীনা থৌগল তৌদুনা মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহ্ পোলিটিকেল এঞ্জেন্সি ইম্ফাল বাঙ্গলাদা লেঙ্ই। মণিপুর ষ্টেট দারবারগী অনীরক্ হন্না প্রেসিদেন্ট ওইরক্লবা মিষ্টর ষ্টেৱার্ট সাহেবনা, ফম্ থাদোক্তুনা ময়ুমদা চৎখ্রবা মিষ্টর জিমসননা চার্জ পুদুনা লৈরম্বতা নত্তনা বৃটিশ ক্রাউন্ রিপ্রেজেন্টতিটিভ ওইনা মহারাজবু ওক্ই। ঐখোয় মরিমক্, করিমতা য়াওদবা টেবল মচা অমগী অকোয়বদা থাবা চৌকি মরিদা ফম্মি। ষ্টেৱার্টনা মমাঙ্ ওল্লি, মহারাজনা মাইওক্লনা মনীং ওন্না লেঙ্শিল্লি, ঐখোয় অনীনা মহারাজগী হাইফেৎ তুং ওইরপ্ ফম্মি। ৱা মচেৎ অমতা ঙাঙ্দনা, উন্-ৱাইমুক্ চীক্না মিনিত অনীগুম্বা ফম্লগা ঘড়ী য়েংদুনা ষ্টেৱার্ট হৌগৎলি ঐখোয় পূম্নমক হৌগৎলবা মতুঙ্দা ষ্টেৱার্টনা "Your Highness, The British Paramountcy over Manipur State lapse from this moment. The State of Manipur is handed over to your Highness" হায়রগা ঐখোয় মরিমক ফম্থৈ। মতাঙ্সি পুং ১২ তাগদবা মিনিত মখায় রোমদা ঙাযরবা তাঞ্জানি। অদুগী মতুং মিনিত মখায়মুক্কী মতম ওইবা তাং ১৬ কী পুংফমদা ষ্টেৱার্ট অমুক্ হৌগৎলক্ই, ঐখোয়সু হৌগৎলবা মতমদা হায়রকই "Good morning your Highness, good bye"

খুৎ অনী পায়নরগা নীক্লরগা মহারাজবু থিন্দোক্ই। থৌরম অসী তাং ১৫ অমসুং ১৬ লোন্নবা চৈরক্তা পাঙ্থোক্পা থৌরম্নি উৎপনি। থৌরম্ অসী মিনিট অনীদগী ওইবা ফংসন্নি।

মশিদা ওইথোক্তবা ৱাফম্ অমা ওইনা ষ্টেৱার্টনা "I am the 1st Dominion Agent of Manipur State" হায়খি হায়বা ৱাফম্ অমা লাক্ইবা অসীনি। কনানা হাপ্লক্ইবা, কনানা তাবা-উবা-খঙ্বা হায়বদি ঙমদে। মশিমক্তি লো খঙবা মীশক্ অমনা সরকার অনী শিন্নবগী চৈরক্তা অহাঙ্বা অমখক কুইদ্রবসু লৈবগুম্ তৌবসি মেন্শিন্ননবা মাল্লি। হাঙ্দবদি য়াদ্রবনি, অহিং নোংয়াইগী থবক্তি।

মসিদা লুশিল্লক্ইবদি মতাঙসিদা কনাগুম্বা খরনা খুৎপু লিংদুনা মহারাজবু নম্থদুনা "ঐনা নিংথৌ ওইরে" হায়বা তাঞ্জা অমা থোকখিদবগী ৱানি। লাক্রুম্নবদি

মণিপুর ষ্টেট অসীগী মরাইবক করি ওইরম্‌গদগে হায়বা ৱাফম্‌ শোয়দনা লাক্কুনা ঈরাঙ্‌ থোক্লিঙাই ওইরম্‌গনি।

বৃটিশনা মখোয়দি মহারাজ বোধচন্দ্রদা শিন্নরম্মে হায়গনি; ইণ্ডিয়ান্‌ ডোমিনিয়ন্নসু মখোয়গী থবক্‌ শিন্নবা ঙম্‌দ্রি হায়রক্কনি। অদুদি মণিপুর ষ্টেট অসী কনাগী খুত্তা, কনাগী দায়ী লৈফম্‌ থোক্‌ই? মশানা পাউখুম্‌ পীজরবা ৱাফমননি।

অসিগীসু মথক্তা ইং কুমজা ১৯৪৯ ওক্টোবর ১৫ দা ট্রান্সফর ওফ পৱার হায়বা অচৌবা ফংসন অমা পাঙ্‌থোক্‌ই। মাদুগী পৱার অদু করিনো, করি অর্থনো?

মাহারাজ বোধচন্দ্র করিগীদমক ইং কুমজা ১৯৪৯ সেপ্তেম্বর ১৭ তা শিলোং লেঙ্‌লুবনো? চৎনবী অমা ওইনা ষ্টেট মনুংগী ৱায়েন থৌশিলদা দরবার/কাউন্সিল, পোলিটিকেল এজেন্টগী মনুংদা তাইশিন্নবা য়াদবা ৱাফম্‌শিং শিলোংদা লৈবা আসাম গবর্ণরগী ৱানা ৱাতেম্নরকপা অসী মপা ইবুঙো সার চুড়াচান্দ মহারাজ সনা হাক্তক্তগী চৎনরক্‌পা চৎনপথাপ্‌ ওইরকপনি। বোধচন্দ্র মহারাজগী খোঙচৎ অদু অদুগুম্বা মরম্‌ খরগীনি। দেৱান অমরসিংনা নিংথৌগী শক্তি খর মহাক্লা পায়শিল্লকপদগী মহারাজনা শাউরক্কুনা ৱাফম অদু খন্ননবা গবর্ণরগা উন্ননবা মতম অমতং তাকপিরকউ হায়বগী পাওখুম ওইনা সেপ্তেম্বর তাং ১৭ অসি লেপ্লকপনি। শিলোং য়ৌরগদি তায়োন্নবা থৌরাং অমা থেংনবনি। মরু ওইবদি ভারতকী নিংথৌপানবা ষ্টেট পূন্নমক্‌ সেপ্তেম্বর থাদুগী মনুংদা ইণ্ডিয়ান য়্যুনিয়নদা মার্জ্জ তৌবা লোইগদবনি হায়বা অকন্‌বা ৱাফম লৈরম্লে। অদুদগী হেন্না লুরকপা ৱাফম্না মর্জ্জ তৌগদবা ৱাৎলিবশিংনা মণিপুর, ত্রিপুরা অতোপ্পা ষ্টেট মচা অনীগতা ওইরম্লে। মতম কুইনা সই তৌ হায়বা য়াদনা মহারাজ বোধচন্দ্রনা খাঙদুনা লৈরম্বদু হন্দক মশা লাক্লিঙৈদা নমদুনা ফারগা সই তৌহন্নবগী থৌরাং তৌরম্বা অসীনি। মথক্কী অথুপ্পা পাউ অসী বোধচন্দ্রনা ইম্ফালদা লৈরম্লিঙৈদা খঙ্‌লম্লবদি শিলোং চৎপগী ৱাফম শুপ্‌লে লৈরম্মোইদবনি। মসি ফাওবদ মহারাজগী নেচর ওইনা ঐখোয় খরদি অদুম খঙ্‌নৈ।

অতোপ্পা মরম্‌ অমনা মার্জর এগ্রিমেন্ট সই তৌনবসি নিংথৌ কোনুংদা অয়াম্বা তৌনবা চৎনৈ। অদুনা মরম্‌ ওইদুনা রোষ্টমজি না অহমলক ইম্ফালদা লাক্লম্মী। হোম দিপার্ডমেন্ট কী জোইন্ট সেক্রেটরি দিল্লিদগী লাক্লম্মি, গবর্ণর মশামক অমুক্তং লাক্লম্মি। মখোয়ন কৌব ঙম্বগী শক্তি লৈতে।

মতাং অসিদা পেন্দবা থৌওং খরদং পন্‌বা তারবদি রোষ্টমজি না ইম্ফালদা মহারাজগা উন্নবা মতমদা মহারাজনা মাঙোন্দা করেম্নবা লোন্দা ওইনা Rostumji, let me dream কন্না হায়খিবদা রোষ্টমজি সু আই সি এস ওফিসর অমা ওইবনিনা খূদক্তা Your Highness will dream the same dream হায়খিব ৱহৈগী লানফমদা ৱারৌনবগুম তৌখিবা, খল্লুরগা রোষ্টমজি না মহারাজ সই তৌদবসু য়াবোই, শিলোং থাদোক্তুনা চৎপসু য়ারোই হায়রম্বদা বোধচন্দ্র মহারাজনা Rostumji, I come to shillong to speak to the Governor and not with you হায়না খুম্মকপা খূদক্তা গোভর্নরনা Rostumji, you keep silent হায়খিবা অসী মলোম লৈনবা ৱাঙাং মাল্লি।

অদুগা রারাল অমরসিং অদুসু মহাক্কী মথক্ত গোভর্নরদা আপতি তৌবা চৎপনি হায়বা খঙ্‌বা তাই। অদুনা মাসু খুমন-লমন শিংগে মতাগুম পোলোগ্রাউন দা ট্রান্সফর ওফ পরার গী ফংসন্ নোংঙানবদা ঙম্মি হায়বা মতাগুম মহারাজবু মাগী বঙ্গলাদা কৌই। পি এস অমসুং এ ডি সি (ঐহাক) থৌগল তৌই। অমরসিং মশা লৈরমদে। ঐখোয় পন্দনা কোনুংদা হল্লকই। মহারজ খাঙ্‌চেৎ হোংদোক্লগা ফূরিৎকাকা অমতা য়াওদনা লৈরিঙৈদা অমরসিং কোনুং য়ৌরক্ই। অৱাং শঙ্গোই মাঙ্গোন্দা ফম্মিন্নদুনা ৱারী শানৈ। মহারাজনা হিন্দি, উর্দু, ভোজপুরী লোন্দা নম্না ঙাংনৈ। মহারাজগী ৱাঙাঙ্‌দা খুৎ-শা য়াওনা মীওইবা অসীদি গুলি অমনা হেক্তা লোইৰনি হায়বগী লোন্দা তাহৌই। অমরসিং থুনা বিদায় তৌনখি। মতুং নুমিৎ হুমনিশুবদা মপোৎ য়োমদুনা দিল্লী পাংখি।

মণিপুর মার্জর এগ্রিমেন্ট অসী মণিপুর রাজ্যগী অরোইবা রাজনীতিগী য়াওন্ অমনি। নিংথৌ পাল্লম্বা লৈবাক অমনা অচম্বা জিলা অমগী থাক্তা হন্থরক্পা হায়বা অসিগুম্বা অহোংবা অসীবু চাওখৎপা হায়গদ্রা চাওথবা হায়গদ্রা মুন্না খন্থবা তাবনি। য়াওন্ অসী লাকপদগী য়ানিংবা-য়ানিংদবগী ৱাফম্ মনিন্ ওইনা লৈরম্বদগী হুজিক-ঙসি-ঙরাং অসী শাসন অনী থোক্পা শেংনা মপান থোক্লে। চৈরক অসিদা ৱারিবনা প্রজা মীচম্‌দনা থেংনরি। থৌদোক অসিগী মরমদা মীশক খরনা অরানবা ৱারী ৱাখোঙ কয়া থৌদোক্ কয়া শন্দোক্তুনা লান্না লম্‌জিংদুনা ৱাফম থানবা ঙাঙ্‌নরিবা অসি ঙম্বমখৈ মশক থীহন্দুনা মৈত্রবাক্কী ইতিহাস মশক থীনবা ঙাঙনরীবা, ইনরিবা, লাইরিক, ওইনা ফোঙ্‌দুনা লৈপূং চাক্‌ঙাই ৱারীগা পাংখক ওইরকইসি তারু উরুবদা খাঙ্‌বা ঙম্মক্তদুনা ঈশামক্ হক্থেংনরক্লবা থৌদোক অসী ঈশানা ঙম্বা মখৈ শেংদোকচরমগে হায়বা পান্দমদা পায়খৎচরকপা থৌদাং অমনি।

মতম্ চানা থবক তৌহৌদবদগী ওইজবা মাঙ্‌জে হায়বা অসিদি মৈত্রবাক্তদি তোয়না থোক্‌পা থৌদোক্কী ৱারীনা তাকই। ৱারী অসীমক্তদসু মাদুগী শরুক য়াম্না য়াওরিবনি। মাদু পূম্নমক্ কুপশিন্নবা হোৎনবদা মরী লৈবা মীশক কয়ানা ওইদবা থবক্ কয়াগী ৱাফম শন্দোরকই।

য়াম্না কান্নগদবা অচৌবা ৱাফম অমতং-অনীদং হায়জগে। বৃটিশ এমপররনা লান্‌ঙম পাউ মহারাজদা পীরকপা মতমদা লান্‌ঙম্ মতেংগী ওইনা মৈত্রবাক্সা কবোভেলি অমসুং মণিপুরদা রেল হেড য়ৌননবা বৃটিশ সরকারদা হায়নহৌদবা করিগীনো? চহীগী লুপা ৫০,০০০ ত্রিব্যুত ওইনা পিরম্বদু কোক্লবনা মতীক চারে খনবরা? মখা তাবা হায়নিংবা ৱাফমসু য়াম্না লৈরি।

বোধচন্দ্র মহারাজ মমা লৈবাকপু নুংশিবা, মহাক্কী অঙম-অথৌ প্রাজাশিংবু ব্যাবহার তৌবা নিংথৌ অমা ওইবগী মগুণ চপচানা লৈবা মণিপুরগী অরোয়বা নিংথৌনি হায়বদা য়ারোইদবা কনাসু লৈরমলরোই নীংই। ইং কুমজা ১৯৪৯ গী সেপ্তেম্বর থাগী শিলোং খোংচৎকী মতুংদা শ্রীযুৎকী ৱাখল পুমহোং হোংখিবগুম তৌরে। ইন্দিয়ান য়্যুনিয়ন গী মনুংদা মণিপুরবু নমফু-হাফুদা সহি তৌদুনা লৌশিনখিবদগী সনা পূক্লিংদা অৱা-মৈশা লাংখিবা উই। মুৎনাইররোইদবা নীঙমদবগী, লাকচথিখিবগী ওমচাকনরবা নুংদা চাকলিবা মৈশা মুথৎনব হোৎনবগী পাম্বৈ অমা ওইনা বারুনী চীংথক্তা অমদি চীংখোং গৌরনগরদা শিবা পুজা তৌদুনা লাংতকনরবা পূক্লিং ফাথনবা হোৎনখরে। শ্রীযুৎনা গৌরনগরদগী হল্লকপদা শ্রীগোবিন্দজীগী অৱাংথংবদা য়ুম অমা শাদুনা লৈরগনি হায়না য়াথং লাকপদগী মনাইশিংনা য়ুম অমা তন্না শাখি। য়ুমদু উনা মখোঙ্ ওইরগা ইনা কুপই, শাই কক্কে; শিংউৎনা ফকলাং খায়, ৱাই তৈদে; থোঙ্‌জাও অচৌবা অমা ফাৎলি, থোঙ্‌নাদি পান্দে। পুমহাঙ্ হাঙ্‌বা হোরো-হোরো লাউবা য়ুম অমগী মতৌনি। য়ুমদুগী মনুংদা কাংথোল থাদুনা অমোন্‌বা মোন্‌পাক্ মথক্তা ইনিংথৌ হিপখিদরে। অচম্বা ফমবাক অমগী মথক্তা য়াহিপ য়াতাদুনা অচম্বা প্রজা অমগী মতৌগুম নিংথৌ ওইবগী ৱাখল থাদোক্লুনা শিব ভক্তিদা শমলাং ইফা ফানা যোগী বেশ শেত্তুনা অনৌবা পুন্সি অমদা লৈখ্রে। বিধি নোংদম থিংবা ঙমদে হায়বগুম মহারাজগী সনা হকচাং ঈরকলে। পণ্ডিতশিংনা মবুধৌ পনম্ নিংথৌ অমদি মবুধৌ ৱাংব্রেনদা পুজা তৌদুনা লায়কন্ননবা হোৎনবা পুম্নমক অরেম্বা তাখরে। শ্রীযুৎকী সনা হকচাং ঈশ্বরগী খুয়া খাদা মতম চুপ্পগী ওইনা ইং কুমজা ১৯৫৫ দা য়াতাখরে। শ্রীমতি মহারানী ঈশ্বরীনা হৌনবী মতুং ইন্না মহারজগী মহৎ শিনহৌরে। মহারানীনা

শীন্দুনা বোধচন্দ্র মহারজসু কংলাদা অতৈ নিংথৌগীদা তৌখিবগুম পোৎলোইখি। নিংথৌ অমনা শিবগী হৌনবী মতুং ইন্না থাংজীং, মার্জিং, ৰাংব্রেন, কৌব্রু ঈরাৎনখি। কংলাদা পাখংবসু ঈরাৎখি। মহারানী ঈশ্বরীনা দায়িত্ব পুন্নমক য়াদুনা শ্রীযুৎকী শোরাত্তা পালা লোইশং পুন্নমকসু ঈশৈগী থৌগল ফংহনখি। মশীং থীঙমদবা শ্রীযুৎকী শোরাত্তা তিনখিবা মীয়াম অমদি মরূ ওইবা উমংলাই পুন্নমক ফিরোই দক্ষিনা কৎখিবা কনাসু কাউনদ্রি।

মরৈবাক নীংবা মণিপুরদা পানখিবা নিংথৌশিংগী মনুংদা অরোয়বা ওইখিবা ইনিংথৌ শ্রীযুৎ বোধচন্দ্র মহারাজগী চিতাগী মৈনা তুম্না চাকথেকখ্রবা হকচাংগী লেমহৌবা ঊৎনা পাকশন্না শন্দোক্তুনা তিনখ্রবা মালেমথক্তা, পান্থোম ৰাংনা থাংগত্তুনা "মণিপুর নীংতম্বা লৈবক্লি" লাউরিবা মরূ-মনাও লিশিং-লক্ষাশিংগী মফমদা, ইনিংথৌনা নপূক্লিং শোন্থগনু নীংতম্বগী লান্‌ফম্‌দা খোঙফম চেৎনা, থৌনা ফনা মায়য়োক য়াগদবনি হায়না মিরবা খেঞ্জেলনা ঙসিগী মীরোলদা লেপ্লা লৈতনা পাউজেল্লক্তুনা, মচা-মনাইশিংগী পূক্লিং থৌগৎলি হায়নিংই। লাইওইখ্রবা ইনিংথৌগী য়াথং পাঙ্‌থোক্লবা হোৎনবদি ঙসিগী মীরোলগী লেংফদ্রবা থৌদাংনি হায়না থমজরি।

তাং ২১/৮/২০০৪ ইং

ময়েংবম আনন্দমোহন সিংহ

# অফোংবগী ৱারোল

...লিংজেল মান্নবনা মণিপুরগী মপাঙ্গল ওইসনু। অচুম্বনা থৌনা ফবা শকনু। কলম শিজিনবসু, ৱাহৈ শিজিনবসু থম্মোই শেংবা পামই। থবক্তা নীপা থোকপিয়ু। ফুরা দলাল মশিঙনা লৈবাক্কী চাওখৎপা থন্নদে। অচুম্বা চৎপা মশিংনা চাওখৎলি খঙনৈ। লৈবাক্কী য়াইফনবা মঙাল লাংবদুদা পামজৈ।...

বোধচন্দ্র সিংহ,
মহারাজ মণিপুর ষ্টেট।

ৱাহৈ পরেংশিংসি "মণিপুরেশ্বর মহারাজগী ঘোষনা" হায়বা চেফোংদগী লৌথোকচবনি। তাং ১৮/১০/৪৮ ইংদা পাওজেল ওইনা মহারাজনা কাওন্সিল ওফ মিনিস্তরশিংগী মমাংদা পাথোকখিবা ৱারোলনি। মহারাজগী পুক্নিংদা থাম্মোই শেংনা, লিংজেল মান্ননা অচুম্বা নিয়মগী মখাদ লৈবাক ৱায়েনবগী অপাম্বা ৱাখল ফোংদোকপনি। ঙসিগী মীরোন্না "ঐ মণিপুরী মচানি" হায়না চাওথোকচরিবসি লাইওইখ্রবা ইনিংথৌশিংগী হাকতক্তা য়েকনবগী মখুৎতগী ঈখেং তান্নদুনা কলহৌরবা মণিপুরনি। বৃটিশনা ভারত থাদোক্নুনা চৎখ্রগনি খংলকপা, নীংতম্বা ফংগদবগী চহি মাংওইননা অমদি ভারত মনীংতম্বা লৈবাক অমা ওইরে হায়না লাওথোকখিবদগী রাজনিতিগী অনৌবা য়াওল অমা লাকপা হৌখি। য়াওলসিগা ইরোইননা নিংথৌগী মথক্তা কংগ্রেসনা লুচিংবা রাজনিতি কাংবুনা থৌনা লৈনা নিংথৌগী ৱায়েন য়ানিংদে হায়বগী সৈত্যগ্রহ চংশিনবা হৌখি। মন্ত্রি মন্দল শেমদুনা লৈবাক ঙাকপগী খোংজং হৌই। ভারতকী শাসন মখাদা লৈনিংবগী অপাম্ববু মহারাজ বোধচন্দ্রনা অসুম্না শিংথাখি — অঙাঙবা ঈখেং তাদনা ভারতকী শাসন মখাদা মন্ত্রি ওইনা লৈবাক ঙাক্কনি চোংথোরকপশিংগী মফমদা নুংঙাইবা ফোংদোকলি। তশেংনা মহারাজগী পুক্নিংদা নুংঙাইখিব্রা নৎত্রগা লৈবাক মীয়াম মমাংদা নুংঙাইতে - পামদে হায়রুরবদি ৱারৌগনি খন্দুনা পামদববু অপম্বা শাদুনা হায়রিব্রা হায়বসিসু খন্নবা য়াবা ৱাফমনি।

মণিপুরদা ভারতনা নীংতমদ্রীঙৈ মমাংদা রাজনিতিগী ঈহৌ খন্নবা তারবদি কংগ্রেসকী রাজনিতি দল লিংখৎনবা ইং কুমজা ১৯৪৬ কী ওক্টোবর ৪ দা এরিয়ান থিয়েটরদা ফমখিবা মীফমদু য়াম্না মরু ওইবা মীফমনি হায়না খনবা তাই। মীফমদুদা রাজনিতি দল; নিখিল মণিপুর মহাসাভা, প্রজা সঙ্ঘ অমদি কৃষক সভা য়াওখি। নিখিল মণিপুর মহাসভাগী মহুৎ ওইনা শ্রীকৃষ্ণমোহন সিংহ, শ্রীযোগেশ্বর সিংহ, অমসুং শ্রীতোমপোক সিংহ য়াওখি। প্রজা সঙ্ঘগী মহুৎনা শ্রীইরাবত, শ্রীভুবোনসনা অমদি শ্রী অঙ্গো সিংহনি। কৃষক সভাগী ওইনা শ্রীমধুমঙ্গল সিংহ, শ্রী লৈরেন ডাক্টর, অমদি শ্রী কাহ্নাই সিংহনি। নাহারোলগী মীহুৎ ওইনা শ্রীযুম্নম খোইমচা সিংহ, শ্রী ইন্দ্রমনি সিংহ অমদি শ্রীমাইপাকসনা য়াওখি। মীফমদুদা মণিপুর কংগ্রেস কৌবা রাজনিতি দল অম শেম্বগী ৱাফমদু মত অমতা ওইনা য়ানখি। অসুম্না মহাত্মা গান্ধিগী লুচিংবু পামজবা কংগ্রেসী খরনা কংগ্রেস তুপী উপতুনা মচু অহুমগী ফিরান পায়দুনা গোবিন্দ খোইরম্বা চংলুবদা মহারাজ বোধচন্দ্রনা চংহনখিদ্রবদা শাওরংনরবা কাংলুপ খরনা সনা কোনুংগী অৱাংথংবা স্নথোঙদা ফিরাল অমদি তুপী উপত্তুনা চংহন্নবগী সত্যগ্রহ অন্দোলন তৌবা হৌখি। রাজনিতিৱালানা নিংথৌগী মায়য়োক্তা লৈবা হায়বসিমক ভারত সরকারগী ওইনদি খুদোংচাবা অমনি। মণিপুর প্রজাগী শাসন পাইনিংবগী অপাম্বা ভারত সরকারগী এজেন্ট ওইরিবা গর্ভনার শ্রীপ্রাকাশানা মুন্না খংই। ইং কুমজা ১৯৪৭ অগষ্ট ১৫ দা ভারত মনীং তম্বা লৈবাক ওইরে লাওথোকখ্রবা মতুংদা মণিপুরদা রাজনিতিৱালানা "নিংথৌ গাডি লৌথোকউ প্রজাদা শাসন শিন্নৌ" হায়বা খোলাও লাওখি। অসুম্না মহারজ বোধচন্দ্রগী নিংথৌ ওইবগী মতিক-মগুন নোংমা-নোংমগী হন্থহনখি। প্রাজানা নিংথৌগী মতেং পাংবগী মহুত্তা নিংথৌ মায়য়োক্তা প্রজা লেপখরে। রাজনিতিগী অওনবা ঈহৌ অমনি।

ভারতনা মনীং-মখা তমখিবা নুমিৎতগী নিংথৌ পানবা লৈবাক পুম্নমক ভারত দোমিনিয়নগী মখাদা তিনশিগদবনি হায়বগী থবক চৎথবা হৌখ্রে। ইং কুমজা ১৯৪৭ কী ডিসেম্বর ১৪ দা ইহান-হান্না উরিষা অমদি ছটিসগরনা মার্জরগী সন্ধী তৌনখ্রে। অবোয়বা তাংকক ওইনা ইং কুমজা ১৯৪৯ দা ভারত দোমিনিয়নদা তিননবা সই তৌনখিবা লৈবাকশিংদি ভোপাল, ত্রিপুরা, মণিপুর অমদি বিনধ্য প্রদেশনি। ইং কুমজা ১৯৪৯ গী সেপ্তেম্বর ২১ দা মণিপুর ভারত্তা পুনবা য়ারে হায়না সই তৌখ্রে। ইং কুমজা ১৯৪৯ গী ওক্টোবর ১৫ দা পোলোগ্রাওন্দা মহারাজ বোধচন্দ্রনা মীয়ামগী মফমদা মণিপুর নুমিৎসিদগী হৌনা ভারত দোমিনিয়নগী

মখাদা তিন্নে হায়না লাওথোকখি। নুমিৎতুমক্তদা হান্নবা লৈরম্বা কাওন্সিল ওফ মিনিষ্টরসু উথাইদুনা মুথৎখি।

ময়েংবম আনন্দমোহন সিংহ মার্জর এগ্রিমেন্ট সই তৌবা অমদি পোলোগ্রাওন্দদা মহারাজনা ভারত দোমিনিয়নগী মখাদা মণিপুর তিন্নে হায়না লাওথোকপা নুমিৎতুদা মহারাজগী এ ডি সি ওইনা মশামক য়াওরুবা মীশক অমনি। অনন্দমোহন সিংহ ঐগীদি পাবুংতোন্নী। মার্জরগী ৱারীশি চহি কয়াগী মমাংদগী লিবীদুন লাকই। হেন্না মরিক চুম্না মার্জরগী ৱারীসি ইং কুমজা ২০০৪ গী মার্চ্চ ৬ তা কোনুংগী শঙ্গাই ছিড়িদা ফম্মীন্নদুনা অমুক্কা হন্না লিশাং শিৎনা ৱারী লিবিখি। ৱারীদু তাবদা থৌদোক্তুদা য়াওরুবা, উরুবা, তারুবা মীশক অমনা লিবা ৱারীনী হায়বা ময়েক শেংনা খংবা ঙমই। মশাগী ওইবা লৈতেং হাপচন্দুনা ৱারী তাবা নুংঙাইনবা ৱারিমচা অমা লিবা নৎত্রগা নোবেল অমগী ৱারীগী মতৌ নত্তে হায়বা খংবা ঙমই। থৌদোকশিংশিগী খুথাং ৱারীগদি য়াম্না খেন্নে। মার্জর এগ্রিমেন্ট মণিপুর ইতিহাসকী য়াম্না মরু ওইবা তাংকক অমনি। ভাবনা শাবা ফুঙ্গা ৱারী নত্তে হায়বসি ময়েক শেংনা খংলবা মতুংদা মার্জরগা মরি লৈনবা "শিলোং ১৯৪৯" হায়বা লাইরিকসি ফোংনবা দয়ত্ব লৌজবনি। চাওখ্রবা মণিপুরগী ইতিহাসতা থৌদোকসি ইতিহাসকী তঙাই ফদবা তাংকক অমনি হায়না হাপচিন্নবা হোৎনজবনি।

মখা তাবা ওইনা অসুম্নসু তাকপিখি। শিলোংদা নমফুদা মার্জর এগ্রিমেন্ট সই তৌখিবসি মাহারাজগী পুক্নিংদা নুংঙাইতবা ফাওরবসু মর্জ তৌখিবগী ৱাফমদি Stand still Agreement অমাদি Instrument of Acession সই তৌখিবদা লোইখ্রবনি। এগ্রিমেন্ট অনিসি ইং কুমজা ১৯৪৭ কী অগষ্ট ১৩ দা মণিপুরদগী সই তৌরগা থাখি। মতাংসিদা অনন্দমোহন সিংহ মহারাজগী এ ডি সি ওইরবসু খন্ন-নৈনবগী খুদোংচাবা ফংখিদে। মদুগীদমক নিঙমহৌদবদি ফাওই হায়না হায়বিরমই।

তংদু লৈতাদ্রবা ঙসিগী মীরোলসিনা খোইশাওনরিবসিগী হৌরকফমদি ইং কুমজা ১৯৪৯ গী সেপ্তেম্বর ২১ দা মার্জর এগ্রিমেন্ট সই তৌখিবা অমদি ওক্টোবর ১৫ দা মহারাজনা মণিপুরবু ভারত সরকারদা তিন্নে হায়না লাওথোকখিবা ৱাফমসি মরু ওই হায়বসি য়ানরবা ৱাফমনি। বোধচন্দ্র মহারাজবু লৈবাক অমগী নিংথৌ অমনি হায়বা খংশিনদবা, শিলোংগী রেদ লেন্দসতা লাঙ্গোই চন্দুনা থম্বা,

মাহাক্কী মন্ত্রিশিংগা ৱাতানগে হায়বা অসাম গভর্নরনা য়াদবা, ফিজম শেৎপা সি আই দি কাংবুনা কোইশিন্দুনা থম্বা ইং কুমজা ১৯৪৯ গী সেপ্তেম্বর ১৭ তগী ২১ ফাওবগী মনুংদা ঙাংনরিবা ইনরিবা চিঠি মাহারাজ বোধচন্দ্রগী পুক্সিগী মমৈদা থোকখিবা পুক্সিগী অশেংবা লিলা অমনি হায়না লৌবা য়াই। ভারত সরকারগী এজেন্টশিংনা মখুত্তা অইন পাইদুনা তৌনিংবত্তা তৌবগী চৎনবিসি মহারাজ বোধচন্দ্রগী হাক্ততগী হৌখিবনা ঙসিসু চৎথরি হায়বা য়ারবনি।

"শিলোং ১৯৪৯" ফোংবদা পাওতাক কয়া পিবিরকখিবা, মতেং পাংবিখিবা পুন্নমকপু ঐহাক্না থাগৎচরি। লাইরিকসিবু নম্বগী থৌদাং য়াবিরিবা লময়ানবা প্রিন্টর্স, নেস এদভরতাইজিং এজেন্সি অনিবু থাগৎচরি। অরিবা অমদি অনৌবা ফোটোশিং পিবিরকপগীদমক শ্রীমতি থোকচোম নিঙোল তমুবী দেবী, মহারাজ বোধচন্দ্রগী লোয়নবী, মণিপুর ষ্টেট কালা একাদমী, অশাংবা কম্যুনিকেসন্স ৱাংখৈ, এফ এফ এল টি, মৈনো লৈরক, পুন্নমকপু থাগৎপা ফোংদোকচরি। ইনিংথৌ স্নাজাওবা লৈশেম্বা, রাজকুমার স্নাজাওবা অমদি আর কে সি এস আর্ট গেলরীনা অরিবা ফোটো অমদি অয়েকপা লাই পিবিরকখিবগীদমকসু থাগৎচরি অমদি তৌবিমল খংবা উৎচরি। ডা: লোকেন্দ্র অরাম্বমনা লাইরিকসিগা মরি লৈননা ৱাফম খর ফোংবদা খুদোংচাবা পিবিবগীদমক থাগৎচবা ফোংদোকচরি।

ইম্ফাল তাং ১০/৯/২০০৪ ইং **ময়েংবম অক্ষয়কুমার সিংহ**

# য়াওফম তাকপা

*ৱাহৌদোক ঃ লোকেন্দ্রা অরাম্বম* (v)
*অইবগী ৱারোল ঃ ময়েংবম আনন্দমোহন* (xiii)
*অফোঙবগী ৱারোল ঃ এম অক্ষয়কুমার* (xix)

১. পুন্সিবু হন্না য়েংলুবদা ( ইং কুমজা ১৯৪৪-৫০) .........
হৌরকফম্ মরু ........................................................ ১
২. পারী-পুরী (পরিবারগী ৱাফম) .................................. ৪
৩. অনিশুবা লাঞ্জাও মতুং ............................................ ১৭
৪. মণিপুরগী নীংতম্বা মাংজবা অমসুং পাওথোক ........... ২০
৫. মার্জর এগ্রিমেন্ট ..................................................... ২২
৬. মণিপুরগী তম্পাক্ লম্‌দা ষণ হাৎপা ......................... ২৭
৭. মহারাজ বোধচন্দ্রগী ১৯৪৯ .......................................
সেপ্তেম্বর শিলোং খোঙ্‌চৎ ঃ .................................... ২৯
৮. শিলোংদা ইং কুমজা ১৯৪৯ সেপ্তেম্বর ......................
তাং ১৭-২১ গী সিনেরিও ......................................... ৩১
৯. মার্জর এগ্রিমেন্ট সই তৌখিবা অমসুং মতুং ................ ৪২
১০. রাৱাল অমরসিংহনা মণিপুর থাদোকপা ঃ ................. ৪৬
১১. মার্জর এগ্রিমেন্টকী নৈনরোল ................................ ৪৭
১২. মার্জরগী মরমদা শেংদোকনিংবা ৱাফম ...................... ৫১
১৩. লোইশিল্লকপদা ...................................................... ৫৬
১৪. ফোটোগী শরুক ..................................................... ৬১
১৫. Appendix-I .......................................................
**Instrument of Accession** ................................ ৭১

১৬. Appendix-II ...................................................
**Stand Still Agreement** ................................... ৭৬

১৭. Appendix-III ..................................................
মণিপূরেশ্বর মাহারাজগী ঘোষনা ............................... ৭৮

১৮. Appendix-IV ..................................................
**Letters** ........................................................... ৮০

১৯. Appendix-V ...................................................
**Telegram** ........................................................ ১০০

২০. Appendix-VI ..................................................
**Manipur Merger Agreement** .......................... ১০১

২১. Appendix-VII .................................................
**Manipur (Administration) Order 1949** ........ ১০৫

২২. Appendix-VIII ................................................
**Orders by the Chief Commissioner** .............. ১০৭

২৩. Appendix-IX ..................................................
**Ministry of Law Notification.** ......................... ১০৮

২৪. Appendix-X ...................................................
**Political Document** .......................................... ১১০

২৫. মর্জর এগ্রিমেন্টকী মরমদা ফোঙখ্রবা, ......................
নৈনখ্রবা লাইরিক খরা ঃ ........................................... ১১২

---

# পুন্সিবু হন্না য়েংলুবদা
## (ইং কুমজা ১৯৪৪-৫০)

**হৌরকফম্ মরু**

শাংলবা মতম্ অসী তূমিন্না লৈরুরবা মতুংদা তঙাইফদবা মতাং অমা লাক্পদগী নম্শিন্দুনা থমখ্রবা মৈত্রাবাক্কী ইতিহাসকি তাংকক্ অমগী ৱাফম্ মচীন্ কাঙ্থোকপা তাখি। মাঙজৌননা খঙ্নবা ৱাফম্ ওইখিবা নত্তবা মরম্দগী তাঞ্জা অদুদা কোক্তা লৈবা ৱারী ৱাখোঙ্ খর অদুদং ৱারী তৌখি। ৱারী অদু খর পাক্ শন্না নৈননবগী মচাক্ তোঙান তোঙান্বদা হীরম্ অসিদা ৫/৬ রক্ খোয়রাঙ্ল্বা মীশক্ কয়ামুক্কী মমাঙ্দা মতম কুইনা ফুম্দুনা থম্মুরবা ৱারী থৌদোক্ অদু তশেং তশেংনা লীথোক্চবা তাখি। ৱারী ৱাখোঙ্ অদু য়াম্নমক্ মরীক্ চুম্বমক্ ওইদ্রবসু মীয়াম্না খঙ্নীং-তানীংবা খরমখৈদি তাহন্বা ঙম্খিবরা হায়না লৌজখি। হৌজিক মণিপুরগী অচৌবা রাজনীতি য়াওল্ অসীমদি ঈমিৎ-ঈনা না উবা অমসুং তাবা ফংজহৌবা অদুখক্তংদি ইদুনা থনম্গে হায়বা ইথিল অমা কন্না লাকই। ইথিল ঈহৌ অসীদি মণিপুর মার্জর এগ্রিমেন্ট, ইং কুমজা ১৯৪৯ সেপ্তেম্বর ২১ গী ৱাফমদগী হৌরকপা ওইবনা ৱাখল্ অসী কোক্তা লৈজরবসু লৈবাক্কী ঈহৌ-ইরাংগী ফিবম য়েংলুবদা মীওইবগী পুন্সি তম্খায় অমা হৌখ্রে হায়বা য়ারবনি। মাসিমক্তি ঐগী ঈচঙ্ থৌবা ৱাৎপা অমদি ঙম্জদবা অশোন্বা ৱাখল্দগী থোক্লক্পনি হায়বা য়ারবনি। অদুবু মরম্ লৈতবদি নত্তে। অহান্বদা, ঙসি ফাওবা হায়নরিবা, তানরিবা ৱারী ৱাখোঙ্ অসী ঐহাক্কা মতাঙ্ খরদা চাউনা খেন্নবা লৈরি। অনীশুবদা ঐতিহাসিক ওইরবা থৌদোক্ অসি হক্থেংনরকপা মীশক্ অহুম্গী মনুংদা অনীদি লৈখিদ্রে। মখোয়না মখোয়গী ওইবা, থৌদোক্ অসীগী মরমদা ইদুনা থনম্দ্রে। চীঙ্খাঙ্ ৱারী ওইনা খরদি লৈহৌবগুম্ তৌই। ৱারীদি ৱারীনিদনা! মীথাঙ্ অহুম্ শুরক্পদা ৱাফম্ অদু মওং খরদি কায়রক্পা মশানা তাবনি। অহুম্ শুরক্পদনা ঙসিদি অহুম্গী মনুংদা

ইথম্ভ ঙায়রদুনা ঐনা হায়নিংবা পঙ্‌হায় হায়বা তারগদ্রা? অদুগা মরী লৈননা নহান্ মখৈদি করিগী নম্‌শিন্ ফুম্‌জিন্দুনা থম্বগে? তাইবং মীওইবনা পূক্লিং শোম্ভরক্‌ইবসি মতাং অসীদা ঐগী শরুক্‌সু থুংলক্‌ই। লুরক্‌ইবদি মণিপুরগী ইতিহাস তাংকক্ অসীমদি মমদুনা লৈহৌরগদ্রা? পুক্লিংদা তত্তনা হংখি।

খোইদোক্‌পা থৌদোক্ অসীগীদমক্তা ওইনদি ঙসি ফাওবদা চহী ৪৭ (নিফু তরেৎ) তগী খরদং হেল্লে। অদুগা অসীগা লোয়নবা রাজনীতি ইরাংদি ইং কুমজা ১৯৪৭ কি আগষ্ট ১৫ দগী অদুম হৌরে। অদুনা ৱাফম্ অসী মণিপুর রাজ্য অসীগীদি চহী ৫০ (যাঙ্খৈ) গী ৱারীনি। থৌদোক্-ৱাথোক্ পূম্নমক্ মতম্ কুইর-কুইরগা মমি শাম্‌থরক্তুনা অসুম্-অসুম্ থৌওইনরক্তবা, কাওনরকপা ঙাক্তনি। অদুবু থৌদোক্, ৱাফম অসীমদি অহৌবা নাইববা অনাবগুম মকুম্-মথা য়ৌরক্‌পদা মথি ফোংলক্তুনা নৌহৌনা পোক্‌থোক্লরক্‌ই। মরম্ লৈতবদি নত্তে। মৈত্রবাক মনুং অসীদা লাউরিবা পেন্দবগী খোল্লাউ কয়াগী মরু থিরক্‌পদা "মণিপুর মার্জর এগ্রিমেন্ট" অসীদা হেক্ তারকপা ওইনা তৌই। অরেপ্পা লৈত্রবা অহোংবা নাইরবা তাইবংপানগী যাওন্ কয়াগী মবক্তা মৈত্রবাক্কীসু, চহী ৫০ অসীগী মনুংদা মীশক্ কয়ানা থেংনরি। পেন্‌বগী ৱাফম্ পন্নরকপদদি পেন্‌বা হায়বসিমক্তি "পেন্‌বা হৈরগা পেন্‌বা ঙাক্তনি" হায়বসি অহল-লমন্, লাই-গুরু, অখঙ-অশিং কয়ানা তাক্‌পিরম্বসু লৈতবা নত্তে। অমুক্‌সু মখা তাবা পাউখুম্ ওইনা মা-লাই কয়ানা মখোয়না নীংবা থুংলে পেল্লে হায়না শিংখিবগে? ৱাগী ৱাপাংনি। ঙস্‌মখৈ হোৎনরম্লগা ঙম্লক্তবা মতাঙগী ৱাফম্‌সু ওইঁনঙাইনি। নৎত্রবদি পৃথিবী অসীদা অসুপ য়াঙনা চঙশিল্লক্‌ইবা খোঙ্‌থাংশিং অসীমক্ পেন্দবা অদুগী খোয়রাঙ্‌বা পোক্লনবা হোৎনবা হায়বা থৌনা পীরক্‌পদগনি। ইং কুমজা ১৯৪৯ গী থৌদোক্ অদু থেংনহৌবা মীশক অয়াম্বা লৌখিদবনা য়াম্লে। করিগুম্বা লৈবা থোক্লবসু মায়কৈ অদোমদা থোইনা খোয়জঙলুদবনা অযাম্বা ওইরগনি। অমরোমদা লৈবাক্কী অমসুং সমাজগী অবস্থারোম্‌দা অনৌবা য়াওন্ অমা ওইনা পূম্নৌ নৌনা মশক্ হোংখিবগুম উরে। মতম্ অদুদা জিঙ্খনা কূপ্পা য়ুম্ থিবা ৱারম্বদু হুজিক্কা ইনা কূপ্পা য়ুম্ থিবদা ৱানরে। মণিপুরগী ইতিহাসদা অচৌবা অহোংবগী য়াওন্ অমগী খূদম্ ওইনা হৌরগদবনি হায়বা য়ারবনি। ইনৌ-নৌবা পুন্সিগী য়ুম্বান্ কৈবান লম্বী-থোং, ফিজেৎ-চাক্‌চা, বাঙাং-শাজৎ, পূম্নমক্ অসীগী অওন্‌বা পুন্সিগী সমাজ অমা ওইরবনি। অসীগা

লোয়ন-লোয়ননা বুধি-জ্ঞান, লৌশিং, ৱাখল্, পাঙ্গাল্, থৌনানচিংবসু নুপী অঙাং খাক্তনা অঙক্পা ফংনা চাওখৎপা হেঙ্গৎলবনি। অসীমক্তনা ঈহৌ অসী লাক্পনি। মসীবু নৈনবা অরায়বদি নত্তে।

থৌদোক্কী মরু অমসুং মরী-মখোঙ্ থিগৎপা তারবদি পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও, শম্না জাপানগী লাল হায়বা অদুনি হায়বা তাই। লাল অদুদা বৃটিশ্, আমেরিকানাচিংবা এলাইড ফোর্স্না মায় পাকখি। খা-নোংপোক্ এশিয়াগী লান্‌ফমদা জাপান্না পার্লল্ হারর্বর থুগাইদুনা কোরিয়া, চীন, বর্ম্মা, মালয়-এশিয়া, থাইলেণ্ড, বোর্ণিয়, সিঙ্গাপুর, সুমাত্রা, যাভা পূম্নমক্ অসী তক্খায়দুনা দিল্লী তম্না তক্শিল্লকপদা মণিপুর ফাওদুনা চৎপা তারক্পনি জাপান লান্মীনা মণিপুর খুদুম্ চনখ্রবদি ইণ্ডিয়া (ভারত) কনবদি অৱাবা ওইবা তাবনি। মরম অদুনা ইউ কে, আমেরিকা, আফ্রিকা, কানাদানচিংবগী অকন্-অকনবা লান্মী অখন্নবা ফোর্স্ কয়ামুক্ ইম্ফালদা পৈদুনা জাপানবু থিংননবা হোৎনখিবনি। নেপালগী লান্মী ফাওবা ইম্ফালদা লৈররে। জাপানগী লাঞ্জংদা পূক্লিং মীৎয়েং থমখ্রবা পৃথিবীগী জাতি পূম্নমক্ক ইম্ফালগী ঈ-পাউদা মীকুপ নাঙ্গম্ শিংনা লৈনখ্রে। ইম্ফালবু খঙদবা পৃথিবীদা লৈখিদ্রবনি। ইম্ফালগী মতম্না ষ্টেন্দর্ড টাইম্ ওইখ্রবনি।

মণিপুরগী ইম্ফাল প্রজানা বোম্ গী মৈশা নংখিবসি ইং কুমজা ১৯৪২ গী মে ১০ নোংমাইজিং নুমিৎকী নুমিৎয়ুংলমদাইদা জাপান্না জেল, বি ও সি, খোয়াথোং রেফ্যুজি কেম্পনচিংবদা তমদুনা থাদরক্পা বোমশিংদুনা অহান্‌বনি। মথং থাঙ্জ নুমিৎ মে ১৬ অদুদা থাদরবা অদুনা অনীশুবনি। অদুগী মতুং তারক্পদা থাদরবা অদুশিংদি থাদুনা লোইব নাইদ্রে। অমুক নুংথিল্‌দা থাদরম্লদগী অহিং-অহিং নোঙাল্লমদাই ফাওবা কুং শিল্লবনি। ইম্ফাল সহর মী তাক্তক্ তৌখ্রবনি। মাণ্ডব, মন্দির, কংলা, কোনুংগী কুইনা নিংথৌ পাল্লিবৈদগী লৈরক্লবা বাজাই শঙ্ হায়না শঙ্নরবা ইনা কৃপ্পা, যুম্নচিংবা জাপানগী মৈহৌবা বোম (Incendiary Bomb) থাদদুনা তুম্না মাঙ্‌হনখ্রবনি। মতাঙ্ অসী ফাওবদা নত্তনা লাল লোইবা ফাওবদা লংফৈ চৎকনখ্রবা মহারাজ বোধচন্দ্রসিংহ ইম্ফাল অমদি কোনুং থাদোক্তুনা চথোক্লমদে, কোনুংদা লেঙদনা লৈখিরম্মি। হায়রিবা মফম্ অসীদি বোম্ তোপ্কী অশোক্ অপন্ য়ৌখিদে। মতৌ অসুম্না চহী ৪ চুপ্পা লাল্ খাঙ্‌লবা মতুংদা ইং কুমজা ১৯৪৫ গী ময়ায় চল্লক্পা মতম্‌দা এলাইড্ ফোর্স্না হেরোসিমা অমসুং নাগাসাকিদা এটোম্ বোম থাদখিবদগী জাপান লান্ লোইশিন্‌খি।

এটোম্ বোম্‌গী চৈনা ফংলবা জাপান্না লান্ মায়থীরে হায়না য়াখ্রে। অসীগী মতুং তারকপদা ইং কুমজা ১৯৪৫ ওক্টোবর, ৮ দা বিলাতকী নিংথৌরেল জোর্জ আব আইনা মখাগী টেলিগ্রাম পাউ অসী মণিপুর মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহদা থারক্‌খি।

> "In recognition of your Highness's and your People's Services towards Allies Victory, the tribute of Rs. 50,000/- (Rupees fifty thousand) Payable by Your Highness since 1891 is remitted in perpetuity forthwith George R.I."

মহারজ সাহেব অমসুং মহারাজ সাহেবকী প্রজানা, অপুন্‌বা শক্তিগী লান্‌ঙম্বদা পীখিবা মতেংবু শীংথাজরদুনা মহারাজ সাহেবনা ইং কুমজা ১৮৯১ দগী হৌনা পীব তারক্লিবা (চহীগী) কাঙ্গৎ লুপা ৫০,০০০/- (লীশীং য়াঙ্খে) অদু খূদক্তগী ওইনা মতম্ চুপ্পগী কোক্লে। অসীনি আয়-চাগা লৈত্রবা মণিপুরগুম্বা লৈবাক্তা হায়রিবা শেন্‌ফম্ অসী অরায়বা নত্তে। হৌখ্রবা চহী ৫৫ অদু লেপ্তুনা পীরক্লিবনি। পোৎলুম্ অসীমা থাখিবসু খজিক্কী ৱা নত্তে। লৈবাক্ প্রজা নুঙাইনখি, বোধচন্দ্রদা "লৈশেম্বা" হায়বা মিংথোল্ অমসু পীখি। চহী খরদি ওক্টোবর ৮ অসী লৈবাক্কী ওইনা ছুটি ওইরম্মি। মতুং তারক্‌পদগী ঙসি ফাওবা কনামতনা নীংশিংবিদ্রে।

## পারী-পুরী (পরিবারগী ৱাফম)

ৱারী মপূংগী মাঙঙোয়ননা ঐহাক ঈশামক্কী অমসুং ঐহাক্কী পরিবারগী পরিচয়না মাঙ্ থাজরি। ঐহাক্ কৈশাম্‌থোং এলাংবম লৈকাইদা পোক্‌ই। অপোক্‌পা গুরুদেবদি যোগেন্দ্র সিংহ হায়না খঙ্‌নৈ। মণিপুরগী নীংতম্বা অরোইবা নিংথৌ মহারাজ য়ায়মা কুলচন্দ্রগা নাহা ওইরিঙৈদগী হৌনা মতম্ শাংনা শাগোন্নরক্‌পা মীশক্ অমনি। ঐখোয়গী অহল-লমনশিংদি ইং কুমজা ১৮৯১ গী মমাঙদা কৈশাম্ থোং কবুই খুল অসি হিজম, য়ূম্লেম্বম্ অসীনচিংবা শাগৈ কয়াগা লোয়না লৈরম্মি। সাহেপ্পা পাল্লবা মতম্‌দা মেজর মেক্সুয়েল্‌না মৈতৈ শাগৈ ময়াম্ অদু লম্ মহূৎ পীদুনা হোংদোক্লরক্‌পনি। মতাঙ্ অদুদগী এলাংবম্ লৈকাই অসিদা লৈরকখিবনি। অপোক্‌পী ইমা রাজকুমারি থাবলসনা দেবীদি নরশিংহ মহারাজগী মজাইবুঙো ফাইবোক য়াইমনা পোকপনি। ঐগী ঈয়াম্বা রাধামোহন সিংহ সব্ জর্জ্জ ওইরম্মি। চুড়াচান্দ মহারাজগী মতম্‌দা চহী ৫, বোধচন্দ্র মহারাজগী মতম্‌দা চহী ৫ অমগা লীশাং শীৎনা চহী ১০ চুপ্পা কোনুং অফিসদা লৈরম্মি। ঐহাক্ ঈশাগী ওইনদি

ইং কুমজা ১৯৪০ দা মণিপুর সেক্রেটরিয়েট গী পি এম এস দি (হিলস) প্রেসিদেন্ট মণিপুর ষ্টেট দরবার (হিলস্)) অদুদা এল দি সি রেকোর্দ কিপর ওইনা থবক্ চঙঙি। চহী ২ শুরক্পা মতাঙ্দা পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাওদা লান্নংবা মীচেলগী(রিফ্যুজি) কেম্পদা খোয়াথোং লেবর অফিসদা চৎলি। ইং কুমজা১৯৪২ মেগী তাং ১০ দা অহান্বা ওইনা ইম্ফালদা বোম থাদবা মতম্দা কেম্প অদু অফিস্কা লোয়ননা অদুম্ কায়খ্রে, থবক্সু লৈত্রে। লানগী বোম তোয়না থাদরিঙৈ মনুং অদুমক্তদা মতম্ অদুগী পোলিটিকেল এজেন্ট মিষ্টর জিম্সন্ সায়েপকী অফিস্তা তাইপিষ্ট অমা ওইনা চহী অদুমক্তদা থবক্ চঙঙি। চহী অনী রোম জিম্সনগী মখাদা থবক্ তৌরবা মতম্দা বোধচন্দ্র মহারাজনা কোনুং অফিসদা থবক্ তৌরনবা হন্না-হন্না হায়রক্পদগী মিষ্টর জিমসন্না থাদোরক্তুনা ইং কুমজা ১৯৪৪ মার্চ ১৬ তা কোনুং অফিস তা থবক পায়বা হৌই। অসুম্না ইং কুমজা ১৯৫০ ফাওবসি চহী ৭ মহারাজ বোধচন্দ্রগা লোয়নজবক্পনি। বংশগী নক্লবা মরী ওইবনা ঐঙোন্দা নামসু কৌই, অথুপ্পা পোৎচৈনাচিংবা শিন্নে।

হৌখ্রবা মণিপুর ইতিহাস ঙসি ফাওবদা চহী ১০৬ অসীগী মনুংদা মৈনসু চাকথেকপা ঙম্লরোইদবা, ঈশিংনা চামদুনসু কোক্লবোইদবা ময়েক্লা ইরম্লবা কাউবা ঙম্লবোইদবা য়াওল অনীথক্কী মনুংদা অমনা ইং কুমজা ১৮৯১ অদুনি, অদুগা ১৯৪৯ গী অসীনা অমনি। অঙনবগী অসীমনা মণিপুর রাজ্য অসী ঈরাংমগী জাতি অমগী শাসন মখাদা লৈখিবনি অদুগা অথেঙ্বগী অসীমনা ভারতকী অপূনবা শক্তি মনুংদা নমদুনা পুশিনখিব। অনী অসি নওবা ইং কুমজা ১৮২৫ গী মতাঙদা গম্ভীরসিংহ, নরসিংহ অনীনা মণিপুর লৈনাকপু চহী ৭ চুপ্পা খুন্তাক্ লাক্সিহনখিবদগী অরাশিংবু মণিপুরদগী তক্লা তাম্থোকখিদুনা মান্দলে ফাওবা তকথোকখিবা মণিপুরগী মায় পাকপা ইতিহাসকী য়াওল অদুমদি কনামতনা শক্ল-শোন্নবিদবা য়াওলগী থৌদোক্ ওইবা ইতিহাস ওইনা লৈখিবগুম তৌরে। গম্ভীরসিংহ, নরসিংহ নিংথৌরেল অনী অসিগী মথৌনা মরীংজেল নৎলমদ্রবদি ঙসিগী মণিপুর ইতিহাস অতোপ্পা মওংগী ইতিহাস অমা ওইরম্বা তাবনি। মণিপুর বৃটিশকী মখাদা লৈরম্মোই, মার্জর এগ্রিমেন্টকী ৱাফমসু লাক্লম্দবা য়াই হায়বদা ওইথোক্তে হায়নিঙাই লৈতে। চহী মতম চংঙ্না অমদি চুপ্না অৱাগী (ম্যান্মারগী) মখাদা লৈখিদুনা মণিপুর রাজ্য অসি অৱা-ব্রর্ম্মা-ম্যানমারগী দ্রিষ্ট্রিক্ট অমা ওইনা লৈরম্বা য়াই হায়বদা ওইথোক্তবনি হায়বসু ঈরার

লায়না হায়বা য়াবা ৱা নত্তে। অদুবু লাইবক্ থীবদি নিংথৌরেল্ অনী অসীগী ওইনা রাজ্যগী থাক্তা করিদি তৌরি? মতাং অসীমসু ৱারী মপূংনা ইতিহাসগী ৱাফম্ ওইবদগী ইচম্ চম্না পনবতনি। মণিপুরগী ইতিহাস অসী হেক্ য়েংলু পারুবদা ইং কুমজা্ ১৮৯১ দগী হৌবদৌনা উরি।

ৱারী হায়বা অসীমক্তবু লীরিবা বারী অদু থোক্খিবা থৌদোক অদুমক্তি হায়বা অসীনি। নত্রদুনা শেম্দোক-শেমজিন হাপ্তোক-হাপচিন য়াম্না তৌরবা ৱারী অদুদি মচু-মচুনা মফম্ চানা লাংলবা ফজরবা উচেক অমগী মতু-মমান্ লোইনা ফোয়দৎলগা পুথোক্পদা উচেক মশক্ খঙদবগুম্ ৱারীগী মগুণ হইষ্টে, তাবদা নুংঙাইতে ছন্দ-তাল-মাত্রা, চুন-চানদবা ঈশৈগুম তাবদা চাপ চাবা নুংঙাইবা পীবা ঙমদে. শুপ্নাগী কুম্মে ওইদুনা তোক্ই। অতাবা, অপাবনা পাম্লিবদী অশেংবা মশক অদুনি মরম্ অসিদগী রামায়ন পাবা অমদি তাবদা আদিকবি বাল্মিকিগী রামায়ন পাবা, তাবা. অদুম্না মহাভারতকিসু বেদব্যাসগী মহাভারত পাবা, তাবা চুম্মি। থনম্লিবা খুৎই অদু ৱারীদা য়াওরিবা মীশকশিংনা হায়বশিংদু চপ্-চপ্ চানা ইরম্লবনি। পাউদম ওইনা থম্রম্দে ৱাফম্ অসী নৈনবা তারবদি য়াম্না চাউরবা বিষয় অমা ওইরগদবনি। মরম অসীনা শম্না হায়রবদা রামায়ন অমসুং মহাভারত কৌবা পৃথিবী ফাওরবা মহাকাব্য অনী অসী ইরম্লিবা কবিশিং অসী মহাকাব্য অনী অসীগী থৌদোক থোকখিবা মতম্ অদুদা চপ্ চানা লৈরম্বা, মমীৎনা শং শং উহৌরবা, মনাকোংনা ৱা পুম্নমক তাহৌরবা পুরা-পুরি লাইগী শক্তি চেল্লবা মীশক্ ঙাক্তনি। বাল্মীকি, দশরথ নিংথৌগী সমসা ময়িক (Contemporary) মীশক্ অমনি; অদুগা কৃষ্ণদ্বৈপায়ন - বেদ ব্যাস অমদি ব্যাসদেব না কুরু পাণ্ডব কাঁ মবুধৌ চহী চা কয়া পুন্সিরবা মহাভারত লানগী মৱম্ মমৃৎ তানা খঙবা লাইওইরবা মীশক্ অমনি। হায়রিবসি মখোয়গী খুৎইনসু অদুম্না তাক্ই মরম্শিং অসী মরী লৈনবা লাইরিক কয়ানা শৌগৎলবা ৱাফম্নি। পাউদম্ পাউথাং য়াম্লবদগী লাক্পা ৱাফম্দগী মীৎনা, না-না শং-শং হকথেংনবা ৱানা মগুণ লৈফম্ থোক্ই হায়বা অসীমদি য়েৎননীঙাই লৈতে অসীতগী ৱারীনি।

ইং কুমদা ১৮৯১, এপ্রিল ২৫ দা খা-নোংচুপ, তোংজৈ মরিল মায়কৈদগী ফৃজিল্লকপদা লুচিংলকপা মেজর মেক্সুয়েলনা বৃটিশগী লানঙম্ ফীরাল কংলাদা য়ুংলদ্রিঙৈ মমাঙ্দা খোংজোম্গী মণিপুরী তেঙ্গোল্ কায়রে হায়বা শগোল পাউ অদুগী কুলচন্দ্র মহারাজনা মচা-মনাই কয়ামুক্তা লোয়ননা নোংপোক চীংশাং তম্না

উখুল্ লম্বীরোমদা খোঙ্শান্খি। কোনুং থাদোক্ত্রিঙৈ মমাঙ্দা জেনেরেল থাঙ্গালগী য়াথং মতুংইন্না কোনুং ঙাক্লনবা থম্হৌবা বোম্-তোপ্, নোংমৈ, থাঙ্-তা, গুলি-মরু, খুৎলাই পূন্নমক্ য়েক্লবনা অমুক্ শীজিন্নবা য়াদনবা মওংদা মাঙ্হল্লন্নগা হন্দোক্লম্মি। অসুন্না কুলচন্দ্রনা চীংদা নাথৈদুনা লেঙ্খিবা মতম্দা থাঙ্গাল অমসুং টেকেন্দ্রজিৎ য়াওদে। থাঙ্গাল অহল ওইরবনি, চীংদা চৎপা ঙম্বগী পাঙ্গাল লৈত্রবনি টেকেন্দ্রজিৎ মশাগী অনাবা অমনা মরম্ ওইদুনা মরূ-ময়াঙ্ খীংবা মতাঙ্ ওইরম্দে। মখোয় অনীমক্ ইম্ফালগী মফম্ অমদা তোঙান্ তোঙান্ য়ৈশিন্দুনা লৈখি বৃটিশনা অরাং- নোংপোক্কী ওইবা ভারতকী লম্দম্ খোপ্চিনবা মতমদা মণিপুর রাজ্য নত্তনা অতৈদি নোংমৈ মখোন থোক্খিদে। মণিপুরদংদি লান্ শোক্লদনা বৃটিশকী মখা পোন্বা য়াদদুনা শক্তি কল্লবা বৃটিশকা মায়োক্লবা লান্ফম্দা মায়থীখিবা মণিপুর রাজ্য অমনি। রাজ্য অদুগী ইকোন্ কোন্বা স্বাধীন নিংথৌ কুলচন্দ্রনা চীংদা লাক্পা মতম্দা নোংপোক চীংদা শেল পীদুনা চেঙ্ ৱান্গে থিবা মতম্দা চেঙ্ মরূ অমতা ফংখিদে। চিন্ (খাগী) লৈপাক্ তাবা লম্ঙীগী লময়ান্বা ওইনা লুপা শেঙ্গাও খাউজাও অমা পীদুনা থাখিবা নীপা অনীখক অদুসু থিবা খঙ্দনা মাঙ্খ্রে। কুলচন্দ্র উপাই লৈখিদে। ৱারবা-চিববা মতম্ অদুদা মীরোল্ কয়া হৌখ্রবা, লাই ওইখ্রবা হাক্তক্কী মলোম্ য়াওরকপ গুম্বা ৱাফম্ লাক্খি। খুনুনা মথোঙদা কল্লী। ৱাফম্ অসী হুজিক্ অমুক্ নৌহৌনা কাঙ্থোক্পা মতম নৎত্রে খোঙ্চৎ অসিদা ঐগী গুরুদেব যোগেন্দ্রসিংহ, মনাওনীপা ঐখোয়গী ইতোন্ জয়চন্দ্রসিংহ অনী অসী তম্পাক্ খুম্দগী শাগোন্নরকপনা মতাং অসিদসু অদুম্ থৌগল্লি। গুরুদেবদি নিংথৌগী শেঙ্গাও পায়বনি। অদুমক্তনা নিংথৌগা শাগোন্নদবা য়াদবনি। কুলচন্দ্র, খোঙলোয় পূন্নমক্কা লোয়ননা চসাদ্কী লম্বীদা তম্পাক্তা হাঙ্গথরক্তুনা চৎনিংবা মীমখৈ ময়ূম্ ময়ূম্দা চৎহন্খ্রে। মতম্ কুইনমক্ নৎত্রবসু নুমিৎ খরনিগীদমক্ চাদ-থক্তবনা শাক্ফম্ কায়রবা কুলচন্দ্রগীদমক্ গুরু দেবনা লূক হৌরগা কাওথুম্ চগেম্ পোম্দুনা লূক্ হাহল্লগা নিঙঙৈ অচৌবা অমনা কৃপশিল্লগা পোথাহন্খি। অসীগা লোয়ননা মনাই পার্থসিং কৌবগা নিংথৌ মফম্ অদুদা লৈরে হায়বা বৃটিশদা তাক্চরু, মনা লৌজৌ তাক্পিখি। পার্থসিং বৃটিশ সরকারগী মীগা লোয়ননা মফম্ অদুদা ক্বাখি। কুলচন্দ্র মহারাজনা যান্না কোন্না, লায়না মহাক্পু ফাজরো তাক্পিখি। পার্থসিং বৃটিশকী শেল্ মনা চাউনা ফংখি। মতুং তারক্পদদি মবুঙোবু ফাদুনা পীবা ঙম্বা মীশক্তি, মহাকপু মণিপুরদা লৈহনবা চুম্দ্রে হায়দুনা মপুন্সি চুপ্পা ব্রহ্মদেশ (অৱা লৈবাক) দা বৃটিশনা লোইথাখি।

থাঙ্গাল অমসুং টেকেন্দ্র অনীদি ইম্ফাল সহর মনুংদা ঈকোম্-কোম্না ফাবনি মখোয় অনীদি লান্‌ফম্‌দা লান্ য়ান্নবা, নোংমৈ কাপ্পবা, লাল্লোং-লাম্থোং শীন্‌বা য়াওরুবা নত্তে। কুলচন্দ্র, টেকেন্দ্র অমসুং থাঙ্গাল অহুম্মক বিচার তৌবদা লোইনা শিবগী দণ্ডি পীরবনি। টেকেন্দ্রগীদমক মনমোহন ঘোষনা আপিল তৌই। আপিল অদু য়াখিদে। থাঙ্গালদি আপিল তৌখিদে। কুলচন্দ্রগীদমক্ ঐগী গুরুদেবনা মতম্ অদুগী বামা চরণ মুখর্জীগী মনাক্তা চত্নুনা ৱা তান্নরুবদা বামাচরণনা অসুম্না হায়রকখি "চাউবা! নবুঙোগী আলু, চক্ষু লৈরুরো চৎলো"। অসুম্না ঙাইহাক্ ৱাখল তৌরগা "থুনা চৎলো যোগেন্দ্রসিং, লুপা ৫০০ পুদুনা অমুক লাকউ, উপাই অমুক্তং য়েংসি" হায়না বামাচরণনা মখা তারকখি। য়াম্না নক্লবা লমনি। কৈশমথোং কবুই খুল লৈরিবসিদগী মহার্বলি মনিং ভুরেল বাংমা বাবুপড়াফওগী লম্বীদনি। লুপা ৫০০ পুদুনা বামাচরণন্দা খিল্লুরে। বামাচরণ বাবুনা টেলিগ্রাফিক্ আপিল্ অমা ভারতকী বড়লাট সাহেবতা থাখ্রে। আপিল অদু মঞ্জুর ওইরে য়াবিরে অদুম্নদি ওইরগা মণিপুরদদি লৈবা য়াদে হায়দুনা আন্দামান, হাজা বিবাধনচিংবা মফম্‌শিংদা লৈরুবগী মতুংদা থাদা লুপা ১০০/১০০ পেন্সন পীদুনা ইউ পি গী রাধাকুণ্ডদা লৈবা বড়কুঞ্জদা পুন্সিচুপ্পা লৈখি। মতাং অসী ফাওবসি গুরুদেবনা কুলচন্দ্রবু থাদোক্লমদে।

অমরোমদা থাঙ্গাল টেকেন্দ্র অনীগী মথক্তা শীবিবা মরালশিংদু তোঙান্ তোঙানবা ওইবনি। ফাঁসি তৌবগী নুমিৎ আগষ্ট ১৩ দগী খরদং চোম্থরম্লবদি টেকেন্দ্রজিত্তি শিরম্‌দবা য়াই। অনী অসী ফৈদাবুংদা পুন্না শগাই অমতদা থৌরাদাসান্দুনা শিহনখিবনি। কৈথেল হাগল্লক্‌পা মতম্ ওইবনা অঙক্‌পা মীয়াম্ তিনবা অমা ওইখি। শোল্লবা থাঙ্গাল সগাই মথক্তা কাবা ঙম্বা পাঙ্গল্ লৈত্রবনি। মহাক্‌পু নম্‌গন্দা পোদুনা ফাঁসি শগাইথক্তা পুখৎপা মীশক্ অদু ঐগী গুরুদেব যোগেন্দ্র সিংহনি। নিংথৌরোল ৩ (অহুম) চুপ্পা জেনেরেল ওইরক্লবা তুং-মাং, লম্মিৎ তুম্মিৎ পুম্নমক্তা মুন্না খঙলবা, বুধি-লৌশিং চঙখোন্না লৈখ্রবা ইপু থাঙ্গালগী অরোয়বা সেবাদি যোগেন্দ্রসিংহনা তৌগদবনি হায়বা কুলচন্দ্র মহারাজগী সনা য়াথং মতুংইন্না গুরুদেবনা থাঙ্গালবু ফাঁসি শগাইথক্তা পোদুনা পুখৎখিবনি। পাউনা মেজোরগী বা হংবা মতাঙদা হংবদা তাদা ব্রজবাসী ইরমদমগী মীশক্কি চাউজসনু হায়বদগী হেল্লমদে। মখা তানা হংহন্নিংখিদে।

থাঙ্গাল অমসুং টেকেন্দ্রজিৎকী তোঙান তোঙানবা নুংগী ওইবা ৱারী গুরুদেবনা লিবিরমই। থৌদোক অসি মশাগী চহী ৩২ শুবা মতমদা থোকখিবনি।

টেকেন্দ্রজিৎনা চহী ২ রোমদং হল্লি। ঐহাক ইশাগী চহী ৩৩ শুবা মতম্দা গুরুদেব ইংকুম ১৯৪৪ মশাগী পুন্সি চহী ৮৪ দা থুপ্খি।

ঈমা-ঈপানা পোক্পা ঐখোয় নীপা অনীগী মনুংদা ঐগী ঈয়াম্বা রাধমোহন সিংহ স্যার চূরাচান্দ সিংহ মহারাজগী মতম্দা ষ্টোরক্লাক ওইনা কোনুংগী অফিসতা থবক্ তৌবা হৌই। চহী ৫ গী মতুং মহারাজনা থুপ্খ্রবা মতুংদা চহী ৫ অমগা লৈরম্মি। মথং-মথং প্রমোসন্ ফংদুনা বোধচন্দ্রসিংহ মহারাজগী মতম্দা প্রাইভেট সেক্রেটরী ফাওবগী থবক্ তৌরম্মি। মতুংদা মণিপুর ষ্টেট দরবারগী মেম্বর ওইনা কোনুং থাদোকখি। মহাক্না এডুকেসন্ মেম্বর ওইবা মতম্দা মশক মওং তাবা ঙম্দনা কুইনা লৈরক্লবা দি এম কলেজ মওং-মরিন তানা শেম্গৎপগা লোয়ননা লুপ্তুনা লৈখ্রবা, বেঙ্কনা পীথোকক্রুবা ধনমঞ্জুরী মহারানীগী ডোনেশন্ লুপা লীশিং তরা অদু নমদুনা লৌথোক্তুনা কলেজ অসী ফীবম্ তাবা মওংদা পুরক্খি। মরু ওইনা মিষ্টর আর আর থোমাস, ঐগীদি ফিলোসোফি গী ওজা অদু গৌহাটি কটন কলেজগী প্রিন্সিপাল গী থবক্ হেক্ থাদোক্পগা দি এম কলেজগী প্রিন্সিপাল ওইরবদগী মওং তারক্খিবনি। মাহাক্পু পুরক্লবা হোৎনবদা ঐগীসু থৌদাং য়াওখি। থোমাস না ঐবু য়াম্না মুন্না শক্ খঙ্বি। রাধামোহননা অসুম্না চহী খরা দরবার মেম্বর ওইরম্লগা জুডিসিয়েল দিপার্ডমেন্ট কী কোর্ট অনী থোকপদা বেঙ্গ অমগী প্রাইম জর্জ্জ অমা ওইরকখি। মমৈদা রিকোগনাইজেসন গী মতাংদা সব-জর্জ্জ ওইবম্লগা থবক্তগী পোথাখি। মশাগী চহী ৮৪ চঙ্লক্পা মতাঙ্দা পুন্সি খোঙচৎকী অরোইবা য়াহীপ্ তান্খি। মরক্ মরক্তা রাধামোহন হায়না শোন্নবা তাদবদি নত্তে।

ঐগী পুন্সি লমজীং-লমতাক্পিরম্বা গুরু অনীগী পাউতাক্ ফিদম্ মখাদা ঙসি ফাওবা হিংলিবা ঐহাক্না গুরুশিংবু নীংশিংজবগা লোয়ননা মখোয়গী পুন্সিবু কাউবা ঙম্দনা ঐগী কলম্ চথরি।

ইং কুমজা ১৮৯১ গী মণিপুর ইতিহাস য়াও-ওন হায়বসিনা খঙনরিবদি চহী অসিদগী মণিপুরগী স্বাধীনতা (মনীং-মখা তম্বা) মাঙ্খিবা হায়বা অসীনি। পুরান/পুয়ানা অসুম্না হায় "উৎত্রাশা মাঙ্দা তেলঙ্গা মকোক্ ৫ (মঙা) তাগনি" ঐহাক পুরান/পুয়া শূবা মীশক্ অমসু নত্তে; অদুবু থোক্লকপা থৌদোক্কদি য়াম্নমক চান্নরুই। চুম্মি, তাখি। শামাঙ্দা সায়েপ ৫ হাৎখি। করি কমদৌবদগী হাৎখিবনো? বাহংনি। টেকেন্দ্রজিৎনা লংজিন্ ওইবা ইমুং-মনুংগী ৱাথোক্ অমদগী খুরক্কী ঈনা

লাই শাবগী মওঙ্দা লৈবাক্ কায়বা ৱাথোক্ ওইরক্খি। তাঞ্জা চাবা য়েংদুনা লৈবা বৃটিশ কাঙ্লুপ্ অমনা থৌ লৈতনা থৌ থিরবা, ঈথক্-ইপোম্ মরক্তা খোই থাননবগীদমক্ ইরুজনীংবগা থোঙ্গা তেক্পগা তান্ চা-নরুই হায়বা অদুমক্ সাহেপ্শিং অদুদা থোক্লুদুনা ইমুং-মনুং ৱাফমদা খূৎ থিংজিল্লুবদগী শিবগী চৈথেং মায়োক্লখিবনি। মখোয়গা মরী ইলৈ লৈনদ্রবা টেকেন্দ্রজিৎপু ফান্নবা খুজিল্ থৌরাং তৌবা খূদিঙ্দা পাইরক্কী লৌশিং লৈরবা টেকেন্দ্রজিৎনা নাম্থোক্লুনা লৈরবদা মরাল্ লৈজদ্রবা অঙাং, নুপী, নহা কয়ামুক্ নোংমৈ গুলিনা মথবায় মাঙখ্রবা ইমুংগী অকল্ অথৌনা থৌদোক্ অদুদা মায়োক্লদুনা লমন্ শিংননবা শেম্ শাদুনা লৈরে। চৈরক্ অসিদা বৃটিশ সিফাযনসু মপাঙ্গাল লৈরক্তবদগী নোংমৈ কাপ্পবা লেপ্পগা কোনুংগী বাঝায় শঙদা নিংথৌ, যুবরাজ অঙম অথৌ ময়াম্গা সায়েপশিংগা দরবার তৌবা মতমদা মতূ মচা হাৎখিবগী ঈ কাদুনা লৈরিবা মীশক্ অমনা সায়েপ্ অমদা তানা থিংনবা হৌরকপদা ময়াম্ কায়দুনা চেন্নরক্পা মতম্দা ৫ গী মনুংদা অমদি তানা শোক্লুনা লৈখ্রে। লৈহৌরিবা ৪ অদুবুসু শঙ্লিংবদা থাঙ্গালনা শিন্নরকপা মতম্দা টেকেন্দ্রজিৎনা অসুম্না হারখি!" ইপু অমুক্তা ঙাইবিখো" হায়দুনা খাম্খি হায়না পাউদম্নরকখি। "অঙাং নখোয়না খঙবা নত্তে" অসুম্না থাঙ্গালনা খুম্নকখি। নুমিৎ অদুদা নিংথৌ অমসুং অঙম্-অথৌশিংনা সায়েপ্শিং অদুগী মথক্তা চৈরাক পীরমদবা থোক্লুর্বদি ঈ কাদুনা অরাবা তারিবা প্রজাশিং অদুগী মখুত্তা নিংথৌ অঙম্বশিং খর হরা অনা নংদুনা লৈবাক কায়বা য়াবা ঈহৌ অমা লাক্লম্লোই হায়নিঙাই লৈতে। মতম অসী শিলোং লাল্লোংদা মৈতৈগী মরিল/মগুণ মুন্না খঙলবা থাঙ্গালনা তুংগী থোক্লুগদবা খঙনা খঙ্না য়াথং অদু তৌখিবনি হায়বসি অহল-লমন্না ৱারী তৌবির্বম্মি। অদুগাদি টেকেন্দ্রজিৎ করি মবাল? করিগীদমক ফাঁসিগী হুকুম্! কোনুং থুগাইরম্দাইদা কুলচন্দ্রবু নম্বোল/বুড়ী বাজারদা থৈদোক্লুনা থম্লগা সুরচন্দ্রনা চেন্খ্রবা মতুংদা ময়াম্বুং কৌরুবগা নিংথৌ হাপ্পা, মশানা সেনাপতি ওইনা লৈবা, বিচারগী মতম্দসু "য়াম্বুং, য়াম্বুংদি করিমতা খঙ্দে, কোয়বেংনা তৌবা ঙাক্তনি, য়াম্বুংদি শোকপা/ শোববা য়াদে" হায়না ময়াম্বুং কুলচন্দ্রদা হঙ্গৎলকপা অচম্বা থৌনা, ময়াম্বুংবু নীংজবা অরায়বা/অচম্বা মীনা ঙম্বা থৌগল্লোল, ব্যবহার নত্তে। মহাক মশামক্তা নিংথৌ ওইবদা থিংবিনবা লৈতবা তাঞ্জানি: অদুবু নিংথৌ খুবম অদু কল্লকউদে, মিহৌরুদে, ময়াম্বুংদা কথোকই। ময়াম্বুং অদুসু ঈমা মরীগী ময়াম্বুংনি। ফিদম্নিঙাই স্বার্থ ত্যাগনি।

মণিপুর বৃটিশনা লোই চন্খ্রে। পুরান/পুয়াগী ৱাহৈদা "কংলাদা লমহূই মকোন্ শারগনি" হায়বদুমক কংলাদা চঙ্দুনা সায়েপ্পা য়ুম্দা খুন্দাশিনখরে। থা-ঙ-পাৎনা কোয়শিল্লিবা কোনুংগী লম্ অকোয়বদা কেন্টোন্মেন্ট বাউন্দরি পোষ্ট য়ুংদুনা মীতোপ্ চঙ্হন্দনা ঙাক্-শেন্দুনা থম্খ্রে। "সনাগী শেম্পাক্তা লমহূইনা মল মূত্র তৌরগনি" হায়বা পুয়াগী ৱাফম অদু নিংথৌরেল্ মহারাজ সুরচন্দ্রগী মজা ইবেম্মা মপুরোইবা লৈরবী সনাতোম্বীনা বড় সায়েপ্, মেজর সেক্সুয়েলদা ওংশিন-লৈশিন্খিদুনা রেসি-ডেন্সিদা পান্খিবা অদুনা শরুখরে। বৃটিশ মহারানীগী মথক্তা লাল্হৌরুবা অদুগী মরাল্ ওইনা মণিপুর সরকারনা চহী মতম্ কক্তনা মাগী (মণিপুরগী পীক্রুবা চহীগী চাগা লুপা লাক ২/২ ৫ গী মনুংদগী লুপা ৫০,০০০ (লীশিং য়াঙ্খে) চহী খুদিংগী ওইনা কাঙ্গৎ (Tribute) পীবা তাখি, ব্রিটিশ সরকারগী মফমদা। অসীবু উথ্রবা খঙথ্রবা মতম্ অদগী মৈত্রবাক্ প্রজানা নোক্ইগদরা কপ্ইগদরা মাদুদি পারিবা মীয়াম্না খনবিগদবা মঙায়বে। অদুগা হুজিক্কী মীরোলগী ৱাখন্দনা করি! ইকায়গদ্রা লেমঙগদ্রা!

গম্ভীরসিংহ মহারাজগী ধারা খাদোক্তুনা নরসিংহ মহাবাজগী বংশগী (শাগৈগী) মীশাক্ খন্দুনা চহী ৭ তা ঙায়বিবা চূরাচান্দবু মমিংতা ওইনা নিংথৌ হাপ্তুনা সায়েপ অমনা রেজেন্ট (রাজ প্রতিনিধি) ওইদুনা মৈত্রবাক্কী ৱায়েন্ থৌদা চখরে। চুরাচান্দগী লৈননবগীদমক ৱাংখৈ লবুক লমহাং ওইরম্বা মফম অমদা হুজিক লৈরিবা কোনুং অসি শাদুনা লৈহনখি। চূডাচান্দনা সা বালক ওইররুবা মতম্দা লৈঙাক লৈশেমগী থবক্ পুননবা দরবার লোয়শঙ্ শিংথৎলকই। অহানবদা নিংথৌনা লুচিংলম্লবসু মতুংদাদি সায়েপ অমনা দরবার অসীগী প্রেসিডেন্ট ওইবগী নিয়ম লাকখি। মহাক্ অসীবু প্রেসিডেন্ট, মণিপুব ষ্টেট দরবার (পি এম এস দি) হায়না খঙ্নরক্খি। অসীগী মনুংদা অমুক পি এম এস দি হিলস্ (Hills) হায়বা অমা অমুক তোঙান্না খাইদোক্তুনা মাগী অতোপ্পা সেক্সন্ অমা থমখ্রে। মাসিদা চীংগী শাসন অসী সায়েপ্ মথক্তগী শক্তিনা ৱায়েল্লি। চীংগী ৱাফম্ দরবারদা খন্নবা য়াওদে। অদুম্নদি ওইরগা চীংদগী কারক্পা আয় খজিক্তং অদুদি মণিপুর রাজাগী ওই। মতাং অসিদগী হৌনা চীংগী লম্দা খৃষ্টিয়নশিংগী শক্তি মন্ত্র-ধর্ম্ম কাম্শিন্খ্রবনি।

অমরোমদা অমুক কেন্টোনমেন্ট এরিয়া, রেসিডেন্সি, খ্বারম্বন রাজার এরিয়া খোম্জিন্দুনা বৃটিশ রিজর্ব হায়বা বৃটিশকী লৈবাক মচা অমসু বড় সাহেপ

(পোলিটিকেল এজেন্ট) অমনা তোপ্ তোপ্না শাসন তৌদুনা লৈখ্রে। মাসিদগী উরে, খঙলে মাদুদি মণিপুরদা মতম্ অদুদগী হৌনা পীক্লবা শাসন মওং ৩ (অহুম) থোক্লা চৎখরক্লি। মতম্ অদুদগী হৌনা কংলা কোনুং ময়োল অসী বৃটিশ সিপাইনা দখল্ তৌদুনা ঙসি ফাওবা লৈরক্লিবা অসীনি। অদুগা থোইদোক্পা মরম্ অমদি চীংগী লম্‌দা ৰাথোক্ অচৌবা লাক্লবদি, খুদম্ ওইনা কুকি রিবেলিয়ন্, যাদোনাং, গাইদিনলিউ নচিংবগী মতাংদদি মণিপুর ষ্টেট দরবারবুসু দায়ী পুবা য়াওহল্লি। ৰাফম্ অসী ভাব তানা খঙবা মীশক্ য়াম্‌দে। চীংগী লমদি প্রেসিডেন্টতনা ৰায়েল্লি হায়বসি ভাব তাদবনা অয়াম্বনি। ঐহাক্ ঈশাদি হিলস্ অফিসদগীসু হৌরক্পনি, অদুগা কোনুংদসু দরবার রিজোল্যুসন্ শূরকপনা মরম ওইদুনা তশেংনা খঙি। মতৌ অসুন্না মণিপুব লৈবাক অসী চহী ৫৭ (১৮৯১-১৯৪৭) ফাওবসি লৈরক্লবনি। ইতিহাসগী মরু, মরী-মখোঙ্ মুন্না নৈনহৌদ্রবদি মওং তাবা ফল ফংবা ওইথোল্লোই।

অমরোমদা নোংচুপ্‌লোম্‌গী শিক্ষাগী মঙালদগী ঐখোয়না ওইরিবা অবস্থা অসী ফাওবদা য়ৌরক্লিবা অসিমদি শীংথাদবা য়াদে। থায়না হায়বা মতারে, মৈতৈ মচাশিংদা শিলেট-কাঙ্গু, চে-কলম, পেন্সিল লেম্না পীরগা, য়েল্লগা লাইরিক্ তম্মু হায়না নেক্পা ফাওবদা মীশীং য়াম্না ফংলম্‌দে। অদুবু ঙসিদি মাদুগী তায়োন্নবদা লাইরিক্ তম্‌জগে হায়না কোয়না চত্তুনা ৰানোম্বদা লাইরিক্ তম্বা ফংনদ্রে। অদুবু মাসিদা শীংথাদুনা মহে-মশিং হৈরবা, বুধি-লৌশিং চঙ্খোল্লবা মীশক্ মশীং লাক্‌ঙম্‌দনা লৈরবা ফাওবদসু মীগী ফংফম্ থোক্পা স্বত্ত্ব, হক্ পূন্নমক্ মহৌশা-মহৌশাগুম অদুম্মক্ নমশিন্দুনা থমখিগনি হায়বদি তাইবংপান্ অসিদা য়ানিংফম্ থোকপা বাফমদি ওইরক্তে। মাসিনি হুজিক ঐখোয়গী মাঙ্‌দা তারিবা সমস্যা। মাসিনি চহী ৫৭ কী বৃটিশ শাসন্না মৈত্রবাক প্রজাদা ঙসি পীররিবা চৈথেং।

বৃটিশনা লোই চল্লেদি হায়ববু, মণিপুর নিংথৌপান্‌বা রাজ্য অমদি ওইহল্লি। চূড়াচান্দ চহী ৫০ নিংথৌ ওইরম্মি। অহান্‌বা চহী ১০ অমনা নাবালক ওইবনা রেজেন্ট অমনা শূপ্তুনা হৌখ্রে। অরোইবা চহী ১০ (১৯৩০-৩৯) ফাওবা অমনা মমিংতা ওইনা নিংথৌ ওইখি। অয়াম্বা মতম্ নবদ্বীপ্তা লেনখি, নবদ্বীপ্তা থুপ্‌খি। ইং কুমজা ১৯৪০ দা মপাইবুঙো থুপ্‌খ্রবদা বোধচন্দ্রনা নিংথৌ ওইরবা মতম্‌দদি মণিপুর অসী অৰা অনা কোক্‌থোংনবা মতাঙ্ থোক্‌খি। চূড়াচান্দগী মতম্ ফরিঙৈ চহী ৩০ গী মনুংদা মনীং তম্না শান্নরম্বা সমাজ অমসুং রাজনীতিগী মমৈতাবা ফল বোধচন্দ্রগী হাক্তক্তা মহে ওইনা থোক্লরে।

ইং কুমজা ১৯৪২ মে ১০ দগী ইম্ফালদা জাপান্না বোম্ থাদবা হৌই। ইং কুমজা ১৯৪২ দগী ১৯৪৫ ফাওব অসী ইম্ফালদা খা-নোংপোক এশিয়াগী মরু ওইবা লান্‌ফম্ ওইখি। লাল অসী পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও হায়বা অদুনি। কল্লবা লালগী বোম্ গুলি মনুংদা ইং কুমজা ১৯৪৪ মার্চ্চ ১৬ তা ঐহাক মণিপুর পোলিটিকেল এজেন্সি, মি জিম্‌সন্‌গী অফিস্তগী কোনুং অফিস্ পায়বা হৌই। রেকোর্ড কিপরগী থবক্কা কোন্ননা টাইপিষ্ট অমা ওইনা থবক্ তৌরক্‌পনি। মাদুমক্ কোনুং অফিসতসু ঐনা পায়বা তাখি। ইহান্ হান্‌বমক্তদা লাল্ মনুংদা অফিস্ হোংদোক্ হোংজিন্ তৌবদা মথোঙ মরম্ খঙদনা চাইরম্বা চে, ফাইল্ ময়াম্ অদু মওং তানা নৌনা শেমজিন্ শাজিন্‌বা হৌই। অসিগা লোয়ন লোয়ননা ফাইল্ শূবা হৌদুনা কোরেস্পোন্দেন্ট কী থবক্ পায়হল্লি। মতাং অদুদা কোনুং অফিস্‌দা লৈরম্বা মীশক্ অহলশিংদু চহী ৪/৫ গী মনুংদা পোত্থখিবা তারম্মি। অদুমক্তনা খর নহা ওইবা থবক্ খিং-খিং তৌবা ঙম্বা, খরসু থবক্কী থৌওং-থৌশিল্ য়েংলক্‌পা ওইনা থোক্‌খি।

ঐহাক্কা কোনুং অফিস্‌দা চঙ্‌বা মতমদা ঐগী ঈয়াম্বা রাধমোহন প্রাইভেট সেক্রেটরী ওইনা লৈরম্মি। ঐ অমা অসুম্না লৈ হায়বসু অসীগী মরীদগী বোধচন্দ্রনা খঙ্‌লক্তুনা কৌরক্‌পা ওইরম্লে। মতম্ অদুদা সনসম গৌরহরিনা এডিকোং (Aid-de-Camp) (A D C.) ওইনা লৈরম্মি। চহী অমগী মনুংদা দরবারদা ৱাহেংবম শ্রীয়ুমজাও সিংহনা থবক্তগী পোত্থাখিবা মতাঙ্‌দা শ্রীরাধামোহনসিংহ দরবাব মেম্বর হাপ্লক্তুনা দরবারদা চংখ্রে। শ্রীগৌবহরিসিংহ প্রোমোসন ওইনা প্রাইভেত্ সেক্রেটরী ওইখ্রে, অদুগা হৈক্রুজম্ নবকান্ত সিংহবু ডাইরেক্ট এডিকোং ওইনা হাপ্‌খ্রে। মতাঙ অদু চঙ্‌বসু কুইদ্রিবগা ৱা ঙাঙ্‌বা থৌনা ফবা ঙমখিদে। থা ২/৩ গী মতুংদা মহারাজনা দিল্লী লেঙ্‌বা খোঙ্‌চৎ অমদা প্রাইভেত্ সেক্রেটরী অমসু এডিকোং মথোয় অনীমক্ লোয়নখি। অহল মরক্তা ঐহাক্ লৈহৌই। কোনুং অফিস্তগী প্রোমোসন্ লম্বী য়াম্না লৈ হায়বসি ভাব তাদুনা মহারাজ বোধচন্দ্রনসু মাগী বংশগী মীশক্ ওইবা থম্নিংবগী বাফম্ মতুং কাইনথঙ্‌দা ভাব তারক্‌খি। দিল্লীদা লৈরিঙৈ মতম্‌দা মহারাজগী খাঙ্‌চেৎ-নমখাঙ্ অশুবা অমা দর্জ্জীদা তূহল্লগা চাউনা পেকিং তৌদুনা কোনুংদা হল্লক্রম্‌দাইদা রেলরে-ট্রেন্দা বুক্ তৌরম্বনি। মণিপুর রোদ য়ৌবগা পোৎ অদুদি থিবা ফংদ্রে। থবক্ অদু শ্রীনবকান্তদা শিন্নদুনা তৌবনি। অদুনা পোৎ অদু হন্দুনা অমুক থিরুখো

হায়না নবকান্ত অদু অমুক্ হন্না দিল্লীরোম্দা ইম্ফাল য়ৌরম্দনা থাখ্রে। পোৎ অদু থিবা অদুম ফংখিদ্রে। তাল্লক্, চৈরক্ অদুদা মহারাজনা নবকান্ত টার্মিনেট্ তৌরগা ঐহাকপু ইং কুমজা ১৯৪৫ লাল লোইরম্দাই অদুৱাইদা এডিকোং হাপ্লিখিবনি। ঐহাক্ ঈশামক্তি মীৱা-মৈশা লাংবা থবক্সি কয়া কন্না পাম্জদবনি। অচম্বা লাইরিক লাইশু-তম্বি-তাক্পিবা, লাইরিক্ লাইশু খর অখঙ্বা ইদুনা অচম্বা অমসুং অঙৈংবা পুন্সি লেন্বা পাম্জবনি। অদুবু ঈশ্বর ভগবানগী খূজিল্ ওইনা থোক্খি। গৌরহরি মক্সু চূড়াচান্দ হা ইম্ফালদা ওঝা ওইরম্বদগী লাক্পনি। সাহিত্যবু নুংশিজবা মীশক্ অমনি। মখোয় মচীন্ মনাও অনীসু বোধচন্দ্রগী সেবক ঙাক্তনি। কোনুং পামজবা ওইনা তৌই। মতাঙ্ অদু ঐহাক্ ঈশাগী চহী ৩৪ দা ঙায়রি, প্রাইভেট সেক্রেটরী গৌরহরিনা চহী ৩৩রোমদা ঙায়রি য়াম্না নৌরিবা ঙাক্তনি হায়বা য়ারিবনি মতম্ অদুগী ওইনা খন্নরগদি। অদুগী মথক্তা ঐহাক্তি লোয়শঙ্ অদুদা চঙ্লকপা চহী অমা খরদা মহেল্লি। অদুম্নদি ওইরগা তৌখিবা চহী ৪ রোম্ সায়েপকা হক্থেংননা অফিসতা থবক্ তৌমিন্নরকপদগী অফিস্কী নিয়ম-কানন্ ইবগী মওং-মশক্ হৌনবী খরগী মখৈদি খঙজরক্পনা কোনুংগী সনা অফিস অদু মওং অমা তানা শেমগৎপদা উপায় ওইখি। তশেংনা হায়বা তারবদি এ ডি সি না অফিস চালাইবমক্তি মথৌ নত্তে, অদুগী সেক্রেটরিয়েট অদুগী শরুক্ অমগী হকতি নৈতবা নত্তে। অদুবু মশামক্তা দায়ীত্ব পুরিবা থবক্তা অয়াম্বা থাজবগা লোয়ননা শিন্নবি। মাদু তৌদবা য়াদবা মরম্ কয়াম্বুক্ লৈবদগী শিন্নদবা য়াদবনি। মহারাজ বোধচন্দ্রদি কোনুংদা নুমিৎ শাংনা, কুইনা লৈগন্দে, অরাপ্পা মণিপুরগী মপান্দা তোয়না লেঙ্গল্লি, শিলোং, দিল্লী, বেনারসতা অমসুং কলকতানচিংবদা খর লেঙ্গল্লি, মাদুদা সেক্রেটরীদি থৌগল্ ওইনা ইলোয় লোয়নৈ। মসিদা লুবিবদি চয়োল খূদিংগী ফম্বা দরবার রিজোলুসন্শিং অদু ঐহাক্তা শুবা. নৈনবা তাবনি। অরাপ্পদা নৎত্রসু মণিপুর চীং-মাল, লোয়ারম্শিং কোয়না লেঙ্দুনা মফমশিং অদুগী মীশিংগা চানা-চিন্ননা ৱারী-ৱাতাই শাবসি মহারাজগী নুংঙাইজবনি। মতৌ অসুম্না অফিস্কী অরুবা চে-চাং পূম্নমক্ ঐহাক্তা হান্না শেম্-শাদুনা থম্লগা অরোইবদা সেক্রেটরী ঐখোয় অনী চঙ্না মহারাজগী এপ্রুভেল্ লৌবনি। অফিস্কী থবক্তদা থাজনবগী ৱাদ নত্তে, সেক্রেটরীনা ময়ূম্ থাদোক্তুনা মহারাজগী ভুং ইনখিবা মতম্দা ময়ূম্গী থবক্ ফাওবা ঐঙোন্দা শিন্নরম্বা অদুগুম্না লোয়নরক্পা ঐখোয় অনীগী মরীনি। মহারাজনা খর শাংনা লেঙ্থোক্কদবা মতাঙ্দদি

য়ূম্-শো পূম্নমক্ ঐঙোন্দা শিন্নরম্মি। অসুম্ তৌনা ঐহাক্ অসি ময়ামগী থাজনফম্ অমা ওইরম্মি।

অমরোমদা মাহারাজনা গৌরহরি লোয়নবগুম্ নেপালি মহারানী ঈশ্বরীনা ঐহাক্পু থাদোক্তে। ইবেম্মদি এ দি সি থাদোক্পা য়াদে হায়বসি মহারাজ সনা য়াথংনি। অদুগীসু মথক্তা অতে অতে রানীশিংসু চথোক্পদা এ দি সি লোয়নগদবনি। মানা য়াদবা থবক্তু তৌবা য়াদে হায়বা ফাওবা সনা য়াথং তাক্পি। মরমদি কোনুংদা লৈরিবা মচা-মনাই অয়াম্বা বোধচন্দ্রগী থাজবা খর ৱাৎলি। অপোক্পা গুরুদেবনা তাক্পিরম্বা "নিংথৌগী ফিজি-ফীনা নেৎকনু; নিংথৌ শেম্বা য়াওরুনু, নিংথৌ কন্বা য়াও" হায়বা পাউতাক্শিং অসীগী মতুং ইন্না ঐনা চচ্চবগি বোধচন্দ্রনা য়াম্না মুন্না খঙবি। অসীনা মরম্ ওইদুনা মহারাজনা কোনুং হেক্ থাদোক্খিবদা কোনুংদা অহিং য়ায়রেক্পা তোয়না থোক্ই। অহিং-তাইবং অনীদা রোয়েল হেরেম্ ইবেম্মশিংগী লৈফম্শিংদা চত্তুনা, চঙদুনা মখোয়গী করি অৱাৎ-অপা হংবা শাদুনা চোক্ তৌবদা অপন্বা পীহন্দে। অহল্-লমন লৈতবদি নত্তে। মতোল ইবুঙো সনাতোম্বা ইবাইসিঙ্, আচার্য্য গুরু বাপু চাউবনচিংবসু অদুম লেক্-চাদুনা লৈ। মখোয় অদুবুদি ইবেম্মশিংনা করেম্ কথাইননা লোয়নৈ। অহল ওইরবা বাপুচাউবা অদুমক্ ফজদ্রবা ৱাথোক্ অমদগী কোনুং থাদোকহন্খি মাসিমক্তি বংশগী ওইনা ইকু-ইমাক্ ওইবনা মহারাজনা মামা এ দি সি গী ৱা য়াওদনা মহারানী, রানীশিং পূম্নমক্ মনীং তৌদনবগী ৱাফম্ অমা লৈবদগীনি। ঐগী থবক্ অদু অসুম্-অসুম্ উরক্পদগী মমৈথঙদদি শ্রীশ্রীগোবিন্দজীগী সেবাগী থবক্সু হাপ্চিল্লক্লে। ঙস্মোই হায়বসু হায়ব হৌনদবনিনা থবক্ অচৌবা অদুমসু পুবা তারকখি। মতম্ অদুদা ঐনা শ্রীগোবিন্দজীগী সেবাগী মরমদা শেম্জরম্বা নিয়ম্-কানন্ খরদি হুজিকসু অদুম্ চৎনবা উরি। অসীগা লোয়ন-লোয়ননা ধর্ম্মগা মরী লৈনবা থবক্ পূম্নমক্ মরী লৈনবা ওইনা পুবা তারকই। চহীগী নিংথেম্ কীর্ত্তন, নিংথৌ অমদি কোনুংগা নক্লবা মরীগী শ্রাদ্ধ কর্ম্ম, লুহোং খোঙদোংবনচিংবা কোনুংদা তৌবা থবক্ পূম্নমক্ অফিস্কী থবক্ মথক্তা পুবা তারকখি হেন্না কুপশিন্বা অথুপ্ অকায়নচিংবগী ৱাফম্ কয়াদি মফম্ অসীদা পন্জদ্রে। নিংথৌনা প্রজাগীদমক লৈঙাক্ ৱায়েনগী পোৎলুম্ পুবনি, অদুগা অমরোমদা নিংথৌগা ৱায়েন থৌদাগী মতেং অঙম্ব খর পাংজবসু প্রজাগী সেবা তৌজবনি হায়বা ৱাখল্দা চহীগী মনুংদা থা ৪দি কোনুংদা য়ায়রেক্তুনা চহী ৬ অদু

প্রজাগী সেবা তৌজরক্পনি। নিংথৌ পান্বা লৈবাক্ অমগী নিংথৌনা লৈবাক্ অদুগী মনুংদা নীংতম্বা খর লৈজবা হায়বা অসী হংননিঙাই লৈত্রবা ৱাফম্নি। মাদুগী মায়োক্তা প্রাজাগী অপাম্বগা মূক্খায়নবা ৱাফম্ কয়াসু লাক্লোই হায়নিঙাই লাক্কবা নত্তে। অদুনা নিংথৌগীসু মনীং থুংনবা, প্রাজাদসু অকায়বা থোক্তনবা থৌশিলদি হায়দোকপদদি লায়বা থবক্তা ওঙ্খোক্লবা হোৎনবা তরাই তরাইবা থবক্ ওইরক্তে হায়বা অসী খোঙুপ্ তোংলিবা মীদুনা খোঙুপ্কী অচিল্ অকোম্ খঙ্বগা পাঙ্খক্লি। নিংথৌ-প্রাজাগী ৱাখল্-বুদ্ধি মান্নরবতদা লৈবাক্ ঈংনা, মরা তপ্না পান্বাদা মতেং ওইবা তাবনি। নিংথৌ-প্রজা পূন্না লেপ্লগা অহুম্শুবা ঈহৌ অমা থেংনবদা খুদোং চাবা ওইগদবনি। ইং কুমজা ১৮৯১ দা মণিপুর রাজ্যগী মশক্ নাইরবা মওংগী য়াওন অমা লাক্খ্রবসু নিংথৌ পান্বা লৈবাক্ হায়বা অদুমদি অদুম্ ওইদুনা লাক্লী। নিংথৌগী মপাঙ্গাল্ খরদং অসুম্ লৈরক্লি। অদুবু লাইবক থীবদি ইং কুজা ১৯৪৯ সেপ্টেম্বর ২১ গী মণিপুর রাজ্যগী লৈঙাক ৱাযেন্দা লাক্খিবা য়াওন্ অসিদদি নিংথৌগী বাফম্ মরু ফুকখিবতা নত্তনা স্বাধীন্ বাজ্য হায়বা অদুগী মশক্ মমি তক্তুনা মুথৎখিবা য়াওনি। মাসি নিংথৌতা নত্তনা প্রজা মীয়ম্নসু পেন্নফম্দি থোক্তবনি। মসিনি অইবনা চহী ১০৬ কী মনুংদা কাউবা য়াররোইদবা অহোংবা য়াওন্ অনীখক্ হায়না মথক্তা পঙ্জবা অদু মাসিনি মণিপুবদা বৃটিশ্কী চহী ৫৭কী অরোইবা খোম্জিন্বা মতাঙ অসিদা মণিপুরগী নিংথৌপান্বা ৱারী লোইরে হায়বা য়ারে। পুযাদা হায়নবা ওইনা লৌনবা "মণিপুরগী নিংথৌদি ভুবন শীঙ্খোঙ্দা তুম্গনি" হায়বদু চুম্ব চুম্লবরা হায়না লৌজৈ। ইং কুমজা ১৯৪৯ গী মতুংদা ঐহাক চহী ২ রোম্ ফাদ্রিঙৈদা কোনুংগী থবক থাদোকই। ঐনা লৈরিঙৈদা বোধচন্দ্রগী সেক্রেটরীগী থবক পুরিঙৈদা কোনুং অফিসকী মীশক্ পূম্নমক্ অনৌবা লৈঙাক্ শাসন মখাদ (নিউ সেট-অপ্তা) মর্জ তৌহল্লম্মি। মীয়াম্গী হোৎনরিঙৈদা মতম্ হৌখিবনা ঈশাগীদম্ক হোৎনবদা মহে চাখিদে। "শঙ্গাই অথৌবনা মখোক্ ঈৎপা ঙম্দে" হায়বদু ঐঙোন্দা চপ্ চানা থোক্লখি।

কোনুং থাদোক্লবা মতুংদা চহী ৬/৭ লোম্ রাম লাল পাল্ হাইস্কুলদা ওঝা ওইরমই। ইং কুমজা ১৯৫৮ দা মণিপুর ষ্টেটকী ডিষ্ট্রিক্ট লাইব্রেরীগী লিংখৎপদা অহানবা লাইব্রেরীয়ান্ ওইনা রাজাগী গোর্বনমেন্টকী থবক অমুক তৌবা হৌই। চহী ১৪ চুপ্পা হোৎনজবগী মহে ওইনা লাইব্রেরী অসী ষ্টেট সেন্ট্রেল্ লাইব্রেরীগী





থাক্ ফাওবা পুখৎলম্লগী ইং কুমজা ১৯৭২ থবক্তগী পোথাই। থংনবা চহী ইং কুমজা ১৯৭৩-৭৪, চহী অনী হুজিক্কী মণিপুর ইউনিভর্সিটিনা জে এন য়ু সেন্তর ওফ পোষ্ট গ্রেজুয়েৎ স্টদি ওইরিঙৈদা মণিপুরী সাহিত্যদা ভক্তি সাহিত্যগী এসিষ্টেন্ট প্রোফেসর ওইনা হৌদোক্পা ওজা ওইরম্মি। ইং কুমজা ১৯৭৫-৭৯ চহী মঙা অমনা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীদা লৈদুনা লাইব্রেরী অমদি আর্কাইব্ ইউনিট হাংদুনা একাদেমীদা অঙম্বা মতেং পাংলম্মি। ইং কুমজা ১৯৭৯ দগী অসীগুম্বা সংস্থান্ কয়াগী থবক থাদোক্তুনা হুজিক টি এস পাল মণিপুর রোমেন্স কলেজ অসীগী ফাউন্দর প্রেসিডেন্ট ওইনা মণিপুর রোমেন্স কলেজ মিংথোন্দুনা ঙসি ফাওবা কলেজগী থবক-থৌশিলদা তেঙবাংপীজরি। মীচঙ্ শোনবনা ইং কুমজা ১৯৮০ ইংদা হৌখিব কলেজ অসী ঙসিফাওবদা সরকারগী মতেং ফংদ্রী। নেস্নেল বিব্লিওগ্রাফি ওফ ইন্দিয়ান লিতরেচর মণিপুর সেক্সন কম্পাইল তৌরম্বসি ঐগী জাতগী থাক্তা থবক অমনি। লোয়ননা সাহিত্য একাদমী দিল্লিনা এসাইমেন্ট পীবকপদগী ইং কুমজা ২০০২ দা অবাম্বা দরেন্দ্রজিৎকী পুন্সি অমসুং মানা সাহিত্যদা তৌবম্বা দানগী মরমদা ইর্বলিসপত্র লোয়ংখি। অইবগী পারিচয় মতাং অসিদা তেন্তক্লা লোইশিন্জরে।

না তাক্লিবা অমদি লাইরিক ইত্রিবা মশক্ খঙদনা বারী তাবা, লাইবিক্ পাবদি পেন্দবা পোক্কই। অমবোমদা বারী-বাখোঙ, বাহৌ শেংনা খঙদনা বারী অমসু খৌদোক অদুগী মাহেন্ তৌবদা অমানগী বারী বাখোং খঙবা মপুঙ ফাদনা লাইওং লেপ্পুনা লায়েংবগী খুদোং চাদবগুম্বা পোকই।

## অনিশুবা লাঞ্জাও মতুং

লাল অসী লোইরবা মতুং, অংলুই কুইদনা বৃটিশ পার্লিয়ামেন্টসু অহোংবা অমা লাক্খি। চর্চিলনা লুচিংবা কঞ্জারভেটিব সরকার চৎখিদুনা সি আর এটলি (C R Attlee) না প্রাইম্ মিনিষ্টর ওইবা লেবর গভর্নমেন্ট লাক্খি। এটলিনা ইন্দিয়াবু ইন্দিপেন্দেন্স্ পীননবা খন্নরক্পগা লোয়ননা য়াম্না থুনা বিল্ অমা বৃটিশ পালিয়ামেন্টা পুথোক্লবা থৌরাং তৌরক্পগী পাউ ভারতকী কাচিন্ কোয়া শীন্ থুংনা তানরক্লে। অসীগা লোয়ননা মণিপুরদসু মতম্ অদুদা পি এম এস ডিওইবম্বা পিয়ার্সন সাহেবনা হিল রেগুলেসন্ অমসুং কষ্টিত্যুসন ওফ্ মণিপুর শেম্দুনা ইং কুমজা ১৯৪৭ কী

মমাঙ্‌দগী চৎনবা হৌহন্‌খ্রে। মতাঙ্‌ অসিদগীদি পি এম এস ডি(হিলস্) না মনীং তৌনা মথন্তনা শাসন তৌরম্বদু হিজ্‌ হাইনেস্‌ ইন্‌ কাউন্সিসলগী মখাদা থম্‌খ্রে। অদুগা মহারাজনা কন্সতীট্যুসনেল হেদ্‌ ওইনতা লৈননবগী মওংদা লাক্লে। তৌবদদি মতম খরগী ওইনা অকোন্‌বগী ব্রাফম্‌সি মহারাজনা য়াখি। অদু পূম্নমক্‌ লৈদুনসু বৃটিশকী শক্তি মপাঙ্গল থৌনা লৈরিঙৈ মতাঙ্‌ থোক্‌পনা অথিংবা, অপন্‌বা, য়াবা-য়াদবা পন্‌ পূম্নমক্‌ নম্‌থেক্তুনা মণিপুর ষ্টেটকী শাসন মওং অমা তাহল্লম্লগা ইং কুমজা ১৯৪৭ আগষ্ট ১৪ গী অয়ুক্তা মহারাজ কুমার প্রিয়ব্রত সিংহদা চীফ্‌ মিনিষ্টরগী চার্জ শিন্নরম্লগা নুমিৎ অদুগী নুমিৎ য়ুংবা মতূংদা মিষ্টর পিয়ার্সন্‌ ইম্ফাল থাদোক্‌খি।

আগষ্ট ১৫ গী য়াম্না মাঙ্‌জৌননা মিষ্টর জিম্‌সন্না মাগী পোলিটিকেল্‌ এজেন্টকী থবক্‌ অদু হান্না দরবারগী প্রসিডেন্ট ওইরম্বা মিষ্টর জি পি ষ্টেৱার্টতা শিন্নরম্লগা ইম্ফাল্‌ থাদোক্‌খ্রবনি। মরম্‌ অদুনা বৃটিশনা মণিপুরগী শাসন শিন্নবগী থবক্‌ মিষ্টর ষ্টেৱার্টনা পাঙ্‌থোকপা তারবনি। মিষ্টর ষ্টেৱার্টনা মহারাজ বোধচন্দ্রবু ইং কুমজা ১৯৪৯ আগষ্ট ১৪/১৫ গী অহিং নোংয়াইদা রেসিদেন্সিদা লেঙ্‌বিরক্লবা চিঠি অমা ইরক্‌ই। অহান্‌বদা মহারাজনা ষ্টেৱার্টপু মহাক্কী মখাদা দরবারগী প্রসিডেন্ট ওইবগী মীশক্‌ ওইনা লৌরুবদগী খর চিংনবা পোক্তুনা ষ্টেৱার্ট্‌না কোনুংদা লাক্‌ফম্‌ থোক্‌পগুম খল্লম্মি। মমৈদা ষ্টেৱার্টনা মাদি ক্রউন রিপ্রেজেন্টেতিব্‌ ওইনা হঙ্গৎপনি হায়রকপদগী ভাব তান্নরক্‌খি।

অকক্লবা তাবিখ্‌ অমসুং পূংফম্‌ চানা বোধচন্দ্র, গৌরহরি অমসুং ঐহাক (আনন্দমোহন) বেসিডেন্সিদা চৎলি, মিষ্টর ষ্টেৱার্টনা তরাম্‌ তরাম্না ঐখোয়বু ওক্‌ই। বাঙ্গলা মনুংদা চঙ্‌লগা ষ্টেৱার্টনা নোংপোক্‌ ওন্দুনা ফম্মি, বোধচন্দ্রনা মায়োক্লনা নোংচুপ ওন্না লেঙ্‌শিল্লি, পি এস অমসুং এ ডি সি অনীনা মহারাজগী তুং ওইরপ্না মথং মথং ফম্মি। উন্‌ ৱাইমুক্‌ চীক্লা তেল্লবা মতম্‌ ঙাইরি। অহিং পূং ১২ হেক্‌ তাবদা ঐখোয় ৪ মক্‌ ফুক্‌ ফুক্‌ হৌগৎলি, ষ্টেৱার্টনা হায় "মহারাজ সাহেব, মণিপুর ষ্টেটকী মথক্তা বৃটিশ্‌কী শাসন খূদক্‌ অসিদগী লোইরে। ষ্টেটকী শাসন মহারাজ সাহেবকী খূত্তা শিন্নজরি।" অসীগা লোয়ননা মহারাজগা ষ্টেৱার্টকা খূৎ পায়নদুনা নীক্নৈ। তন্না ফম্‌থনৈ। মথংগী মীকুপ্তা অনীমক্‌ হৌগৎনরগা গুড্‌মোর্নিং মহারাজ সাহেব, গুড্‌মোর্নিং হায়নরগা গুড্‌ বাই, গুড্‌ বাই হায়নদুনা বোধচন্দ্রবু ষ্টেৱার্টনা মাঙ্গোল্‌ বারেন্দা ফাওবা থিন্দোরক্‌ই।

মতাং অসিদা হায়নীংবা ৱাফম্ খরদং শেংদোক্লিঙাই ওইবা লাক্ই। রেসিডেন্সিদা চৎলুবসি মহারাজগা প্রাইভেট সেক্রেটরী অনীতা চৎপা নত্তে। এ দি সি ঐহাক্সু থৌগল্ য়াওরম্বনি। থোকখিবা দৃশ্য অদু মীত্তা মতম্ কুইনা কাউররোইদবা অমনি। য়াম্না চীক্না চ্যেক্শিন্না পাঙ্থোকপা তেন্খ্রবা থৌওং অমনি। বৃটিশকী মায়কৈদা হরাউ তয়াম্বগী মমি তাফম্ থোক্রুবা মচাক্ মরণ্ কায়নবগী থৌওং অমনি। অতৈ মখা তাবা ৱারী শীংবুল তৌননবগী জগা, মতম্ মতাঙ্ লৈবা থৌরম্ নত্তে। নুমিৎ অসীগী অহিং নোংয়াইদা পোলিটিকেল এজেন্টকী রেসিদেন্সিদা শ্রী গৌরহরি মথন্তা মহারাজ থৌগল তৌই হায়বা কর্নেল্ ভূবনগী লাইরিক্তা (The Merger of Manipur) পল্লিবসিমদি পুরা লাল্লবা ৱাফম্নি। মাসি ঐগীতা নত্তনা কর্নেল্গীসু লাইবক্ থীবনি। ৱাফম্ অসীদং ঐগীৱা তাবিরম্লবদি মওং তারম্গদবনি। অসীগুম্বা অৱাংবা থাক্কী সরকারগী থবক্তা মহারাজগা, সেক্রেটরী অনীদংনা হোই-হোই লাউনা তৌবসু রাজ ব্যবহারগী ৱাংমদা ওইনা থোক্ই অসীগুম্বা মতাংদদি প্রাইভেট্ সেক্রেটরী অমসুং এ দি সি, নিংথৌনা লোয়নদবা য়াদবা নিয়ম লৈ। কর্নেলস্ ঐগীদা লাক্লমদবদি নত্তে। অদুবু অচম্বা ৱাফম খরগী ৱা তারগা পেন্বগুম্লা তৌখি। থৌদোক্ অসী অরোলবা অথুপ্পা নত্তে।

অমনা অহিং অদুগী সিনারিও অদু য়াম্না ধূম্-ধাম্গী লৈতেং য়াওবা ওইনা তৌরিবা অদুসু খর তায়োন্নবা ওইনা থোক্ই। থৌওং অদু মাদুগী মফম্ লৈতে। সেরিমোনিয়েল্ ইনোগুরেসনগুম্বা নত্তে। চূনদবা ৱাফন্নি।

অতোপ্পা অমনা বোধচন্দ্র অমসুং ষ্টেৱার্ট অনীনা খুৎ নীক্লদুনা বিদায় তৌরম্দাইদা ষ্টেৱার্টনা মহাক্ মশামক্ অহানবা ডোমিনিয়ন এজেন্টনি হায়খি হায়বা ৱাফম্ অসী গোভর্নমেন্ট অনীগী শম্নফম্দা মিসিং লিঙ্ক অমা লৈগদবা অদু তাইশিন্ননবা হোৎনবদা ভাব খর চানদবা লৈবগুম্ তৌই কনানো ষ্টেৱার্ট এজেন্ট হাপ্কদবা! বৃটিশকী শক্তি লোইখ্রে, ডোমিনিয়নসু পোকপদা মঙায়রি! কদায়দগীনো ষ্টেৱার্টপু এজেন্ট হাপ্পগী ক্রেডেন্সিয়েল্ উৎকদবা! পৃথবা ৱাফম্ লৈগদবগী সরুক নীংশিংলুদবনা ফবা মতাং লাক্তবসু নত্তে। মতৌ অসীগুম্বা ৱাফম্ খরসু য়াওরম্বা য়াই হায়না মথং মথং চেনা ফাক্তত্তুনা য়েংলুবদা সৌগ্রাইজম শ্রীনবকুমার সিংহনা শিলোংদা নিংথৌ, সেক্রেটরী, এ দি সি পূম্নমক্কী মথক্তা অশূপ্পা শক্তি শান্নখিবগী ৱাফম্না মথক্তা পল্লিবা মীশক্ অহুম্ অসী মথৌ মশাক্ খঙ্দ ওইহন্বা ৱাখল্ লৈবা কনাগী থাজনিঙাই ওইগনি?

প্রাইভেট সেক্রেটরী অমসুং এ দি সি অনী অসীদি মহারাজগী লেঙ্‌বা য়াদ্রবা এড্‌ভাইজরনি হায়বসি হংননিঙাই ওইদ্রবা ৱাফম্নি। মরম্ অসিনা মীশক্ অনী অসীনা নিংথৌগী থবক্তো মরম্ চাদনা খঙডি-খঙদে, উই-উদে হায়না ঈশা-ঈশাগীতা য়েংদুনা থাজবা য়াবগী ৱাংমদা পাউথোকহন্‌বসু মখোয়গী লেম্‌জনীঙাই ওইদে। মাদুনা নিংথৌ অমসুং প্রজাবু মীনম্বা তারক্কদবা ৱাফম্ লাক্‌পা য়াই। অসিগুম্বা ৱাফম্‌শিং অসী লম্বীদা, হোটেলদা, লৈপুং ফম্বদা ৱারী তৌনরম্বদগী লাইরিক-লাইসুদসু ইনবক্‌পা থেংনরে। শেংদোক্‌পা অমা তৌহৌদ্রবদি তংকক্ অসীগী মণিপুর ইতিহাস লামায়দা ময়েক্ শেংদবা চমম্লবা শরুক্ অমা ওইহৌবা মশানা তাবনি। মরু ওইনা মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহগী ইং কুমজা ১৯৪৯, সেপ্তেম্বর খোঙ্‌চৎ, মণিপুর রাজ্যগী অচৌবা যাওনগী শকক সিদনি মীয়াম্‌গী থোইদোক্‌পা মীৎয়েং। থৌদোক্ অদুদা য়াওকনা মরুওইবা মীশক্ অমতা হুজিক্তি লৈত্রে হায়বা য়ারবনি, কলম পায়রিবা ঐহাক্ নত্তনা। মতাং অসীগী মরম্‌দা শেংদোকপগী বাফম্ পীগদবসি ঐহাক্ ঈশামক্ নংত্রবদি অতৈ মীশক্ অমা লৈত্রে হায়বা য়াম্না মুন্না ভাব তারবনি। মাসিনি পুন্সিগী মমৈ ওইরক্লবা অদুগা থৌদোক্কীনা চহী ৫০গী মতুংদা কল্লবা বাখলগী ইথিল্ অমগী শাফুগা লোয়ননা ফুজিল্লকই পনজখিবদু।

## মণিপুরগী নীংতম্বা মাংজবা অমসুং পাওথোক

ইং কুমজা ১৯৪৭ আগষ্ট ১৫ দগী হৌরদুনা ইং কুমজা ১৯৪৯, সেপ্তেম্বর ২১ অমসুং মথং অক্টোবর ১৫ ফাওবা চহী ২ (অনী) গী মনুংদা মহারাজ বোধচন্দ্রগী শাসনশাদু মতম্ অদুগী মণিপুর সরকারনা ডোমিনিয়নগা চীক্‌শিন্নদুনা মচেৎ-মচেৎ কক্লকপনা অক্টোবর ১৫ দা পূম্ফব্ ফক্তনা বোধচন্দ্র সিংহ পেন্সন্ পীদুনা মীচম্ প্রজা অমা ওইত্রবনি। মচা হাক্তক্তদি পেন্সন্ অদুসু পূম্কক কক্খ্রবনি। মমিংতা ওইনা নিংথৌ শাবগী মওংদা লৈখ্রবনি।

মতৌ অসুম তৌনা চহী ৪৫ (নিফুমঙা) দিল্লীগী শাসন মখাদা লৈরুরগা হৌখিবা চহী ৫ (মঙা) রোম্ অসীগী মনুংদা অনৌবা ঈহৌ অমা লাক্কুনা থোকখিবা থৌদোক্‌শিংগী, থোইদোক্না শিলোংগী মার্জর এগ্রিমেন্টকী মখা তারকপা মহৈ, ফবা হায়বা, ফাওবা হায়বা য়াবগী মরাল্ অশোয় অঙাম্ ৱাখলগী মতুং ইন্না খন্ন-নৈনবা য়াবা পূম্নমক্ অদুবু বোধচন্দ্রগী মরাল্ ওইনা শীনরক্লি। কনা অমগী ৱাখলদা লাল্লি হায়বা য়াই কনা অমগী বাখলদনা চুম্মি হায়না লৌবা য়াবা ঙাক্তনি। ৱাখল্

অমসুং উরিবা অবস্থাগী মতুং ইনবনি। অদুদী কনাদি মশামক্তা উহৌ-তাহৌবা য়াওরি? মতম্ অদুদা টেলিভিজন্, টেলিফোন্টকী ৱাফম্দি ভারত্তা মঙ্গুম্ লৈরি। প্রেস্ রিপ্রেজেন্টিতিব য়াওবা নত্তে; স্নেপ্ তৌবা য়াবগী খুদোং চাবসু পীদে। খন্ন-নৈনদুনা ঙাঙ্নরিবা ৱা মচেৎ অমা ফাওবা মপান্দা লিক্ (Leak) ওইদবা থৌরাংগী থৌওংনি। এগ্রিমেন্টকী মশাদগী ফংবা পাউ নত্তনা কনাদগী ফংগদবা ঈ-পাউনো? অদুবু থোক্লকই‌বা খোল্লওদদি ঃ-

(১) মহারাজ বোধচন্দ্রনা শিলোংদা চত্তুনা এগ্রিমেন্ট সই তৌরুবনি।

(২) বোধচন্দ্রনা মণিপুর য়োঙ্থোক্লম্বনি।

(৩) বোধচন্দ্রনা মশাগীতা য়েংদুনা এগ্রিমেন্ট সই তৌখিবনি।

(৪) বোধচন্দ্রনা গন্ পোইন্টা (Gun Point) সই তৌখিবনি।

(৫) গভর্ণর শ্রীপ্রাকাশনা অহিংদা মথন্তা লাক্লগা সৌগ্মাইজম্ শ্রীনবকুমার সিংহগা ৱারী শানরবা মতুংদা এগ্রিমেন সই তৌখিবনি।

(৬) শ্রীগৌরহরি তূম্দুনা লৈ। মহাক্ তাদনবা য়াম্না চ্যেক্শিন্না শেন্নবা হুইসিয়ার তৌনখি।

(৭) বোধচন্দ্রনা মার্জর এগ্রিমেন্ট সই তৌদুনা মণিপুরগী নীংতম্বা মাঙ্হন্খিবনি।

(৮) বোধচন্দ্রনা মহাক্কী মন্ত্রিমণ্ডলগী অয়াবা য়াওদনা সই তৌবা ঙম্বগী ওথোরিতি (Authority) লৈতে। ...

অসীনচিংবা নীঙক্ নীঙক্পা হেক্-হেক্তা হায়নবগুম্বা ফজদ্রবা পাউথোক্ কয়া মরী-মরী থোক্লকই ...।

কদাইদগী করম্ তৌনা খঙ্দুনা হায়রিবনো? অসীনি ৱাহং। কনানা খুম্গদৌরি? বোধচন্দ্রা, গৌরহরি, নবকুমার অমতা লৈত্রে। বোধচন্দ্রদং লৈরম্লবদি ৱাহৈ ২/৪ না ৱারোই পীবা য়ারম্গদবনি। মাদুদি হুজিক্ ওইথোক্লে। মাদুনি, হুজিক্ লাক্কদৌরিবা ৱাফম।

## মার্জর এগ্রিমেন্ট

থোক্লকইবা ৱাফম্শিং অসীগী য়ুম্ফম্ মার্জর এগ্রিমেন্টনি হায়না হায়রবসু এগ্রিমেন্ট অসী তৌনবা তাবা মচাক্কী ডকুমেন্ট খর মাঙ্জৌননা লৈখ্রে। মখোয় অদুদি 1935 Act. of India, India Independent Act, 1947, Stand-still agreement অমসুং ইন্সট্রুমেন্ট ওফ এসেসন অসীনি। মখোয় অসী য়াওদনা শূপ্নগী মার্জর এগ্রিমেন্ট মথন্তদা খন্নবা তারবদি য়াওগা মাউগা চয়েৎনবা ৱাফম্গুম থোক্কনি। ইন্দিয়াদা বৃটিশ্ পেরামাউন্সি লাপস্ ওইগদবা নুমিৎ ৫ (মঙা) নিগী মমাঙ্ আগষ্ট ১১ দা বোধচন্দ্রনা Stand-still agreement অমসুং ইন্সট্রুমেন্ট ওফ এসেসন সই তৌথোকখ্রবনি। ইন্সট্রুমেন্ট ওফ এসেসন মরু ওইবা খরদং মখাদা পীজরি।

(2nd Para)

And whereas the Govt. of India Act. 1935 as so adopted by the Governor General provides that an Indian State may accede to the Dominion of India by an Instrument of Accession executed by the Ruler thereof....

Now therefore, I Bodhachandra Singh, Ruler of Manipur State in exercise of my sovereignty in and over my State do hereby execute this my Instrument of Accession and....

1. I hereby declare that I accede to the Dominion of India ... but subject always to the terms thereof ....

ইন্সট্রুমেন্ট ওফ এসেসন গী মতুং ইন্না ডোমিনিয়ন ওফ ইন্দিয়া দা য়াওগে হায়খ্রবনিনা মার্জর এগ্রিমেন্ট অদুদি "subject to terms thereof" হায়বা ৱাফম্ মনুংদা লৈবা তাবনি। মার্জর এগ্রিমেন্টগী ৱাদি মাগী মতাঙ্ চাবদা লাক্কনি।

মহারাজ বোধচন্দ্রনা করিগীদমক্ ইন্সট্রুমেন্ট ওফ এসেসন সই তৌখিবনো? তৌরম্দ্রগনা করি তৌরম্বা তাবা? কনা-কনাগা তানরম্মি? মতম্ অদুগী প্রজা মীয়াম্না করি ৱাখল্ খল্লম্বা, মণিপুর রাজ্যগী অপূন্বা অবস্থা-ফীবম্না করি করম্বা মওং? ৱাহং পুন্নমক্ অসীগী পাউখুমদা বোধচন্দ্র মশা লৈরম্বা থোক্লবদি "তৌফম্ থোক্লবনি,

পৃথিবীগী অনীশুবা লাঙ্গাও লোইবগা লোয়ননা বৃটিশ কাঙ্বু ভারত থাদোক্নুনা চৎখিগদবগী থৌরাং তৌনবা হৌরে। Indian Independence Act July 18, 1947 পাস তৌরে। আগষ্ট ১৫ দগীদি বৃটিশশিং ভারত অসি ডোমিনিয়ন ওফ ইন্দিয়া হায়না খঙ্নদুনা ভারত মচাশিংদা শিন্নরম্লগা চৎখ্রনি। ইন্দিপেদেন্স এক্ট পাস তৌবগা Paramountcy Lapse ওইবা লাউথোক্পা অনীসিগী মরক্তা কান্নরিবা মতম্ অসী নুমিৎ ২৮ খক্তনি। মনুং অসিদা মণিপুরনা লেপ্কদবা ফিরেপ্ অমা লৌবা তারবনি।

অমুক অমরোম্দা Stand-still agreement তনা করি হায়রি?

মরু ওইবা ৱাফম্দা হায়রিবদি শম্পৎনা অনৌবা থৌশিল্-থৌরাং অমা শেম্দ্রিফাওবা মণিপুরগী শাসনগী মওং অদু হান্না বৃতিস ক্রাউন গা লৈনরকপা মওং পূন্নমক্তা বৃটিশনা ভারত থাদোক্খ্রবা মতুংদা ডোমিনিয়ন ওফ ইন্দিয়া না মহুৎ শিল্হৌগনি।

মতম্ অদুগী মণিপুরগী শেল-থুম (আর্থিক অবস্থা) মুন্না য়েংলুবদা এগ্রিমেন্ট অদুগী সেড্যুল দা পীরিবা (Subject) বিষয় ১৮ গী মনুংদা মরু ওইবা ৮ খক্তংদা লৌখৎলবা ফাওবদা মণিপুরনা মথন্তা নায়তোম্ লেপ্চবা ঙম্বগী মতীক্ চাবা শক্তি লৈবদি নত্তে। ৮ (নিপাল্) অদুদং হায়রবদা ঃ

১) ষ্টেট মশাবু ঙাক্চনবা মরন্নাইগী দিফেন্স ফোর্স

২) করেন্সি এন্দ কোইনেজ [Currency and Coinage]

৩) এক্সতরনেল এফিয়ারস [External Affairs]

৪) ইম্পোর্ত এন্দ এক্সপোর্ত কন্ট্রোল [Import and Export Control]

৫) মোটর ভেহিকল্স [Motor Vehicles]

৬) পোস্ট এন্দ টেলিগ্রাফ [Post and Telegraph]

৭) নেস্নেল হাইৱেজ [National Highways]

৮) সোল্ত [Salt] অসিনচিংবা।

খ্বাইদগী মরু ওইবদি লন্নাইগী ওইবা করেন্সি অমসুং কোওইনেজ মিন্ট অমা লৈতবা য়াদ্রবনি। তঙাই ফদনা মপান্দগী লৈদবা য়াদ্রবা পোৎ-চৈ লৈননবগীদমক

এক্সচেঞ্জ ভেলুএসন (Convertility Value) in terms of Gold an Standard Money গী থৌরাং লৈতবা য়াদবনি।

অমরোমদা মণিপুরগী ভৌগলিক অবস্থা (Geographical location) য়েংলুবদসু অৱাং-নোংপোক, খা-নোংচুপ ঈকোয় কোয়না থায়না য়েলহৌঙেদগী লাম্বীনদনতা লাক্লবা মপাঙ্গল কল্লবা চীন্, বর্ম্মা (ম্যান্‌মার) লৈরি। মণিপুর নায়তোম্ তারক্‌পদা য়োৎননবা ওম্‌শিল্লক্লোই হায়নিংঙাই লৈতে। বৃটিশনা শৌগত্তুনা লৈবনা তূমিন্না লৈবনি। অদুগা অমরোম্‌দা মতম্ অদুদা ডোমিনিয়ন ওফ ইন্দিয়া না তুমিন্না লৈথোক্কদবসু মান্দে। অদুনা মতাং অমদা মণিপুর কাঙ্‌দ্রুম তাবগী ফিবম্ লৈরম্মি। ৱাফম্ অসী য়েংবা তারবদি মথায় থায়না বৃটিশ শম্নদ্রিঙৈ নিথৌরোলশিংনা মনীং তম্না পাল্লিঙৈদগী হৌদুনা ইং কুমজা ১৯৪৭ ফাওবগী মণিপুরগী মতম্ অদুগী অবস্থা য়েংখত্তুনা খন্নবা দরকার ওই। নত্তদুনা হুজিক-হুজিক্কী ইং কুমজা ১৯৯৭ কী অবস্থাদা লৌরগদি নীংবা থুংবা ৱাৎপা শোয়দবনি পূন্নমক্ অসী কুপ্না খন্ন-নৈনরবা মতুংদা মহারাজ বোধচন্দ্রনা এগ্রিমেন্ট অনী অসী (Stand-still & Instrument of Accession) সই তৌখিবরা হায়বা অমা ৱারম্ কয়া অসীদগী অনুমান প্রমাণ ওইনা লৌবা তাব্রা খল্লি।

ৱাফম অসীনা তাক্লিবদি মণিপুরগী নীংতম্বা মাঙ্‌খিবদি ষ্টেন-ষ্টিল এগ্রিমেন্ট অমসুং ইন্সত্রুমেন্ট ওফ সক্সেসন অনী অসী সই তৌবদা অদুম্ ওইখ্রবনি। মার্জর এগ্রিমেন্ট দি মথক্তা পনখ্রবা তার্ম ওফ কন্দিসন ওইনা "Subject to terms thereof" অদু পাঙ্‌থোকপদনি। মসিমদি পন্‌বা য়াই মাদুদি "তাইবঙ জীব ওইনতবু পোক্লবদি নীংতম্বা পাম্বা হৌনশানি।"

ষ্টেন-ষ্টিল এগ্রিমেন্ট অমসুং ইন্সত্রুমেন্ট ওফ সক্সেসন অনীগী চে ঙন্না থারক্লবসু থেঙ্‌না সই তৌখিবদি মরম্ কয়াসি লৈবদগীনি।

হুজিক্তি অমবু ওইরে অতোপ্পা অমবু ওইরে, ইং কুমজা ১৯৪৭ আগষ্ট ১৫ দা বৃটিশগী ভারত শাসন লোইরে হায়না লাউথোক্‌খ্রে। বৃটিশ ইন্দিয়া অদু ডোমিনিয়ন ওফ্ ইন্দিয়া অমসু ডোমিনিয়ন ওফ্ পাকিস্থান হায়না খায়দোক্লম্লে। বৃটিশশিং ইন্দিয়া থাদোক্তুনা চৎনখ্রে। মণিপুরদি মতম্ অদুদা পোলিটিকেল্ এজেন্ট ওইনা থবক্ পুরম্বা জি পি ষ্টেৱার্টনা ক্রাউন্ রিপ্রেজেন্টেটিব্ ওইনা মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহদা মণিপুরগী শাসন শিন্নরমই। ষ্টেন-ষ্টিল এগ্রিমেন্ট কী মতুং ইন্না ক্রাউন্‌গা মণিপুরগা

লৈনরম্বা মরী অদু ক্রউনগী মহুৎ ডোমিনিয়ন্ ওফ্ ইন্দিয়ানা শিলহৌরে। অদুনা পোলিটিকেল্ এজেন্টকী মহুত্তা ডোমিনিয়ন্ এজেন্ট হায়না ডেজিগ্নেট্ তৌদুনা চৎনবা হৌরে। করম্ তৌনা ষ্টেবার্টপু ডোমিনিয়ন্ এজেন্ট হায়না খঙ্নরক্পনো হায়বা মথক্তসু পন্খ্রে। অমবু ওইরে অমবু ওইরে শুপ্নমগী মওং মান্না মিষ্টর ষ্টেবার্ট্ মতম্ খর লৈরম্লগা ইং কুমজা ১৯৪৭ সেপ্তেম্বর থা মনুংদা ইম্ফাল্ থাদোক্খি। মহাক্কী মহুৎ ওইনা আসামদগী দেবেশ্বর শর্ম্মা কৌবা আসামী অমা লাক্খি। শর্ম্মা অসী আসাম বড়দলয় কোংগ্রেস মিনিস্ত্রিগী পার্টি চীফ্ হুইপ্নি। শাসনগী থবক্তা কন্না খুত্থারক্পা মান্দে। মহাক্সু মতম্ শাংনা থবক অসী তৌরমদে। নোংমগী অয়ুক্তা মহাক্ ডোমিনিয়ন্ এজেন্টকী থবক্ থাদোক্লে হায়বা চে অমা টেবল্দা থনম্লগা কনাসু তক্লম্দনা ইম্ফাল থাদোক্খি। পাউ অসী মহারাজ বোধচন্দ্রনা হেক্ তাবগা খুদক্তা প্রাইভেট সেক্রেটরী এ দি সি অনীনা থৌগল্ তৌদুনা মহারাজ বোধচন্দ্রনা জীপ্ গাড়ীনা দেবেশ্বর তান্নে। শর্ম্মনা মাও গেট্ লান্দ্রিঙৈদা সেকমাইদগী মাও গেট্তা টেলিফোন তৌদুনা শর্ম্মা চৎখিবা য়াদ্রি, ব্রা ডাঙ্নখিগনি হায়না থিংদুনা থৌদোক্লেগী মরম্দা ব্রা ডাঙ্নখি। মহারাজনা হংঙি শর্ম্মনা ইম্ফাল থাদোক্লমদাইদা কনা-কনাদা তাক্লম্বগে? শর্ম্মনা খুম্মি - য়াম্না থুবা ইলেক্সনগী নোমিনেসন্ ফাইল্ তৌগদবগী অরোইবা নুমিৎনি হায়বা পার্টিগী মেসেজ্ (পাউ) হেক্ ফংবগী তাঙ্জা থোক্তুনা কনামতদা তাক্লম্বা ঙম্লম্দ্রে। অদুদি চৈরক্ অদুদা মণিপুরদা খুদোং থীবা রাথোক্-লাম্লোক্ অমা থোক্লবদি ডোমিনিয়নগী দায়ীত্ব কনানা পুবা তারি? মহারাজনা হংঙি। মহারাজ সাহেব, "ঐনা লাল্লে, মাদুগীদমক ঐবু ঙাকপিগনি" শর্ম্মনা খুম্খি। ফবে শর্ম্মা মাদু খঙলবদি হায়রগা শর্ম্মদু থাদোক্খি।

মাসিনি মতম্ অদুগী রাজনীতিগী অবস্তা অমসুং লৈরম্লিবা মীশক্কী লমচৎ-শাজৎ। ঈ-পাউ অসীগী মরম্দা দিল্লীনা কুপ্না বিচার তৌরগা রাবাল অমর সিংহ কৌবা নীপা অমা দেৱান হায়না ডেজিগ্নেট তৌদুনা এজেন্টকী মহুত্তা মণিপুরদা থারক্খি। মহাক্ অসীগী হাক্তক্তনি মণিপুরগী রাথোক্ ওইরিবা অসীগী মরূ হুন্খিবা।

ইং কুমজা ১৯৪৭ আগষ্ট ১৫ দগী ইং কুমজা ১৯৪৯ ওক্টোবর ১৫ ফাওবগী চহী ২ গী মতম্ অসীদা বোধচন্দ্রনা লৈরম্বা থাক্ অসী নিংথৌনি হায়বতা মঙায়রে। মহারাজগী অয়াব সইগী মমিংতা মঙায়রে। শম্না, কন্টিচুয়সনেল্ হেড্ হায়বা অদুতা মঙায়রে। ময়েক্কী থিরুরবদা মহারাজগী শক্তি ওইনতা লৈজরম্বা পূম্নমক্ দেৱান্না

মহারাজগী মহুৎ শিন্দুনা কা হেন্‌বা থবক্ কয়া পায়খৎলক্পা উবদা বোধচন্দ্র মহারাজ অসী খাঙবদা ৱাবা থাক্ য়ৌরক্লে। দেৱান অমর সিংহদি মাদু থোক্লনবা থারকপা, দিল্লীনা খল্লকপা মীশক্ চপ্-চানা থোক্লরবনি। অমরোমদা, ভারতকী ষ্টেট্ অচৌ-পিশক্ পুম্নমক্ অসী অমতা ওইনা পুন্‌শিন্দুনা ইন্দিয়ান ইউনিয়ন্ অমা ওইবা হায়বা (টার্গেট) পান্দম্‌ফম্ য়ৌননবা চহী ২ অসীগী মনুংদা লোইশিন্দবা য়াদে হায়বা সর্দ্দার পেটেল্ ৱাফম্ অমসু লৈখ্রবনি। মমিং ফাওবা ডোমিনিয়ন্ ওফ্ ইন্দিয়া কৌরম্বদগী ইন্দিয়ান্ ইউনিয়ন্ হায়না ওনখ্রবনি। মনুং অসিদা মণিপুরগী কাউন্সিল্ ওফ্ মিনিষ্টরশিংগা মহারাজ বোধচন্দ্রগা অনীগী মনুংদা সহযোগসু খর অদুম ৱাৎপগী মওং লৈনৈ। অনীসিনা অপুন্‌বা শক্তি অমা ওইরম্লবদি অদুক খুদোং থিরম্‌দবসু য়ার্বনি। অমরোমদনা আসাম গোভর্ণরগী খুথাঙ্‌দা মণিপুর ষ্টেট অসী ইউনিয়ন্দা তিন্‌শিন্নবা হোৎনরক্‌ই। মওংদি চে, চিঠিগী মওংদা নৎত্রে। ইউনিয়নগী মীহুৎকা মহারাজগা হক্‌থেংননা উনদুনা ঈ-পাউ মওং-মরম্ পুম্নমক্ ফাওদোক্লদুনা এগ্রিমেন্ট অমদা সই তৌদুনা লোইশিনবগী ৱানি। মসিগী মরমদা আসাম গোভর্ণরগী এড্‌ভাইজর এন কে রুষ্টমজি অনীরক্তগী তাদনা ইম্ফালদা লাক্লগা মহারাজ বোধচন্দ্রগা মরম্ অসীদা ৱারী শানখি। বোধচন্দ্রনা খর করেম্নবগুম "Let me dream" হায়না রুষ্টম্‌জিদা হায়, রুষ্টম্‌জিসু নোক্ল-নোক্লা "Your Highness will dream the same dream" হায়না থুনা খুম্‌ক্‌ই। দিল্লীদা হোম্ ডিপার্ট্‌মেন্টকি জোইন্ট সেক্রেটরী এ বি সি সু লাক্তুনা মহারাজগা ৱারী অদুমক্ শানখি। আসামগী গোভর্ণর শ্রীপ্রকাশ মশা লাক্তুনা য়াম্না চেক্‌শিন্না মণিপুর ভারত ইউনিয়ন্দা তিশিন্নবা তক্‌শিল্লম্বনি। পুম্নমক অদুদা বোধচন্দ্রনা মাগী অরোইব ফিরেপ্ অমতা তাংদাংনা উৎখিদবনি। অসিগুম্বা বোধচন্দ্র মহারাজগী ফিরেপ অসীদা ইয়ুনিয়ন্না মণিপুর অসী লাক্‌শিনবদা খর খুরৌ চেল্লগদ্রা হায়বগী ৱাখলদ তাঞ্জা অমায়েংদুনা লৈবগুম্বা ওইনা থোক্‌খি।

অসোম্‌দা মণিপুর মনুংদা করি-করম্ তৌরি? শ্রীচুড়াচান্দ মহারাজ সনা হাক্তক্লা মণিপুর তম্পাক্কী লমদা যণ হাৎপা য়াদে হায়না আসাম গোভর্ণর রোবার্ট রেইড্ না থিংখ্রবা হুকুম্‌গী বিরুদ্ধদা যণ হাৎপা য়াহন্‌খি। যণ হাৎপগী ৱাফম্‌সি ২ শুবা লাঞ্জাও মতম্‌দসু বোধচন্দ্রগা আর্মি চীফ্‌শিংগা মুক্‌খায়নরক্‌পদা বোধচন্দ্রনা ঙম্‌দুনা যণ হাৎপা থিংখি।

## মণিপুরগী তম্পাক্ লম্‌দা ষণ হাৎপা
(Cow-Killing/Slaughter in the valley area of Manipur)

ৱাফম অসি সার চূড়াচান্দ সনা হাক্তক্তা অচৌবা ৱাথোক্ অমা ওইখিবনি। সার চূড়াচান্দ মহারাজনা মণিপুরগী তম্পাক্ অসী মতম্ অদুগী পোলিটিকেল্ এজেন্ট ফাওবগী মনুংদা লোইশিন্নবা হায়বদি থিংবা য়ানদবদগী আসাম গোভর্ণর য়ৌনরক্‌খিবনি। চূড়াচান্দ মহারাজনা শিলোংদা লেঙ্‌দুনা মতম্ অদুদা গোভর্ণর রোবার্ট রেইড্ (Robert Reid) কা মায়োক্লনা ফম্মিন্নদুনা অয়ৌবী থাক্তা ৱা ঙাঙ্‌নরক্‌খিবনি। মহারাজগী ৱা অদু রেইড্‌না য়াদদুনা খাঙ্‌দুনা লৈরবা মতাঙ্ য়ৌরক্লবা মতাঙ্‌দা "অদু ওইরবদি ঐহাক্ খূদক্ অসীমক্তদগী নিংথৌ খুবম্ থাদোক্লনি - "then, I will abdicate the throne" হায়দুনা য়েৎকী খূদুম্না টেবল্ মথক্তা 'দঙ্' থীল্লগা ফুক্ হৌগৎলক্‌পদা গোভর্ণরনা হৌগত্তুনা মহারাজবু য়াম্না তপ্না-ঈংনা থেম্‌জিল্লগা মণিপুর তম্পাক্ লম্‌দা ষণ হাৎপা থিংলে হায়বা ৱায়েন্ অসী ৎদুনা মণিপুব দরবার অমসুং পোলিটিকেল্ এজেন্ট অনীমক্তা খুদক্তা খঙ্‌হল্লক্‌খি। ৱায়েন্ অসী ইং কুমজা ১৯৩৭ তা থোক্‌খিব-তাখিবনি।

লাইবক্ থীবদি পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও মনুংদা মণিপুরগী ইম্ফাল্ সহরনা খা-নোংপোক্ এশিয়াগী মরুওইবা লান্‌ফম্ ওইরবা অমনি। অমুক্ করিবু হায়রুগনি ইম্ফালগী মতম্না পৃথিবী অপূম্বগী ষ্টেণ্ডার্ড্ তাইম্ ওইখ্রবা মতাঙ্‌নি। পৃথিবীগী লান্দা হৈশিংলবা মীশক্ কয়া পুল্লবা, অকল্-অকন্‌বা তেঙ্গোল্ কয়া পৈররবা ইম্ফালনি। মখোয় অদুগী মনুংদা ষণশা চাবা তেঙ্গোলগী লাম্মি কয়াসু তিল্লরবনি। লাম্মিগী মপুক্ পেন্ননবা হায়দুনা ষন মশীং খঙ্‌দনা হাৎপা ধমা ধম্ হৌরক্‌খি। ইফোং ফোংনা ষণ হাৎ শঙ্ লিংখত্তুনা লাম্মী থাক্‌পগী থৌরম্‌দু কল্লবা লান্ মরক্তা মপু লৈতবা, নিংথৌ পান্দবগী চখরক্‌পা থবক্ অদু উদুনা, য়েংদুনা, তাদুনা লৈবা ঙম্মক্তদুনা মহারাজ বোধচন্দ্রনা আর্ম্মি চীফ্‌শিংগী মফম্‌দা আপত্তি তৌবা হৌরক্‌পদা অচৌবা ইশু (ৱাফম্) অম ওইরক্‌খি। ভারতকী হিন্দুশিংগী ওইবা তেঙ্গোলগী লুচিংবাশিংনা মহারাজ বোধচন্দ্রগীদমক্ লেপ্‌খ্রে। মণিপুরগী মহারানী ঈশ্বরী দেবীগী নরুবা মরী ওইরবা নেপালগী কালিবাহাদুর রেজিমেন্টনা বোধচন্দ্রগীদমক্ চপ্‌চানা লেপ্‌খ্রে। চূড়াচান্দ সনা হাক্তক্কী ৱাসু পুথোক্লরক্লে। বিলাত মহারানীনা ভারত্তা প্রোক্লেমেশন্ তৌবা মতমদা ধর্ম্মগী মরমদা পন্‌খিবা ৱাফম্ পুথোক্লরক্লে।

কল্লবা লান্‌ফম্‌ মনুং অদুদা আর্ম্মি মনুংদা মত তিন্নদবদগী লান্‌শোক্লবদা অকায়বা লাক্কদবা উবদগী খূদক্তা যণ হাৎপা লেপ্তুনা বোধচন্দ্রনা মায় পাক্‌খি।

অদুবু ইকুই কুইদনা থোক্‌খিবা থৌদোক্‌শিং হন্না য়েংলুদনা দেৱান অমর সিংহনা উশিৎ থৌওইদনা গর্‌-গর্‌ হেক্তা তক্‌খায়রক্‌পদু বোধচন্দ্রনা খাঙ্‌বা ঙম্লক্‌খিদে। লান্মী লুচিংবশিংগা থেংনবদসু করিগুম্বা হঞ্জানবা অমতা লৈখিদে। বোধচন্দ্র পীক্লবসু লৈবাক্‌ অদুগী নিংথৌনি, মহাক্না য়ানিংদবা থবক্‌ অদু নম্‌থেক্তুনা তৌবা তারবদি নিংথৌ ওইবগী, নিংথৌ লৈবগী কান্নবা লৈত্রে; অমরোম্‌দা লান্‌বা তৌরবদি খূৎলায় পায়রগনি। মরম্‌ অসিদগী বোধচন্দ্র মহারাজসু নিংথৌ খুবম্‌ থাদোক্লগনি হায়না মপা-ইবুঙো, চূড়াচান্দ মহারাজগী ফিরেপ্‌ অদু লৌরক্‌পদগী আর্ম্মিগী খোঙ্‌থাং হন্দোক্‌খিবনি। চূড়াচান্দ হাক্তক্কী ৱাফম্‌ অসীনা ইযাম্বা মহারাজ চূড়াচান্দগা শাগোন্নরবা রাধামোহনগী মতম্‌দনি। মহারাজনা শিলোংদগী লেঙ্‌থোরক্তুনা মণিপুরদা হন্নবা গৌহাটি ষ্টেশন্দগী ট্রেইন কোম্পার্টমেন্ট মনুং হেক লেঙ্‌শিনখিবা মতম্‌দা ঐখোয় গৌহাটি ছাত্র ওইদুনা লৈবিবশিংবু কৌশিল্লগা "ঐনা জয় ওইরে" হায়না লাউরকই। বারী মতেক্‌ অমসু তৌবিরম্মি। শেল্‌ খরসু পীবম্মি। ৱাফম্‌ অসী ঐগী ইয়াম্বনা য়ূম্‌দা অমুক্তা হন্না থৌদোক্‌ অদুগী সিনেরিও অদু মমুৎ তানা তম্‌খি।

বোধচন্দ্র হাক্তক্কী বাফম্না ঈহাক্তক্কী শং-শং ওইবা ৱাফম্‌ অমনি। থৌদোক্‌ অসিগী ৱাফম্‌শিং অদু অদুম্‌ থাদোক্লম্লবদি মণিপুর করি ওইরম্বা, ওইগদবা তাবগে হায়বদু খল্লিক্তুং খন্থবদি চুম্মি।

খোঙ্‌চত্তি ইচম্‌ চম্বনি। ৱাফমদি মরু হক্‌পনি। অদুবু থোক্‌খিবা থৌদোক্‌ অদুমক্তি অদুম্‌ হায়না থোক্লগনি হায়বা কনা অমতা খঙ্‌বা নত্তে। মাদুমক্‌ খঙ্‌লম্বা, তারম্বা থোক্লবদি বোধচন্দ্র শিলোংদা লেঙ্‌লম্‌গদবা মান্দে অদুবু তঙাই ফদবগী থাক্‌ লাক্লবদি এল আর, কে সি চক্রবর্তি, মহারাজনা থাজরবা ৱাইখোম চাউবা অসীনচিংবা অতৈ অতৈ অখঙ্‌ অশিং খরসু খোঙ্‌চৎ অদুদা য়াওরম্বা য়াবগী ৱাফম্‌ লাকই। মহারাজগী অখন্নবা মীশক কয়া য়াওখিদে ।

## মহারাজ বোধচন্দ্রনা ইং কুমজা ১৯৪৯ সেপ্তেম্বরগী শিলোং খোঙ্চৎ ঃ

মহারাজ চুড়াচান্দ সিংহগী হাক্তক্তগী বৃটিশ্ ক্রাউন্‌গা মণিপুর মহারাজগা লৈনরক্‌পা মরীগী মনুংদা চহী ৪০ গী মথক্ ওইনা চৎনরক্লবা নীতি পথাপ্ অমা লৈনরক্ই। মহারাজগা, বৃটিশ্ অফিসার অমনা প্রেসিডেন্ট ওইরবা দরবার অদুগা মত মান্নদবা মতাং লাক্তনা মহারাজগী অয়াবা (Approval) পীদ্রবা মতম্‌দা ৱাফম্ অদু পোলিটিকেল এজেন্টা মাগী মতকা লোইননবা খূৎ থিংজিল্‌হল্লি; মাদুদসু মহারাজনা য়াদ্রবদি আসাম গোভর্ণর য়ৌনে; মাদুদসু মহারাজনা য়ানিংদ্রবদি গোভর্ণর জেনেরেল্ ইন কাউন্সিল্ অমসুং বিলাত কী প্রিভি কাউন্সিল্ (Privy Council) ফাউবা (থৌদোক্-ৱাথোক্কী থাক্ মতুং ইন্না) চত্থনবা য়াবগী অধিকার লৈরম্মি। মাসিগী খূদম্ মশক্ খর চুড়াচান্দ সনা হাক্তক্তা থোক্‌খিদবা নত্তে।

ইং কুমজা ১৯৪৭-৪৯ চহী ২ গী মনুং অদুদা মণিপুর রাজ্য ৱায়েন্ থৌদাগী মরীদা মপাঙ্গল্ শোল্লবা শাশক্‌শিংবু হুম্‌দুনা রাৱাল্ অমর সিংহগী চত্থরক্‌পা থৌওং-থৌশিল্, নিংথৌ অমা লৈরি হায়বগী ব্যবহার খর ৱাৎলক্‌পা, কা-হেনবা থবক্ চত্থরক্‌পা অদুবু বোধচন্দ্রনা মীৎ-খানা য়েংদুনা মতম্ খরদি খাঙ্‌দুনা লৈরম্মি। মরম্ কয়াম্মুক্কী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না খোয়দৌ শাউগৎপা মরম্ অমদি চীংমীনচিংবনা তম্‌দা অতাক্ অফোংননা ষণ হাৎপগী থবক্ তৌরক্‌পদু বোধচন্দ্রদা য়াম্না থৱায় শোক্‌পা ওইখি। রাজ্য মনুংদা ৱাফম্ অদু তেন্‌শিন্নবা য়াদবা থাক্ লাক্‌পদগী মণিপুরদা ডোমিনিয়ন্ এজেন্ট অমসু লৈত্রবনিনা মথক্তা পন্‌খিবা ধারা অদুগী মতুংইন্না শিলোংদা গোভর্ণর উন্নদুনা ৱাফম্ অদু মমাঙৈদা থৌদোক অদুমক্তদা মতম্ অদুগী বৃটিশ্ গোভর্ণরশিংনা তৌরম্বা ৱায়েল্‌শিং ৱারী ওইনা শুগাইনা খন্ননবগীদমক্ বোধচন্দ্রনা অমর সিংহগী মথক্তা স্ট্রীক্‌চর (Stricture) ৱারক্ ৱাতেম্ তৌহন্‌গে খন্দুনা খোঙ্চৎ অদুগী শেম্ শাবনি। মাসিনা খ্বাইদগী মরু ওইবনি হায়বতনি। অসী নত্তবা মহারাজনা ফোংদোক্লবা ৱাফম্ কয়াম্মুক্ লৈতবসু নত্তে হায়বতাই। মরু ওইবা অসীমদি অফিস রেকোর্ড ৱাফম্ ওইনা খ্বাইনা মুন্না খঙ্‌নৈ। মাসিগীদমক্ মাঙ্‌জৌননা চিঠি ইনদুনা গোভর্ণরগী অয়াবগা লোয়ননা মতম্ লেপ্নদুনা চৎপা খোঙ্চৎনি। কৌবগী শক্তি লৈরম্লবদি এড্‌ভাইজর অমসুং গবর্ণর ইম্ফালদা অনিরক/অহুমলক লাকপগী অর্থ লৈতে।

ইং কুমজা ১৯৪৯ গী সেপ্তেম্বর ১৬নি। নুমিৎ অসিদা মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহ শিলোংগীদমক্ খোঙ্শান্গদৌরিবনি। লেপ্নখিবা মতুংইন্না তারিখ ১৭ মথংগী নুমিৎ অদুদা শিলোং য়ৌগদবনি। চৎকদৌরিবনা হাওৱা গাড়ীদা চৎকদৌরিবনি। তংদাংবদি হায়বা ঙম্দ্রে, মীশীংদি মহারাজ থারগনা ১৫/১৬ লোম্ ওইগনি। হায়রিবসি সেবা-লাংবাগী মনাই-মশন্ পুজারীনচিংবা পূম্নমক থারগনি। মরু ওইবা মীশক্কী মনুংদা প্রাইভেট সেক্রেটরী গৌরহরি, এ ডি সি (এদিকোই) আনন্দমোহন, সৌগ্বাইজম্ নবকুমার, সনসম্ লুখোই, ব্রজমনি শর্ম্ম (ব্রহ্মা) খর অসীদনি। নবকুমার মহারাজগী সেক্রেটরিয়েটকী ষ্টেটকী ওইবা মীশক্কী ষ্টেটস্ লৈবা অমা নত্তে। সৌগ্বাইজম্ শাগৈদী মপা-মপু হাক্তক্কী কোনুং নিংথৌ ঈলোয় লোয়নরকপা ওইবনা অপাম্ থৌগল্ ওইনা দণ্ডি পান্বা ৱাফম্ লৈতনা লোয়নরক্পা মীশক্ অমনি। অহাঙবা, পোথাবা মতাংদা ৱারী-ৱাচোই, ফাগি-ফারাং তৌদুনা লেন্বা মতমগী মীশক্ অমনি।

মতম্, মতাং অদুৱাইদা কোনুং অমসুং অফিসকী থৌয়াম্ শিন্নদুনা থৌয়াম্না নন্দুনা লৌরবা ঐহাকপু খোঙ্চৎ অদুগী মীশীং থাবদা য়াওরম্মিবা অদু ঐগী ওইনদি থৌয়াম্ অদুদগী মতম্ খর পোথানিঙাই ওইরবসি থোক্খিবা থৌদোক্কদি তায়োন্নবা ওইনা থোক্খি। মরম্ লৈতবদি নত্তে। অসীগুম্বা মশক্ নাইবা মীশক্ অমা উন্নবা তাবা মতম্দা নিংথৌনা মাগী সেক্রেটরী অমসুং এ ডি সি লোয়নবা হায়বসি হৌনবীনি। অমরোমদনা মতম্ অদুগী অফিসকী চে-চাং, চিঠি, রেকোর্ড্শিং অদু ঐহাক্না শূবা মরম্দগী রেকোর্ড্ মথক্তা তোংদুনা ঙাঙ্নগদবা ওইবনা ঐহাক্ য়াওবা তাবগী মরু ওইবা মরম্ অমনি। অমরোমদা কোনুংলোম্দা হোহৌগদবা অদু খঙ্না খঙ্না নুমিৎ কুইগদবা নত্তে হায়বগী ৱাখল্ অমসু মহারাজনা লৌরম্মি।

খোঙ্শান্গদবা নুমিৎ অসীগী অয়ুক্তগী চৎকদবা মীশক্ পূম্নমক্ মশা-মশাগী চাবা-থক্পা লোইনরদুনা পুগদবা মপোৎ মচৈগা লোয়ননা শাঙ্গায় মাঙ্গোল অৱাং থংবদা মতম্ ঙাইদুনা লৈনরে। অকরুবা মতম্ খঙ্হন্দবদগীনি। হংলুবসু ঙম্বা নত্তে। নথৌ লৈৱা, চৎনিংবা মতম্দা চৎকনি ককা হায়বসি হায়রক্লোই হায়ঙম্দে। অদুনা কনাসু থৌনা ফরুবা ঙম্নদে।

মহারাজনা যাত্রা তৌবসি নুমিৎ য়ুংব মতম্গী খর মমাঙ্-মতুং অদুৱাই ওইনা ওইবা তাই। অৱাং পাংবদা মিনুংথোং মপা ওইরপ্না লাঙ্জা ৭/৮ কয়ামুক্

নোংমদোন্দ লৈনা-লৈনা কোয়না পাইরি। অহল্ ওইবা খর অমসুং ঐহাক্ ঈশাকমক ইশ্ হায়দুনা অমগা অমগা চিবোন্-চিবোন্ ৱা ঙাঙ্নৈ। হায়ন-হায়ন থীহ্বা য়াদবা মতম্ ওইশিল্লক্পনা গাড়ী অহুমদা মহৈ-মহৈ তোংখৎনদুনা মহারাজনা মাঙ্ থারদুনা গাড়ী থৌদোরক্লে। পূং ২৪ গী মনুংদা শিলোং য়ৌদুনা মতুং নুমিৎ তাং ১৭ তা গোভর্ণর, উননবা অহিং তুম্দনা গাড়ী থৌগদৌরিবনি। অশোয় অঙাম্ থোক্তনা/য়াওদনা হায়রিবা নুমিৎ তাং ১৭ কী নুমিৎ য়ুংবা মতুং ওইরপ্না শিলোংয়ৌদুনা রেড্-লেন্স্কী রাজ বাড়ীদা থুংঙি।

## শিলোংদা ইং কুমজা ১৯৪৯ সেপ্তেম্বর তাং ১৭-২১ গী সিনেরিও

রাজ বাড়ীদা থুংলবা মতুং ঙাইহক্কী মনুংদা মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহ শিলোংদা থুংলরে হায়বা পাউ অমা গোভর্ণর্দা থাখি। অসীগা লোয়ননা উন্নবা নুমিৎ অমসুং পূংফম্ খঙ্হন্বিরক্নবসু পন্খি। পঙ্কুই কুইনদনা পাউ হল্লক্ই। গোভর্ণর মতম্ অদুদা শিলোংদা লৈতে। হেক্ হল্লক্পদা পাউ অমুক্ পীরক্লে। কদায়দা চৎখিবনো তাক্লক্তে। কৈদৌঙৈ লাক্কদবনো হায়বসু পল্লক্তে। অসুম্না তৌনিঙাই মফম্ খঙ্দবা মওংদা ভাব তাদনা মথংগী পাউ অমা ঙাইবগী ৱাফম্দা ঙাইনরি। চৈরক্ অসিদা খৃৎলাই পায়বা সিফাইগী টেন্ট্ (দম্বুর) অনীখক্ প্রপপ্ থন্গত্তুনা মখোয় ১৫/১৬ অদু রাজবাড়ী কম্পাউন্দা লৈশিল্লরে। করিগীনো হংঙি। মহারাজগী সেক্যুরিতিগীনি খুম্মক্ই। মমাঙৈদা অমুক্তা তৌরক্তবা মওংনি। অদুগী মতুইন্না ফীঙৌ ঙাক্তনা ফীজোল্ ওইবা সি আই ডি মীশক্ কয়া পাক্ শন্না রেড্ লেগুস্ কী উখোং-ৱাখোং, চীংচেপ-চীংয়া, জঙ্গল-মোংশোং মফম্ অয়াম্বদা হাইরং হাইরং চাদুনা লৈররে। মাসি উবদা তৌরক্লিবা মওং অদু হান্না শরৌ শীন্নরবা (Pre-planned) মতৌনি হায়বা ভাব খরদি তানরবসু উপাই লৈরোইদবা টাইট্ সেক্যুরিটিগী থবক্ চপ্ চানা তৌরে হায়বদি উদ-খঙ্দবা নত্রে।

সেপ্তেম্বর ১৭ অসীগী নুংথিল পূং ৪ তাবা অদুৱাইদা গোভর্ণর্ শ্রীপ্রকাশনা মতুং নুমিৎ তাং ১৮ দা অয়ুক্ পূং ১১ তাবদা গোবর্ণমেন্ট হাউস্তা উন্নবা চিঠি অমা মহারাজদা পীরক্ই। মতম্ অদু ফাওবদা শ্রীপ্রকাশনা মহাক্না কেপিটেলদা লৈরম্দবগী মরম্ তাক্তে; কদাইদা চৎলুবনো হায়বসু ফোংদোক্তে। মাদু পূন্নমক্ খূদক্তা খঙ্বা ঙম্দ্রবসু থবক্কী থৌশিল্ মতুংইন্না কাইন থঙ্দা খঙ্লক্তবদি নত্তে।

হন্দক্ মহারাজ বোধচন্দ্রগী শিলোং খোঙ্চৎ অসিদা খুরৌ থাংদুনা পন্দুনা লৈরিবা মণিপুরনা ইউনিয়ন্দা মর্জ তৌবগী ৱাফম্ নমদুনা লোইশিল্হৌনবগী খুদোংচাবা লৌহৌনবগী খুজিল-থৌরাংগীদমক ৱাতানবা দিল্লীদা চৎপা ওইরম্লে। দিল্লীনা মরম্ অদুদা চপ্ চানা এড্ভাইস্ পীবা ঙম্দবদগী শ্রীপ্রকাশবু বোম্বেগী বির্লা হাউস্দা অনাবা লায়েংদুনা লৈরিবা সর্দ্দার পেটেল্ উন্নরুনবা পাউতাক্ মতুংইন্না বোম্বেদা চত্তুনা পেটেল্ উনরুবনি। মণিপুর মর্জ তৌবগী মরীদা সম্পৎপা মতম্ অদু ফাওবদা ওইরক্লিবা শম্পৎপা ৱারী তারগা তেল্লবা অদুম্নদি ওইরগা আর্থ চেল্লবা "নখোয়গী আসাম অদুবু রেজিমেন্ট অমা ফাওবা লৈজদবরা" হায়বা শারপ্-কল্লপ্ তৌবা ৱাহৈ খরসি তাবদা খৃদক্তা মখা তাবা থবক্ চত্থবগা লোয়ননা নুমিৎ অদুদা শ্রীপ্রকাশ শিলোংদা থুংলবা ওইরমলে। থবক ওইনা কদায় ফাওবা চঙ্শিল্লবগে হায়রগদি মণিপুরগী মিনুথোংদা আর্ম্মিগী চপ্ চানা তৈয়ার তৌবগী থাক্ য়ৌশিল্লম্লে। অশোমদা শিলোংগী চীনবুংদা য়ানদ্রবসু ইং কুমজা ১৮৯১ দা মেজর মেক্সুয়েলনা কংলাদা ইউনিয়ন জেক্ ফীরাল্ হাইগৎখিবগুম্ মণিপুর, ইম্ফালগী ৱাংখৈ নিংথৌ কোনুংদা ইউনিয়ন্গী মচু ৩ (অহুম্) গী ফীরাল্ হাইগৎপগী ৱাফম্ থোইনা লুনা থোক্লোইদবগী তৈয়ার থাক্ য়ৌখিরম্মে। মাসি কাইনথংগী রেকোর্ড্কী ৱানী।

তারিখ ১৮ দা অয়ূক পূং ১১ গী গোভর্ণর উন্ননবা মহারাজ বোধচন্দ্র মতম্ চানা যাত্রা তৌরে। মহারাজনা গাড়ী অমদা অদুগা অতোপ্পা গাড়ী অমদনা গৌরহরি অমসুং আনন্দমোহন ঈশামক্ থারগা ঐখোয় অহুম্ খক্ অসী চৎলি। গোভর্ণরগীদসু, শ্রীপ্রকাশ মশামক্, এন কে রুস্তমজি এডভাইজর অমসুং টি এস কৃষ্ণমূর্ত্তি মখোয় অহুম্দনি। ঐখোয়গী গাড়ী মতুং ইন্দুনা তুংওইননা লম্ ১০ মুক্কুম্না লাপ্পনা সি আই ডি গী গাড়ী অমা ইন্নরি। গোভর্ণর হাউস্ গেত্তগী হৌরদুনা কম্পাউণ্ডগী মনুং মপান মফম্ পূম্নমক্তা টাইত্ সেক্যুরিতিগী হুইসিয়ার কন্না তৌবা উখি। তৌরিবা তামাসা অদু মমাংগী খোঙ্চৎশিংদা অমুক্তা থোক্খিদ্রিবা চ্যেকশিন্ থৌরাংনি। বৃটিশ্কী মতম্দসু অদুম্না থৌরাং অমতা তৌখিবা উনরক্খিদে। শ্রীপ্রকাশনা বোধচন্দ্রবু তরাম্না ওক্ই, অদুগা ৱা ঙাঙ্নগদৌরিবা কা অদু তানা গোভর্ণরনা মাঙ্ থারগা মথংদা মহারাজ, কৃষ্ণমূর্ত্তি ঐহাক্ ঈশামক্ মথং মথং মরি অসী কা অদু তানা চৎলি। ঐখোয়গী তুংদা লম্ ২/৩ তুংইননা গৌরহরি অমসুং রুস্তম্জি খাৱাং চৎন-চৎন চীক্লা বারী শাদুনা লাক্মিন্নবি। কা অদু য়ৌরগা শ্রীপ্রকাশনা য়েৎলোমদা

বোধচন্দ্রনা মাগী ওই থংবদা মহারাজগী ৱোয়ওইনবদা গৌরহরিগী সিট্ মথংদা ঐহাক্কী চৌকি অমা অদুগা অমরোম্দা শ্রীপ্রকাশকী য়েৎওইননা রুস্তম্জিগী চৌকি অমা মথংদা কৃষ্ণমূর্ত্তিগী ফম্-ফম্ অসুন্না সিট্ এরেঞ্জমেন্ট তৌই। ঐখোয় মরিদি মথং মথং ফম্লে। গৌরহরি অমসুং রুস্তমজি অনীদি থংনবা কা অমদা রুস্তম্জিনা মাঙ্ থাদুনা চঙ্মিন্নখ্রে। ঙাইহাক্তংদি কাদা চঙ্খ্রিবা মখোয় অনীবু ঙাইবোইনা তুমিন্ তুমিন্ ফম্দুনা লৈনৈ। বোধচন্দ্রদি চুরুপ্ অমা চম্দুনা থক্ই, মৈখুনা শ্রীপ্রকাশকী মমীৎ-মমায়দা হুম্জিল্লি, মৈখুদু মখুবাক্লা হুমদোকই শ্রীপ্রকাশনা। অদুদগীদি শ্রীপ্রকাশনা কৃষ্ণমূর্ত্তিদা ঈঙ্গিত অমা তৌবগুম উখি। মমায় ফাজিনবা চেখাউ অমা কৃষ্ণমূর্ত্তিনা পুথোরক্লগা মমায় শেগায়রগা চেনা ফাজিল্লবা ছাপা তৌরবা চে সেট অনীখক্ শ্রীপ্রকাশনা সেট্ অমা মহারাজদা পীরগা চে অদু মহারাজনা সই তৌবিয়ু হায়বক্ই। মহারাজনা ঙাইহাক্ য়েংঙি; চেনা মথং মথংগী য়াওরিবশিং পারগা, "য়েঙু-পাউ-সে এ ডি সি" হায়দুনা ঐঙোন্দা চে অদু পীরক্ই। মতাঙ্ অদু ফাওবা গৌরহরি, রুস্তম্জি কা মনুংদগী থোক্লক্ত্রি। ঐহাক্লা চেগী ৱাফম্শিংদু পারগা "মাসিদি শ্রীযুৎনা খুদক্তা হেক্তা সই থোন্বদি ফগদবা মান্দে" হায়না মহারাজদা হঙ্গৎলি। মহারাজনসু "হোয়নে ঐসু মাদুম্না খল্লি" হায়না তাক্পিখি। চৈরক্ অসিদা গৌরহরিদি ফি-ফি কাম্না শাউরদুনা থোঙ্ হাংদোক্তুনা হন্না অমুক্ থোঙ্দু হাইজিল্লম্লগা মাগী ফম্-ফম্দা লাক্লে। রুস্তমজি অদুসু অদুম্ থোরক্লে। গৌরহরিনা হঙি "করি ৱনো, করি হায়রিবনো?" "এগ্রিমেন্টকী চেনি, মহারাজদা সই থোল্লু হায়রিবনি" ঐনা খুম্মি। ননাই এ ডি সি নদি করি হঙ্গৎলবগে? "এ ডি সি নদি হুজিক্মক্ চেসি সই তৌবদি চুম্দে হায়রি," মহারাজনা তাক্পি। গৌরহরিনা ঐগী ৱাফম্দা পাংশিন্দুনা "ননাই এ ডি সি হঙ্গৎপা য়াম্না চুম্মি" হায়না ঐবু শৌগৎলে। ঐখোয় অহুম্ ঙাঙ্নরিবসি মৈতৈরোন্দনি। মখোয়সু করিমতা হায়দে। মখা তারক্পদদি শ্রীপ্রকাশ অমসুং বোধচন্দ্র অনীগী মরক্তা ওইনা চত্থনরক্লে। মহারজনা হায়রি মহাক্তি কনস্টিটুযুস্নেল্ হেড্ ওইনা লৈজবতা মঙায়রে, অসীগুম্বা রাজ্যগী ৱাফম্দা মহাক্কী কাউন্সিল্ ওফ্ মিনিষ্টর, লিগেল্ রিমেম্ব্রেসরগী ৱা দরকার ওই; মখোয়গী ৱা য়াওদনা সই কোক্ তৌশিল্লুবদা লাক্কদবা অকায়-অতোইগীদমক্ প্রজানা নিংথৌদা মখল্ মখা কয়াগী অপতি লাক্কনি। মাদু ময়োক্লবা অরায়বা ওইরোই। মরম্শিং অসী লৈবনা ইম্ফালদা অমুক্তং হল্লুরগা ময়াম্ তান্নরবা মতুংদা সই তৌগে হায়বসি

বোধচন্দ্রনা তোয়না হায়খ্রবা ৱাফম্নি। অমরোমদা মখোয়না করি ওইনা প্লিড্ তৌদুনা তক্শিল্লক্ই মণিপুর রাজ্যদা মহারাজগী সোবরেণ্টি হুজিক্সু লৈরি। নিংথৌনা তৌবা ঙমদবা লৈত্রি। সই তৌবিয়ু অসীনি। অসুন্না বোধচন্দ্রনা কাউন্সিল্ ৱা য়াওদনা সই তৌবা ঙমদে। ইম্ফালদা হল্লুরগা সই তৌরগে, ইম্ফালদা অমুক্তা চৎলুখিগে হায়বা অসীদা সই তৌদনা শিখাং খাঙখ্রবদা, রুস্তমজিনা ***মহারাজনা সই তৌগদবনি, তৌদবসু য়ারোই, সই তৌদনা শিলোং থাদোক্কুনা চৎপসু য়ারোই।*** মতাঙ্ অসীদা বোধচন্দ্রসিংহ্সু ফ্রং শাউরক্কুনা "রস্তম্জি ঐহাক নহাক্না ৱাঙ্নবা লাকপা নত্তে, গোভর্ণরগা ৱা ঙাঙ্নবা-খন্নবা লাক্পনি" হায়না কল্লপ্ তৌবা খোন্ থরকপা মতাঙ্দা শ্রীপ্রকাশনা "Rustomji, you keep silent" (রুস্তম্জি, নঙ্ তুমিন্ লৈয়ু। ৱা ঙাঙ্গনু)। হায়ন থিংখি। মতুংদা মখা তানা নুমিৎ অদুদদি রুস্তমজি ৱা মচেৎ অমতা ঙাঙ্খিদ্রে। অদুবু মাদুনদি মতাঙ্ অদুগী ৱাফম্ অদু তেনশিনবা য়াবদি থোক্খিদ্রে। মায়কৈ পূম্নমক্তা থোঙ্ থিংজিন্খিদুনা উপাই লৈতবা মওংদা মপাঙ্গল শোল্লবা মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহ মপূক্কিং নুংশিরকপা মতৌ উরক্লে, মমীৎ মীৎলুদা পি মতুম্-মতুম্ শিষ্থরক্পা শ্রীপ্রকাশনা উরক্পদা গৌরহরিদা হায়রক্খি; "Mr. Gourhari, His Highness is in emotion, you take His Highness to the camp" "মহারাজ সাহেব মপূক্কিং নুংশিরে। নহাক্না মহারাজনা কেম্পতা লেঙ্বদা থৌগল্ তৌখ্রে।" শ্রীপ্রকাশনা ৱাহৈশিংসি হেক্ হায়রম্বগা পূম্নমক্ হৌগৎনদুনা কাদগী মপান্ থোক্করক্কুনা শ্রীপ্রকাশনা বোধচন্দ্রবু থিন্দোরক্খি।

তাং ১৮ গী উন্নবা অসীনা মথক্তা লীখিবা তামাসা; ঝামেলা পূম্নমক্ অদুনা থোক্লগদবা থৌদোক্কী মমি তাহনখ্রবনি হায়বদি খন্নবা য়ারবনি।

নুমিৎ অসীগী ৱাফম্ অসিদা হংননিঙাই, খুম্ননিঙাই, খঙ্ননিঙাই য়াম্না লৈরবনি। মতাং অসিদদি তাংকক অমা ওইনা থম্বা তারে। মতাঙ্ চানা মপূং ফানা নৈনবা খুদোং চাবা ঙাইবা তারি।

হল্লক্কুনা রাজবাড়ী য়ৌবগা বোধচন্দ্র খাংচেৎ-নমখাং, খুদোল্ অমতা লৌথোক্তনা চেপ্ফম্ চানা লেঙ্শিন্খিদুনা মোম্পাক্থক্তা হাইথদুনা হিক্-হিক্ কপ্পুনা লৈখি। অৱাবা, নুংঙাইতবা অমসুং পূক্কিং নুংশিবা মতমদা মীওইবগী মীৎলুদা পি ঈরা হৌবা, মপান্ থোক্ত কপ্পা থেংনৈ। মাদুমক্ নুমিৎ অদুদা বোধচন্দ্র মহারাজদা থোক্খি।

মতৌ অদুম্ হায়না লৈবনদি লান্‌বা থেংনবা য়াবা তান্‌ফম্ ওইরক্তুবনা খাংচেৎ-লম্‌খাং হোংদোক্তুনা মাঙ্‌দা তারিবা চে অদুগী মরীদা করি করম তৌবা তাবগে হায়বা মায়কৈদা খন্নবা হৌরে। অতম্নবা ৱাফম্ অমগী খোঙ্‌চত্তা, মফম্ য়ৌরগা ওন্ন-তৈনবা ৱাফম্ অমা মাঙ্‌দা পুথোরক্লবদি নীংবা কায়বা মশানা তারবনি। হংনিংলিবা, খঙ্‌নিংলিবা ৱাফম্‌দি "মহারাজ সাহেবনা হায়নীংবা করি ৱা লৈবগে" অসীফাওদংদি শ্রীপ্রকাশদগী অহান্‌বা নুমিৎকী উনবসিদা হায়হন্নিংবনি। অদুবু নীংবা কায়বদি নুমিৎ অদুদা ৱাফম্ অদুগী মরী লৈনবা ৱা মচেৎ অমা ফাওবা কাঙ্‌থোরকখিদে। মাদুমদি মীওইবগী হৌন-লমচৎ ব্যবহারগী ৱাংমদা ওইনা থোক্‌পরা হায়বা অসিমদি পন্নিংই। অমরোমদা মহারজগী ৱাফম্ অদুদি মার্জর্ এগ্রিমেন্ট অদুদা অদুম্ মশানা তাউথখ্রদবনি। অদুনা শ্রীপ্রকাশনা লৌরক্‌ইবা ফিরেপ্তি সর্দ্দার পেটেলবু, মাগী চৎকদবা লম্বী মপাদা চুমদ্রিং উবা নাকল্ য়েৎলোম্-ৱোয়রোম্ উদবা জীব্ গাড়ীগী থাউমৈগুম্ লৌরক্‌পা ওইনা থোক্‌ই। অমরোম্‌দনা বোধচন্দ্রনা ইম্ফালদা অমুক্তং হল্লুদুনা অখঙ্-অহৈ ময়াম্‌গা ৱা তান্নরগা অমুক লাক্কে হায়বদা শ্রীপ্রকাশনা য়ানিংদ্রিবা করিগীনো? বোধচন্দ্র অমুক্ হল্লক্কনি হায়বা থাজদবগী মরম্ লৈবনরা? নত্রগা বোধচন্দ্রনা করিগুম্বা হল্লক্তুবদি শিলোংগী কাঙ্‌বু অমা শ্রীপ্রকাশনা লুচিংদুনা চৎপা তারক্কদ্রা? মাদুমক্ তৌবা তারক্লবদি অদুঙৈগী ইং কুমজা ১৮৯১ গী থৌদোক্ ৱারী নিংশিংলক্‌পগী ৱাফম্ লাক্লিঙাই ওইখিবরা? পূন্নমক্ অসী অমনা অমবু থাজনরক্তুবগী ৱাফম্ ওইনা উরে। অদুনা মমৈথঙদদি খূৎলায় পুখোক্লরক্‌পা তারক্কদ্রা? মাদুদগী হায়দ্রবাদ পীক্তক্‌পা অমা ওইবা তারক্কদ্রা? পূন্নমক অসী তাং ১৮ গী অহান্‌বা উন্নবা অদুদগী থোক্লকপা খন্ননিঙাই ওইবা ৱাফম্ ঙাক্তনি। খন্নরিবমক্‌সু ৱাফম্ অসীগা মরী লৈনবা ঙাক্তনি। হায়রিবশিং অসী দ্রাপ্ত এগ্রিমেন্ট অদুগী আর্টিকল্ ময়াম্ অদু খন্ন-নৈনরকপদা চেন্নরক্‌পা লংলা-লংজিন্ ঙাক্তনি। মরুওইবা নীংবা কায়বা দশা অদু নংবদি মহারাজনা মণিপুরদা লৈরিঙৈদা সর্দ্দার পেটেল্‌গী সেপ্তেম্বর থা-নুংদা ভারতকী অচৌ-পীশক্ ষ্টেট পূন্নমক্কী মার্জর্‌গী থবক্ লোইশিনগদবনি হায়ব পাউতাক্কী লীখুন্ অদুগী ঈ-পাউ অমতা ফংখিদে। অদুমক্কা মশানা মখোং থোংনা চত্তুনা থিরুবগী ৱাফম্ লাকখিবনি পূন্নমক্ অসী মণিপুরনা চাওখৎ খোঙ্‌থাং খর তুঙোইনখিবা অবস্থাদগী থোক্‌পনি।

নুমিৎ অদুগী নুংথিল্গী চাবা-থক্পা লোইনরগা খন্নরক্ইবা অদুখক্ খন্নরি তম্লক্ইবা ৱাফম্গা থোক্লরিবগা নীংবা কায়নিঙাই ওইরবসু চেন্বা য়াদবা তান্‌ফম্ ওইবনা মায়রোং য়াবা তারবনি। সই তৌদবা য়াদে, সই তৌরমদনা শিলোং থাদোক্পা য়ারোই হায়বা রুস্তমজিগী খৌগাক্ নাইদবা, মতীক নত্তবা ৱাঙাঙ্ ওইনা লৌবা তারবসু ইউনিয়ন্ সরকারগী মরু ওইবা পান্দম্দি মদুমক্তি। মাসিদা বোধচন্দ্র মহারাজনা মণিপুর প্রজা অমসুং কাউন্সিলগী ৱা য়াওদনা সাই তৌবা ঙম্দে, মরম অদুনা ইম্ফালদা অমুক্তং চৎলুখিগে অসিনি। হায়রিবসি শ্রীপ্রকাশনা অমসুং বোধচন্দ্র অনিনা চৎনরিবা; কোরেস্পোন্দেস্ শিংনা অদুম্ তাকচরবনি। এগ্রিমেন্টকী ৱাফম্ অসী অহান্বা রাউণ্ডগী হৌগৎপদা ঙাইরিবা ওইরসু হুজিক্তি মীরোন্না বোধচন্দ্রগী মথক্তা য়েংলিবা মীৎয়েংগা, মতম্ অদুদা বোধচন্দ্রনা লেপ্লম্বা ফিরেপ্কা লৈনরিবা ফাক্ অদুগীদমক্তনি। এগ্রিমেন্টকী আর্টিকল্শিংদগী মণিপুর প্রজা অমসুং কাউন্সিলবুনা হেন্না নুম্না খনব্রা হায়নিঙাই ওই।

মতৌ অসুম্না ৱাখল লৈতাদনা লৈরিঙৈ মতম, নুংথিলগী মতমদা গোভর্নরদগী চিঠি অমা মহারাজনা ফঙি। ৱারোলদি তারিখ ১৯গী অয়ুক পূং ৯ মিনিত ৩০দা মহারাজ লেঙক্উ, মখা তানা ৱা ঙাঙ্নসি হায়বনি। বোধচন্দ্রনা লৈরিবা অবস্থাসিদা অমুক্ হন্না উন্নবদা কান্নগদবা মান্দে, ইম্ফালদা হান্না অমুক্তা চৎলুখিগে হায়না জবাব তৌখি। অসুম্ হায়না চিঠি হঙ্গৎ হন্দা চৎনবসিদা তাং ১৯ গী উন্নগদবা মতম্ হৌখ্রে, চিঠি চৎনবদি লেপ্তে। নাকল্ অনীদা ফিরেপ্ হোংদে। অসুম্ তৌদুনা তাং ১৯ গী নুমিৎ অসিদা উন্নবগী থৌরম লৈখিদ্রে। অদুন্নদি ওইরগা নুংথিল্ থেঙ্থরক্পা মতমদা শ্রীপ্রকাশনা পীরক্পা চিঠিগী অনীশুবা পেরাগী অরোইবদা ৱারোল অমা য়াওরকই মাদুদি ...

"I shall be happy if Your Highness will kindly come at once in order that the matter may be fanalised".

মখা তানা অমুক্ অরোইবা, ৩ শুবা পেরাদা অসুম্না অমুকসু ইরক্ই...

"I communicated to Delhi to the State Ministry yesterday all that transpired at our meeting in the morning, and I have my very strict instructions that the negotiations must be completed before Your Highness leave Shillong" ...

চিঠিগী ৱাতা খোন্দা অদু উর-পারগা বোধচন্দ্র মহারাজনা তন্না চিঠি পাউখুম অসুম্না পীখি

"...I have concelled my programme of leaving Shillong for to-day. The matter becomes very serious ...".

অসীগী পাউখুম ওইনা অমসুং শ্রীপ্রকাশগী তাং ১৯ গী অরোইবা চিঠি ওইনা শাংলবা দায়ীত্ব পুবগা কোন্ননা ধম্‌কা য়াওবা চিঠি অমা বোধচন্দ্রদা থারক্‌ই মাদুদা ইরক্‌ই মহারাজনা উননবা খুদোংচাবা পীয়ু হায়না হায়জরকপদগী উননবা থৌরাং তৌবনি। অদুগা মহারাজনা উন্নরোইদবগী কোয়চেন্‌ চেনবদি কদায়দগী য়াগদগে। ... উনবা ঙাঙ্‌নগদবা ৱাফম্‌ (Subject matter) মান্নদে, খৈন্নে হায়বদি শ্রীপ্রকাশনা খল্লুদে, নিংশিংদ্রে, পনসু পল্লক্তে। মাগী তারগেট্‌ তম্লক্‌ইবা অদুতা উবগুম তৌই।

চিঠি অসীগী ২শুবা পেরাদা অসুম্নসু পল্লি

"...Your Highness may rest assured that the Government of India will take complete responsibility in the matter of meeting whatever objections may be raised by the people of the Sate...".

পেরা অসীগী মনুংদা অসীমসু পল্লি

"...It is because the Government of India are desirous of having your Highness' Co-operation rather than to take ex-parte decisions that might be prejudicial to the interest of your Highness ..."

ৱা তানবা শরৌ শিন্নবগী মওং তৌব্রা হায়বা চিংনহল্লি।

অসিগী পাউখুম ওইবা চিঠি অমা অমুক বোধচন্দ্রনা য়াম্না শাংনা শ্রীপ্রকাশদা ইরি। অদুগা, অসুম্না অরোইবা পেরাদা লোইশিল্লি

"Lastly I pray for your Excellency's kind permission to release the full text of the correspondences between your Excellency and myself to the Press."

মহারাজগী ৱাফম্‌ অসীগী পাউখুম্‌ পীরক্‌খিদ্রে। ঙসি ফাওবদা রেকোর্ড্‌ অদু ফোংনা মীয়াম্‌দা খঙ্‌হন্‌বা থেংনদ্রি।

সাই তৌদ্রিঙৈগী মমাঙ্দা চৎনবা চিঠিগী মনুংদা তারিখ ১৯ ফাওবদা ইনরিবসি খরা কন্‌বা ৱাহৈ ৱাতা খোন্দা শিজিন্নবা য়াওখ্রবনি। শ্রীপ্রকাশগী অরোইবা ওইনা ইরক্‌ইবসিদা বোধচন্দ্র তাং ২০ গী অয়ুক পুং ৯ তাবদা শুপ্ শোয়-শোয়দনা গোভর্ণর শ্রীপ্রকাশ উনগদবনি অমসুং অরেপ্পা অমা তানদবা, য়াদবা ৱা ঙাঙ্‌নি। মহারাজনা করিগুম্বা চত্তদুনা উনদ্রবদি মখোয়ন তৌফম থোকপা মথং থাক্কী থবক্ পায়খৎকদবগী ঈঙ্গিতসু তৌরি। করি ওইনা পায়খৎলক্কদবনো হায়বা অদুদি খন্‌বদা থোইনা লুফম্ থোক্লোই, লুফম্ থোক্কে, পীরিবা ঈঙ্গিত্তগী খংবা ঙমই। পুং ৯ মতুংদগীদি শ্রীপ্রকাশ থৈদোকপা য়াদ্রবা প্রোগ্রাম্ মথং মথং লৈখ্রে হায়নসু পোংলপ্ তৌনা পল্লি। ৱাফম্ অসীনা ঐখোয়দগীদি বোধচন্দ্রদনা হেন্ন কন্‌বা চৈথেং অমা পীরি। মতৌ অসুম, তৌরদুনা ইখিবগা অমুক্ হল্লকপগা লৈনরিঙৈ নুমিদাংৱাইগী মল্লি মল্লিবা মতম্‌দা দাসগুপ্ত, এস্ পি (Das Gupta, S. P. ) ইখঙ্ খঙ্‌হৌদনা মহারাজ বোধচন্দ্রগী কা মনুংদা ফুৎ ফাওজিল্লক্কুনা দণ্ডবত তৌদুনা মহারাজদা খুরুম্মি। দাসগুপ্ত অসী হৌখিবা চহী ৩/৪ গী মমাঙ্দা মণিপুরদা রাজনীতি আন্দোল কন্না তৌবা মতমদা আসামদগী মণিপুরদা ডেপুটেসন্দা এস পি ওইনা থারক্‌খিবনি। চহী মতম্ খর ইম্ফালদা লৈরম্বনি। ঐখোয়গসু য়াম্না মুন্না খঙ্‌নবনি। মহারাজনসু চাল্লি, দাসগুপ্ত, বোধচন্দ্রবুসু য়াম্না কিনা লুনা নীংজবা মীশক্ অমনি। মতম্ অদুদদি দাসগুপ্ত এস পি (সি আই ডি) (S. P.,C. I. D) ওইনা শিলোংদা অমুক্ পোষ্টিং তৌদুনা লৈরে হায়বসি মহাক্কা হায়রবা মতম্‌দতা খঙলক্‌পনি। দাসগুপ্তনা কপ্পা কপ্পা মহারাজদা হঙ্গৎলক্‌পা ৱাফম্‌গী মনুংদা মরু ওইবদি মহারাজনা এগ্রিমেন্টকী সই অসী তৌ হায়বা য়াদ্রবদি মহারাজবু নিংথৌ ওইবা তোক্‌হল্লগা অতোপ্পা মীশক্ অমা নিংথৌ হাপ্লগা সই তৌহন্‌বা হায়বসি ইউনিয়ন সরকারগী শেম-শাদুনা লৈরবা ফিরেপ্‌নি হায়বা অসীনি। ৱাফম্ অসিদি শ্রীপ্রকাশগী চিঠিদা পল্লকপা ৱাহৈ অদুগী মরমদা খন্নরম্বা, মচু অদুগী মথক্তা অমুক্ অচেৎপা মচু শঙজিল্লম্বগুম্ থোকখ্রে। মখোয়গীদি মীশক্ ফাওবা খন্নদুনা লেপ্‌খ্রবনি। মহারাজনা খুৎলৈ থুনা মহারাজগী তুংদা ওইরগদবা বিচার তৌবিহৌবা থীন্থবা য়াদ্রবনি হায়না হঙ্গৎলম্লগা দাসগুপ্তা মহারাজবু খুরম্‌লম্লগা য়াম্না থুনা হন্‌খি। মতাং অসীগী ৱাফম্ অসী তুংগী থাক্ অমা তাংকক্ অমদগী ওইনা লৈরসনু। (হায়বদি দাসগুপ্ত করম্বা মীশক অমাগী রোল)

তাং ২০ দা চৎলগা এগ্রিমেন্ট আর্টিকল ময়ামদু, য়াবমখৈ-শেমদোক্ শেম্জিন্, লৌথোক লৌশিন, হাপ্তোক-হাপ্চিন্ তৌননবা পুক্লিং ওল্লক্লে। অসীগা লোয়ননা তাং ২০ গী খোঙ্চৎ অদুগী শেম্ শাবা হৌরে অমসুং মতম্ চানা লাক্কনি হায়বা চিঠি অমসু ইখ্রে। অহিং তুম্বা হীপ্লা মচেৎ ওইনখ্রবা নৈনবা খন্নবগী মতাঙ্নি।

তারিখ ২০ দা গোভর্ণমেন্ট হাউস্দা ২রক শুবা অমুক চৎপসি মহারাজ সেক্রেটরী, অমসুং এ ডি সি অসীদনি। খন্নবদা য়াওরিবসু ঐখোয়গী ৩ (অহুম্) মখোয়গী হান্নগী অহুম্ খত্তনি। কেমরা মেন্ য়াওদে, প্রেস্ রিপ্রজেন্তেটিব্ য়াওহন্দে। পুরা টাইত্ সেক্যুরেটিদা থবক্ তৌবনি। শেম্দোক্ শাদোক্লবা ঐখোয়গী কোপিগা মখোয়গী অদুগা য়ারমখি চাশিন্নরগা শেম্দোকপা য়াবা দরকার ওইবশিং হাপ্চিল্লে। থোইদোক্লা সার্ভিস্ প্রোতেক্সন্, কস্তম্গী ৱাফম্ অসীনচিংবা অসীদা মরু ওইনা য়েংশিল্লি। প্রিভি পর্স্গী ৱাদি নিয়ম অমগী মতুংইন্না ষ্টেটকী কারিবা রেভিনিউগী মতুংইন্না চৎলি। মাদুদা পারগদি বোধচন্দ্রগীদি চহী অমগী লুপা লাখ্ ২ লীশিং ৪৮ রোমদা থোকপনি। অদুবু লাখ ৩ দা লেপ্লা তাখি। হেঙ্গৎলকইবা লীশিং ৫২ অসী পেটেল্না শ্রীপ্রকাশগী খুসীদা কোম্থোক্লকপনি। বোধচন্দ্রনা মশাগীদমক্ শিলোংগী রেওলেগুস্, গৌহাটীগী মণিপুর রাজবাড়ী, মশানা লৈনরিবা কোনুংগী লম্ পূন্নমক্ মাগী ওইগে হায়রবদসু করিমতা বেরা তৌরম্মোইদবগী ৱাখল লৈরম্বনি, ইউনিয়নগী ৱাখলদা মহারাজ বোধচন্দ্রনা মদু ফাওবা করাম্ মিহৌখিদে। করিগীনো খন্নবা য়াবা ৱাফম্নি। অদুবু মচাহাক্তক্তদি সুপ্রিম্ কোর্টনা হায়রিবা লম্শিং অদুদি মতম্ অদুগী নিংথৌগী সম্পতি মরম্ ওইগদবনি হায়না রায়, রুলিং পীরক্খিবনি।

অসুম্ তৌরদুনা তাং ২০ গী দিস্ক্সন অদু নিঙাই-বেরা তৌনদনা অতেন্বা মতম্গী মনুংদা চাউরাক্লা লোইশিল্লে, টাইপ্কী শরুক্তা মঙায়রে হায়বা য়ারে। নুমিৎ অদুগী অয়ুক অদু হরাউ হরাউনা কায়নরকপা মাংওইনা ঐখোয়সু রাজ বাড়ীদা হল্লক্খি।

সেপ্তেম্বর ২০ গী অয়ুক্তা উন্নদুনা ৱারী শাবা অসীনা নাকল্ অনীমক্কী ওইনা লোইরে হায়না লৌনরবনি। অদুবু অমুক করি ৱাখলদগীনো, গোভর্ণর শ্রীপ্রকাশনা চিঠি অমা অমুক্ মহারাজ বোধচন্দ্রদা ইরক্ই। চিঠি অদুদা ইরিবা ৱারোলশিংগী মনুংদা মহারাজনা নুমিৎ ৩ নি (হুম্নি) অদুগী মনুংদা থম্মোইদা অৱা মৈশা লংখিবা, ষ্টেট অমসুং প্রজাগীদমক্ খন্খিবা মহারাজগী ৱাখল্ শ্রীপ্রকাশনা মুন্না খঙ্বা উৎলি।

তৌবদদি ইন্দিয়া গোভর্ণমেন্টনা মণিপুরগী তুংগী ওইরক্পা য়াবা অবস্থা খন্দুনা য়েংলগা ষ্টেট অমসুং মহারাজগী য়াইফন্নবগীদমক্তি হায়বসু পল্লি। ৱাফম অসীগী মনুংগী অমসুং ওইরকপা য়াবা অবস্থাগী মরম মতাং চাবদা লাকপা য়ারি। চিঠিগী লোইশিন্‌বা শরুক্তা অসুম্না হায়রি —

"I shall give myself the pleasure of calling on your Highness at 5 this afternoon; and I very much hope that your Highness will be so good as to make it convenient for Your Highness to receive me. I am most anxious that our friendship should remain and that your Highness should feel that Your Highness continues to enjoy my fullest confidence. With kind regards."

শন্না, শ্রীপ্রকাশ, মহারাজ উন্নবা ওইনা নুমিদাংৱাই পুং ৫ তাবদা লাক্‌চগে, মহারাজনা মহাক্‌পু হরাও হরাওনা ওক্‌পিয়ু হায়বতনি। মহারাজ বোধচন্দ্রসু তাং ২০ গী খূদক্ অদুমক্তদা, লংফৈদা লৈবনা মরম্ ওইদুনা গোভর্ণর অমবু ওকপদা দরকার ওইবা মচাক্ মথিন্ ৱাৎপশিং পন্‌বগা লোয়ননা চিঠি অমা তন্না হন্‌খি...

"Anyway since Your Excellency have kindly expresed the desire of visiting me I too galdly recieve Your Excellency... Your Excellency may kindly come at the time apointed."

চৈরক অসিদা ইং কুমজা ১৯৪৯ ইং সেপ্টম্বর তাং ২০দা আসাম গেভর্ণরগী এদভাইজর মিষ্টর এন কে রুস্তমজি না অথুবা চিথি (দি ও নম্বর ১৫৭৮/সি) অমা বোধচন্দ্র মহারাজগী প্রাইভেৎ সেক্রেটরি মিষ্টর গৌরহারি সিংহদা মখাগী ৱারোল অসী য়াওবা চিঠি অমা সেক্রেটরী গৌরহরি সিংহনা ফংখি —

"If there is any further point which His Highness would like clarified in connection with the discussions this morning. I shall be glad to be of assistance. You may, if you wish, contact me at my office. My telephone No. is 158. I trust that, in view of the position as it now stands, there will be no further difficulty in arriving at the final settlement, as that will be to the best interests of His Highness and all concerned. As His Excellency Explained during his discussions with. His Highness, the Government of India insists that there should be no further delay in the conclusion of the necessary agreement."

শম্না, অয়ুক্তা খন্নখিবশিংগী মরীদা মহারাজ সাহেবকী করি করম্বা মরম্ লৈরবদি মাদু শেংদোক্পদা মানা ঙম্বা মহাক্কী মতেং লৌবিরবদি মহাক্ নুঙাইজগনি; হুজিক্সু মতম্ লৈরি; মহাক্কী অফিস নৎত্রগা টেলিফোন্দা ৱারী শাবা য়াগনি হায়বতনি। চিঠি অসীগী পাউখুম — "Confidential" letter dated 20-9-49 from Mr. Gourhari Singh to Mr. Rustomji গী ৱারোল মখাদা —

> "I thank you very much for your D. O. No. 1578-C of the 20th Sept., 49.
>
> But I am very sorry indeed that owing to pressure of urgent business here in connection with His Exultancy's visit here this evening I have not been able to contact your.
>
> To add to my helplessness, His Highness' residency here, has no telephone connection. Kindly Excuse me."

নুমিৎ অদুগী নুমিদাংৱাই পুং ৫ (মঙা) তাবা চপ্ চানা গোভর্ণর শ্রীপ্রকাশ, এন কে রুস্তমজি মখোয়গী পার্টি মীশক্ লোয়নরকই। মমিংতগী ওইনা লাক্পদি ওইরমদ্রে। অকাউবা, চিত্থ-নাহ্থ খর লৈরম্দবসু ওইরম্দে। শ্রীপ্রকাশ মশানসু খর পুথোবক্ই, মহারাজরোম্দগীসু খর অদুমক্ পুথোক্তুনা খন্ন নৈনখি। মরু ওইনা Article VIII অদু অমসুং Custom গী মতাংদা কুপ্না নৈনদুনা হাপ্চিন্নখিবা নীংশিংলি। লোন্দা-পুদা খরদসু ওষ্ঠোক্-ওনশিন তৌখিবা নীংশিংলি। হায়না-হায়না মতম্ খর চঙ্না ফম্মিন্নখি।

গভর্ণর শ্রীপ্রকাশনা হন্খ্রগা চিঠি অমা তন্না ইরকই

> " ...I shall be glad to receive, Your Highness tomorrow morning as already arranged. I shall expect Your Highness at 9 a.m., unless I hear from Your Highness that any other time in the morning, would be more convenient. Assuring Your Highness of my highest consideration...."

এন কে রুস্তমজিনসু য়াম্না মেঙ্বা লোন্দাদা হৌখিবা নুমিৎ খরনিদা মহারাজদা মখোয়না তৌখিবা ৱাঙাং শাঙাং অমসু চিঠি খুৎই লাকইবা থৌগল্লোল্ কায়বা পূন্নমক্ ঙাকপিগনি হায়বা apology গী চিঠি অমসু মহারাজদা কৎলক্ই।

সেপ্তেম্বর ২০ দা থারকপা গভর্ণরগী চিঠি এগ্রিমেন্ট সই তৌননবা লেপ্লক্পা তাং ২১-৯-৪৯ অয়ুক্ পূং ৯ দা পাঙ্থোক্লবা মতম্ অদু মহারাজগী হকচাং খর নুঙাইতবগুম্ তৌদুনা নুমিৎ অদুগী নুংথিল্ পূং ২ মিনিট ৩০ দা ওইনা লেপ্লসি হায়না তাং ২১-৯-৪৯ গী অয়ুক্তা চিঠি অমা পীখি।

"I thank Your Excellency very much for your letter of yesterday night.

Owing to the strain caused, I am sorry I shall not be in a position to come in the morning to-day.

I am, therefore, coming to Your Excellency at 2-30 p.m. Hoping this will not cause inconvenience to Yours Excellency."

## মার্জর এগ্রিমেন্ট সই তৌখিবা অমসুং মতুং

মহারাজ বোধচন্দ্রনা লেপখিবা মতম্ অদু শ্রীপ্রকাশনসু য়ারদুনা ১৯৪৯ সেপ্তেম্বর ২১ গী নুংথিল পূং ২ মিনিট ৩০ চৎপা মতম্দা এগ্রিমেন্ট অদু সই তৌনখি। মতাঙ্ অসিদসু প্রাইভেট সেক্রেটরী অমসুং এ ডি সি ঐখোয় অনীতনা থৌগল্ তৌই। সই তৌবা মতম্দা পার্টি অমগী মীহুৎ ওইরিবা ভারত সরকারগী মিনিস্ত্রি ওফ্ ষ্টেট্কী এড্ভাইজর, (V. P. Menon) ভিপি মেনন্দি মশা শিলোংদা য়াওবা নত্তে। কোন্না সই লৌবনি। শ্রীপ্রকাশনা সাক্ষী ওইবনি। মেনন্গী সই য়াও্বা ওরিজিনেল্ কোপি অমা কোন্না ইম্ফালদা থারক্খি।

এগ্রিমেন্ট অসীগী মরীদা মহারাজগা গোভর্ণরগা চৎনবা চিঠি মশীং ২০ গী মথক্তি। মরু ওইবা রাফম্ য়াওবা শরুক্ খরদংগী ৰা লৌখৎচবনি।

নুমিৎ অদুগী গভর্ণরগী বাঙ্গলাদা লোইশিন্বগী থবক্তি মিনিট ৫ দগীনি থুনমক্ বিদাই লৌনদুনা রাজবাড়ীদা হল্লক্খি। স্বর শাংনা হোন্দোক্তুনা পোত্থাবা অমদি ওইরে। অদুবু মখা তাবদি কপকদরা, নোক্কদরা অসীনি।

এগ্রিমেন্টকী থবক্ লোইরবা নুমিৎকী নুমিৎমক্তি তাদ্রিঙৈগী মমাঙ্দা মহারাজগী শঙ্গায় মনীংগী লমপাক্তা চৌকি অনীদা নোংচুপ্ ওন্না সেক্রেটরী ঐখোয় অনী হৌখ্রবা, হুজিক ওইরিবা অমসুং লাক্কদবা তুংগী ফীবম্গী মরীদা ৰারী মথং মথং শানৈ। মতম্ অদু তাগদৌরিবা নুমিৎনা ঙাংঙ্গনবা মশোক্-মঙানগা লোয়ননা

ব্রহ্মপুত্র তুরেল্‌গী ঈরোন্নুংদা লুপ্‌শিন্‌গদবগী মতাগুম্‌ খর খর হাইথরক্‌পা ওইনা উরি। কনাগুম্বা কবিত্বমেধ লৈবা মীশক্‌ অমদদি গৌহাটীগী কচ্চরী ঘাটকী মখা পাংনা খজিক্তুং চত্থরগা লৈবা তুরেন মপান্দা অসীগুম্বা নুমিদাং ৱাই নুমিৎ তারক্‌পগী দৃশ্য অদু কবি গুরু বিশ্ব কবি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা উরুবদা খঙহৌদনা লৈঙোই থক্তা ৱাহুখি হায়বা নিংশিংলকতুনা মহাক্‌সু প্রকৃতিগী ফজববু শীংথানরম্বা য়াবনি। গৌহাটীগী অদুগুম্বা ব্রহ্মপুত্র তোর্ব্বান্‌ অদু শুক্লেশ্বর ঘাট হায়না খঙ্‌নদুনা মফম্‌ অদু য়োৎলিনা খাজিন্দুনা থম্ব অদু মীত্তা শং-শং উরক্‌খি। শ্রীগৌরহরিনা হায়— "তাইবুঙো, ঙসিগী থবক্‌ অসী লোইশিন্‌বগা লোয়ননা মণিপুর ইতিহাসগী চেপ্টর অনৌবা অমা হাংদোক্‌পা তারবনি; ঐখোয় অনীগী কোনুংগী পুন্সিসু লোইরবনিদো" মহাক্না অসী হায়বা হেক্‌ লোইবগা মখা তানা ঐনা হায়খি— "বাবু, সূর্য্যাস্তের সঙ্গে সঙ্গে মণিপুরের ভাগ্য সূর্য্যও অস্তমিত হইল।" অসী হেক্‌ তাবদা গৌরহরি বাবুদু ঐঙোন্দা ওন্‌শিন্দুনা শংত্রিক্‌ য়েংলগা হায়রকখি— "কদাইদগী লাইন্নো তাইবুঙো নঙ্‌না থীরক্লিবা কবিতা ৱাহৈ পরেংসি। ওম্থোক্লা থম্মোইদা তিং তিং হেক্‌ পাল্লি"। মহাক্‌ বাঙ্গলা নীংথিনা খঙ্‌বনি, তম্মক্‌পনি, শীজিন্নদবতনি। মাসী চিতোবগী নিংথৌ রানা প্রতাপ সিংহগী মরমদা বাঙ্গলালোন্দা ইবা লাইরিক অমদগী চিতোর কোনুং মুসলমান সম্বাটনা খুদুম্‌ চনখিবা মতাঙ্‌দা লেখক অদুনা ইরম্বা অদুদগী পূবানি হায়না শেংনা খুম্মি। গৌরহারি বাবুগী পুন্সি মমৈ ফাওবদা ঐগী লাইন্‌ অদু উনবা খূদিংদা শোল্লম্মি। মাদুমক্‌ মহাক্কী মচানীপা উমানন্দনসু তোযনা পল্লি। মাসি মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা তারবদি চপ্‌ চাবা ৱাহৈগী মপা লৈতে, লৈ হায়না লৌদুনা হন্দোক্লবসু মৈতৈরোন্দা চৎনবা য়াবা লোল ওইদে। অদুনা ভাব লৌদুনা হন্দোকপা তাই। অদুনদি "নুমিৎ তাবগা লোয়ননা মৈত্রবাক্তা নিংথৌ পানবগী মতম্‌ যুগ লোইরে" হায়না হন্দোকচরে। ইংরেজীদা "The Sun of Glory of Manipur is gone with the setting Sun" অসুম্না বাঙ্গলা হৈনদবশিংগীদমক্‌ কাবক্‌-শাবক্‌ ভাব লৌবিনবা ওইনা হন্দোকচরে। মাসিবু কপকদরা? নোক্কদরা?

এগ্রিমেন্টকীদমক্‌ ওইনা পাউথোক্‌খ্রবা খোঙ্‌চৎ অদুদা চেন্‌ফদনা মায়থিবা মায়োক্লবগী শরুক্‌ য়াবা তাখ্রবা ঐখোয় অনীনা নীংবা কায়না থবক্তি লোয়খ্রবা মতুংদা হৌখ্রবা তেল্লবা পুন্সি মতেক্‌ অমগী অৱা-নুঙাইগী ৱাফম য়াওনা ৱারী শানবদা ঙাইহাক্‌ ৱাফেরোম্‌দা চৎখিবগুম তৌখ্রে। ঐখোয়গী ৱারী পরিংদা নুমিৎ

অদু ফাওবদা থোক্লগদবা অহল্-লমনগী ৱাফম ফাওবা য়াওই। "মণিপুরগী নিংথৌদি ভূবন শীঙ্খোঙ্দা লোইগনি (তুম্গনি)"; "পাংকী থরোইনা কংলাদা মরূম্ থুরগনি।" অসীনচিংবা, কনানা হায়রম্বনো, করি লাইরিক্তা ইরম্বনো ঙসি ফাওবা তশেংনা খঙবা ঙম্দ্রি। অদুম্নদি ওইরগা থোক্লকৈবা থৌদোক্কদি য়াম্না চুনা-চা-ননা থোক্ই। মসি মতম্ অদুম্বক্কী, নুমিৎ অদু ফাওবগী ৱানি। মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহ নরসিংহ মহারাজগী বংশনি, ধারানি, নরসিংহ, ভূবনসনা, য়াইম, চূড়াচান্দ, বোধচন্দ্র পরেং অসীনি। ৱাফম্ অসী বোধচন্দ্রসু, খঙ্জবা, তাজব অমসুং থাজবগুম্ তৌবরা? ইং কুমজা ১৯৪৮ দা মহারাজনা জিরিবাম্ টুর লেঙ্বা মতম্দা ঐহাক্না থৌগল্ তৌই। জিরিবামগী থবক্ লোইব্গী ঐহাকপু লক্ষীপুরদা থনম্লগা কাছারগী ভূবন চীংতানা থৌগল্ মচা খরগা লোয়ননা লেঙ্খি মফম্ অদুদা লৈবা মহাদেব পূজা তৌদুনা খুরুম্লক্খি। মহারাজদি শিব মহাদেবসু য়াম্না লুনা নিংঙি। হায়রিবা ৱারী-ৱাখোঙ অসীগা লাকইবা য়াওল্ অসীগা চুংশিন্নরক্ইবা ময়াম্ হন্না নীংশিংবা ওইনা ঐখোয় অনী ৱারী শাবনি।

তৌগদবা থবক্তি লোইরে। বোধচন্দ্র মহারাজদি মখা তাবা থবক্কী ৱা মচেং অমতা কাঙ্থোক্তনা লৈরি। হংঙ্বসু য়াবা নত্তে। করিসু নত্তনা চোপ্পা নংবা য়াবনি। অসুম্না মথোঙ্ - মরম খঙ্দনা লৈরক্পদুনা ঐখোয় ৫ (মঙা) খক্তংদি ২৫-৯-৪৯ দা ইম্ফালদা থুংলৈ। মরক্কী নুমিৎ ৩ নি (হুম্নি) অদুদি করিগীদমক্নো? ৱাহংফমনি, খঙ্নিংবসু পোক্কনি। লাক্পা মতম্দদি গাড়ী ৩ দা অহিং তুম্দনা গাড়ী থৌরকপনা পূং ২৪ দা শিলোং য়ৌরকপনি। হুজিক্তি করি তৌরবা? বোধচন্দ্র মহারাজনা হন্বগী খোঙচত্তা গাড়ীনা লৈখাগী খোঙচৎ চৎপদা হঙ্গোইবা, চিংনবগী হঞ্জানবা ৱাখল্ অমা লৈবগুম্ তৌই। ৱাফম্ অসী মহারাজনা শ্রীপ্রকাশদা হাইফেৎ ঈঙ্গিৎ তৌখিবদা; গভর্ণরনা মহাক্কী শীজিন্ননবা পাইলোৎ থানা মী ৭ (তরেৎ) তগী কেপাসিটি লৈবা এরোপ্লেন্না থিল্লগে হায়না পাউ পীরক্খি। পাউ অদুগী মতুং ইন্না। মাঙ্জৌননা লোয়নরক্পা মীয়াম অদু হান্না পুরকপা গাড়ীদা থাদোকখ্রে। লৈহৌরিবদি মহারাজ, সেক্রেটরী, এ ডি সি, বামন ব্রজমনি (ব্রহ্মা), বোদিগার্ড্ গুলামজাৎ মীশক্ ৫ (মঙা) গা কোন্ননা পোৎ চৈ শাগোন্নবা খরগা অদুদনি। তাং ২৫ দা মতম্ চানা গৌহাটীগী কাহিকুচি এরোদ্রম্দা থিননবা কার অনী থক্ থারক্তুনা থিন্বিখি। পোৎ চৈ হাপ্চিল্লগা ঐখোয় পুম্নমক তোংখৎলগা হজিন্ ষ্টার্ট্ তৌদুনা য়েংবদা রেট্ হেল্লে, পাইবা য়াররোই

হায়রে। মী নত্তবা পোৎচৈ ময়াম্ অদু লৌথরগা য়েংবদদি পাইবা য়ারগনি হায়রে। মসিগী মরম্দি মহারাজগী হক্চাংগী অরাম্বনা য়াম্না হেন্খিবনা ওইরম্মে। মাসিদা লুরক্লম্বদি পোৎচৈশিংদুনা করম্ তৌগদগে অসিনি। ঐনা মীশক অমতং ফংলবদি হায়না কোইয়েং য়েংবদা ঐবু খঙ্বা অৱাং বি ও সি গী এজেন্ট সলিগ্রাম রায় চুনিলালগী মীশক্ ফেন্সিবাজারদা দুকান্ ফম্দুনা লৈবা নীপা অমনা ঐগী অবস্থাদু উবদা বাবু কৈদৌরবগে, করি থিরিবনো? হায়না হংলক্খি। ঐখোয়গী পোৎ খরদং শিন্নজরমগে, কোন্না ইম্ফালদগী মী থারক্লগা লৌহন্জরগে হায়না মী থিজরিবনি। নীপা অদুনা হরাও হরাওনা মহাক্ন মাগী দুকান্দা থম্মগে, য়ারনি, চিংনবিগনু হায়দুনা পাইগদবগী ঙাইরিবা অদুদা ঐহাক্ খুদক্তা তোংখৎপা ঙম্হোই। পোৎশিংদু কোন্না অফিসকী মী থাদুনা চিঠি অমদা ওথোরাইজ্ তৌরগা লৌহল্লুই।

মতম অদুদা ইম্ফালগী এরোড্রম্ অসী কোইরেঙ্গৈদা ওইরি। মিনিত ৪৫ রোম্গী মনুংদা প্লেন্ অদু কোইরেঙ্গৈদা থুংই। ইম্ফালদা করি চেৎক্শিন্ থৌরাং তৌরম্মি? মমাংগী আসাম গভর্ণর সার আক্বর হায়দারীগী মচা নুপী লৌবা হায়দরীগী এ ডি সি ওইরম্বা লেটিনেন্ত কর্নেল্ য়ুসুপ্ আলিনা ফোর্ট আসাম রাইফল্স কী কামাণ্ডেট্ ওইনা লৈরম্মি। মহাক্না এস্কোর্টকা লোয়ননা মহারাজ বোধচন্দ্র অমসুং লোয়নরক্ইবা ঐখোয় ময়াম্বু কোনুং তানা থিন্বিরক্খি। শ্রীপ্রকাশগী চ্যেকশিন্ থৌরাংনি।

মহারাজ বোধচন্দ্রনা শিলোংদা লৈরিঙৈদা কাউন্সিল্ অমসুং সাধারণ প্রজাবু খল্লম্বা বাখল্ অদু চহী ৫০ গী মতুংগী মীরোলগী ৱাখলগদি চাউনা খেন্নরে। মহারাজগী ৱাখলদনা ঙসিদগী চহী ৫০ গী মমাঙ্দা ঙসিগী প্রজাগী ৱাখলনি। মাদুমক্তনা লৈখাদা গাড়ীনা চৎপগী মহুত্তা নোংথক্তা লাক্লবা শাজেল্ তৌবা ওইবা তাই। মাদুগীদমক্ শ্রীপ্রকাশনা শোয়দ-ঙাম্দনবা হুইসিয়ারগী থৌরাং তৌখিবনি হায়না লৌবনা মরম্ চাবা ওইবা তাই মরম্ অমদা বোধচন্দ্র মহারজনা করিগুম্বা খুদোংথীবা অমা থেংনবা থোক্লবদি ইণ্ডিয়ান ডোমিনিয়ন্ পাউথোকলোই হায়নিঙাই লৈতে। মশক্ নাইবা কনাগুম্বা অমতনা থোক্খ্রিবা থৌদোক্কী মরম্দা অৱা-নুংঙাইতবগী মওং উৎখিদে হায়বা য়াই। মাদুমক্তনা ইন্দিয়া গোর্ভণমেন্টনা ঈচংথৌনা প্রজাদগী হৌরকপা ঈহৌ-ঈরাং পূন্নমক্ মখোয়না পুগনি হায়বা দায়ীত্ব লৌবা ঙম্খিবরা হায়বা ৱাফম্গী মরম্ ওইখিবনি। হুজিক্তি মহারাজ বোধচন্দ্রনা খলম্বা অদু করিসু ওইদ্রে, কান্নদ্রে।

ইং কুমজা ১৯৪৯ সেপ্তেম্বর ২৫ দগী ওক্টোবর ১৫ ফাওবসি নুমিৎ অনীমক্ থারবা ফাওবদা নুমিৎ ২১ নিগী মতম্‌দনি। ওক্টোবর ১৫ নুমিৎ অসিদা বোধচন্দ্রনা মণিপুর অসী ভারত সরকারদা শিন্নরগদবনি হায়না লাউথোক্কুনা হৌনবা থৌরাং পুন্নমক্ শেম্-শাখ্রে।

মপাল্ কাঙ্‌জৈবুংগী পোলো পেবিলিয়ন্ মমাঙ্‌দা প্লেট্‌ফোর্ম্ অমসুং মাদুগী মমাঙ্‌দা মচু ৩ গী জাতিগী ফীরাল কোন্নবা চৈখোক য়ুংলি। মহারাজ বোধচন্দ্রসিংহনা মাঙ্ থাই, মতংদা রাৱাল্ অমরসিংহ, অদুদগী প্রাইভেট সেক্রেটরী গৌরহরি অমসুং মমৈ ইথং- থংনা এ ডি সি আনন্দমোহন ঈশামক্ প্লেট ফোর্ম্ মখোঙদগী মখারোম্‌দগী হৌদুনা এন্টিক্লোগরাইজ ওইনা ৱোয় ওইননা কাঙ্‌জৈবুংগী খা-নোংপোক্ অমসুং অৱাংদা থেল্লিবা গার্ড ওফ্ ওনার মীৎয়েং তারগা প্লেট্‌ফোর্ম্‌দা মহারাজ লেঙ্খৎলগা "ঙসি ইং কুমজা ১৯৪৯ ওক্টোবর ১৫ অসিদগী মণিপুর ষ্টেটকী লৈঙাক্ শাসন ভারত সরকারদা শিন্নরে হায়না লাউথোক্‌পগা লোয়ননা সেলামি ওক্‌খি, অসীগা লোয়ন-লোয়ননা রাৱাল অমরসিংহনা মণিপুরগী অহান্‌বা চীফ্ কমিশনার ওইরে হায়নসু লাউথোকপগা লোয়ননা থৌরম্‌দু লোইশিন্‌খি।

রাৱাল্ অমরসিংহ নুমিৎ ৩ (হুমনি) খক মণিপুরগী চীফ্ কমিশনার ওইরবগী মতুং ৪ নি শুবা নুমিত্তা মণিপুর থাদোক্কুনা মরম্‌দম্‌দা চৎখি। করি - করম্ তৌবদগী অদুপ থুনা থবক্ থাদোক্‌খিবনো হায়বা ৱাফম শম্পৎনা ৱারীদু লীজরক্কে।

## রাৱাল অমরসিংহনা মণিপুর থাদোকপা ঃ

চীফ্ কমিস্‌নার ওইবতা ঙায়রিবা রাৱাল্ অমরসিংহনা মহারাজ বোধচন্দ্রা ওক্টোবর ১৬ কী অয়ুক্তা মাগী বাঙ্গলাদা লাক্‌উ হায়না কোইরক্ই। মহারাজ হে - হা তৌবগী মওং অমতা উত্তনা নুমিৎ অদুগী থারক্‌পা পুংফম্ প্রাইভেট সেক্রেটরী, এ ডি সি ঐখোয় অনীনা থৌগল তৌই। অসীগুম্বা থৌদোক্কী খোঙ্‌চৎ খুদিংদা ঐখোয় অনী অসী কৈদৌঙৈদসু থাদোক্লদনা মহারাজগী থৌগল্ তৌরক্ই। ওম্থোক্‌পা অঙক্‌পা অমা ওইনা বাঙ্গলা য়ৌবা মতম্‌দদি চীফ্ কমিস্‌নার লৈতে, চখোক্‌খি হায়রে। মহারাজ বোধচন্দ্র অদু মায় হাইফেৎ লূম্‌থরপ্ তৌনা তন্না গাড়ীদা লেঙ্‌খত্তুনা কোনুংদা হল্লক্কে।

পুংখায়মুক্কী মনুংদা অমরসিংহনা মহারাজ বোধচন্দ্র লেঙঙক্লম্মি হায়বা পাউহেক্ ফংবগা থীন্দনা কোনুং তানা গাড়ীদা লাক্কুনা থুংলৈ। পাউ অসী মহারাজদা হেক্ হঙ্গলুবগা অমুক্তা থোক্খিদ্রিবা অমদি উখিদ্রিবা মওংদা খাঙ্চেৎ-নম্খাং হোংদোক্পা লোইবতা ঙায়রিবা মতৌগুম্না চ্যেক্ মচু গেরুৱা মচুগী লুঙ্গি অমা থোন্ন-থোন্না মোজা ফূরীৎ ফাওবা, য়াওদনা খুদোল্ অমতংদি তোংলগা লেঙ্থোরক্ই। উন্নরিবা মফম্ অসী শঙ্গায় মাঙ্গোল্ অৱাংথংবদনি। ফম্থদ্রিঙৈদগী লেপ্ন-লেপ্না বোধচন্দ্রনা ৱা ঙাঙ্বা হৌই। য়াম্না শাউবা অমসুং উশিৎ থৌওইদবগী ৱারৌবা মওংদি মাল্লি। অনী অদুনা ঙাঙ্নরিবদু হিন্দি, উর্দ্দু, ভোজপুরী লোন্ ময়াম্সি তোৎন-য়ান্নবনা ঙাঙ্নরিবদু কুপ্না লোয়না খঙ্বদি ঐখোয় অনীমক্ ঙম্খিদে। অদুবু মহারাজনা ঙাঙ্বগী মনুংদা ঐখোয় অনীনা তশেংনা লৌবা ঙম্হৌবদি লোল্ অদুমক্তি নত্রবসু "মীগী পুন্সি হায়বসি গুলি অমনা হেক্তা লোইবনি হায়বসি অমরসিংনা ভাব তাগদবনি" হায়বসিনি। ঐখোয় অনীদি শ্বাই-শ্বাই লাউই তাবদা। মহারাজদি করিমতা ফিঙ্গত্তে অমসুং পাখত্তে। য়াম্না চীং-লেম্না ঙাংঙি। অমর সিংহদি মরাল্ লৈরবা মীশক্ অমগুম্না শক্ফম্ হঙ্কনা তূমিন্না তাদুনা লৈ। অসীগী মতুং তাবা কুইদনা মহাক্ চৎননবা, মাগী বাঙ্গলাদা হন্ননবা বিদায় লৌদুনা চৎখি।

অমরসিংহ চৎখ্রবা মতুংদা সেক্রেটরী, এ ডি সি অনীদি মখোয়না ঙাঙ্নরিবা অদু খঙ্বা ঙম্ব্রা হংঙি বোধচন্দ্রনা মথক্তা পন্খিবা ৱাহৈ পরেং অদুমতংদি শেংনা লৌবা ঙম্হৌই, অতৈদি মারি-শারি ওইনতা লৌবা ঙম্মি, খুম্মি। মখোয় অনীতা খঙ্নবনি, মী অতৈনদি খঙ্লোই, মহারাজনা মখা তাখি।

অসীতনা লোয়ব নত্তে মহারাজ বোধচন্দ্রনা অমরসিংহগী মথক্তা লৌখৎলক্পা থবক্ ওইনা মথং নুমিত্তা, রাবাল অমরসিংহ অদু মণিপুরদগী থুনা লৌথোক্খিনবা য়াম্না থুবা পাউ অমা আসাম গভর্ণরদা থাখি। পাউ অদুগী থবক্ অসুপ্কী মতীক্ থুনা পায়খৎলক্খি মাদুদি অমরসিংহ তাং ১৮ দা মণিপুর থাদোক্পা তাখি।

## মার্জর এগ্রিমেন্টকী নৈনরোল

মণিপুর মার্জর এগ্রিমেন্টকী মরমদা মহারাজ বোধচন্দ্রগী ৱাফম্ মতাঙ্ অসিদা লোইরে হায়বা য়ারে। এগ্রিমেন্টগী ওইনদি য়াম্না তেন্না কূপ্ছিন্না ইবা য়াবনি। অদুবু

এগ্রিমেন্ট অসীগী মরীদা চয়েৎনবা কয়া য়াওরিবদু শেংদোক্পা, ফোংনা নৎত্রগা ঈঙ্গিতকী ব্বাফম্না অঙম্বা শরুক্তা শেংদোক্লবা হোৎনবদা খর শাংবা ব্বারী ওইনা থোক্লে। মাসিনসু অ-ইবনা পেন্বদি ওইবা নত্রি।

ইন্দিয়াদা বৃটিশ পেরামাউন্সি লেপ্স্ ওইরে শম্না ভারতবর্ষদা ইংরেজীগী শাসন মতম্ লোইরে - হায়বসি বৃটিশ ক্রাউন্না বিলাত্তা লাউথোক্পনি। ব্বাহে পরেং অসীমক্ ক্রাউন্গী মহুৎশিন্দুনা বৃটিশ অফিসারশিংনা মরী লৈনবা ইন্দিয়াগী মফম্ পুম্নমক্ শীন্ থুংনা নুমিৎ পুংফম্ অমতদা ইংকুমজা ১৯৪৭ আগষ্ট ১৪/১৫ ইন্দিয়ান্ ষ্টেন্দার্ড্ টাইম্ অহিং নোংয়াই চবুক্তা খঙ্হন্খ্রবনি। অসীনা থোক্পদি লৈবাক্ ব্বায়েল্ শক্তি ভারত মচাশিংনা পায়রগদবনি অসীনি।

হায়রিবা ব্বাফম্ অসী নুমিৎ-মতম্ পুংফম্ অমতদা মণিপুরগী পোলিটিকেল্ এজেন্টনা ক্রাউনগী মহুৎশিন্দুনা মহারাজ বোধচন্দ্রদা খঙ্হন্খি।

লাউথোক্লিবা অসিদগী খঙনিঙাই ওইবা কয়ামুক্ থোক্লক্ই —

১। মণিপুর অসী ভারতবর্ষগী মনুংচন্বা শরুক অমনি হায়বা ঊৎলি। অদু নত্রবদি বৃটিশ্না ইন্দিয়া থাদোক্পা মতম্দা মণিপুর য়াওবা দরকার ওইদে।

২। মণিপুরদি নিংথৌ পান্বা লৈবাক্ অমা ওইবনা শাসনগী দায়ীত্ব নিংথৌদা শিন্নবা মশানা তাবনি।

৩। মণিপুর স্বধীন ওইরে হায়বা ব্বাফম্ অমা লাক্পসি মতাং অসিদগীনি।

৪। ব্বাফম্ অসী হেক্ তাবদা চুম্না উরবসু স্টেন স্টিল এগ্রিমেন্ট অমসুং ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এসেসন গা চুর্শিন্নরকপদি চৎনবা য়াবা ব্বাফম্ ওইদে।

৫। মণিপুরদি পুরা-পুরি স্বধীন ওইবা রাজ্য ওইনা নিংথৌপান্বা লৈবাক নত্তে। ইং কুমজা ১৮৯১ গী থৌদোক্ ব্বাথোক্কী মতুংদা বৃটিশ্না হাপ্পা নিংথৌনা পান্বা বৃটিশ্গী সেদুল ১৮ গী কয়ামুক্তা শৌগৎলগা শাসন তৌবা লৈবাক অমনি। বৃটিশ প্রোন্টেক্টোরেট কয়াগী মনুংদা মণিপুরসু অমনি।

৬। ভৌগলিক অবস্থাগী মতুংইন্না নাইতোম্ মথন্তা লেপ্চবদা ব্বাগদবা রাজ্য খরগীদমক্তি মথক্তা পন্খিবা ডুকুমেন্ট অনী অসীগী কান্নবা লৈনিঙাই ওই। ডুকুমেন্ট অসীগী মরু ওইবা, থোইদোক্না মণিপুরগী ওইনদি ক্রাউন্গী মফমদা

ইন্দিয়ান্ ডোমিনিয়ন্না, মতুংদা ওইরক্কদবা য়ুউনিয়ন্ হায়বদনি। খেন্নবা লৈতে অনী অসীনা ঙাকলোঁ ওইদুনা বৃটিশ্না মণিপুরবু য়্যুনিয়ন্দা শিন্নরম্বা ওইবতাই খুদক্কী ওইনদি নিংথৌদা শিন্নদবা য়াদবা শাসনগী ৱাফম্ লাক্‌খিবনি।

ইং কুমজা ১৯৪৭ আগষ্ট ১৫ দগী ১৯৪৯ ওক্টোবর ১৫ ফাওবা চহী ২ (অনীগী) মনুং অসী হান্না ক্রাউন্‌গা মণিপুরগা লৈনরম্বা অদুগুম্বা ইন্দিয়ান দোমিনিয়ন্ অম্‌দি ইন্দিয়ান য়ুনিয়ন্‌গা মরী অদু অদুম্ লৈনরি। অদুম্নদি ওইরগা ভারতবর্ষগী ষ্টেট ৬০০ (চা তরুক) গী মথক ওইরবা ময়াম অদু লোইনা পুনশিন্দুনা য়ুনিয়ন্ অমা শেন্নবগী মনুংদা মণিপুরসু অমা ওইরি। মণিপুর মার্জর্ এগ্রিমেন্টকী ৱাফম্ লাক্‌ইবসু মতাং অসিদনি। মণিপুরগী ওইনদি এগ্রিমেন্ট অসী মশক্ নাইবা ঐতিহাসিক তাংকক্ অমনি। চুম্না য়েংগদবা অমদি ইতিহাসদা ওইদবা-চুম্‌দবা, ওইথোক্তবা ৱাফম্ য়াওরবদি ইতিহাস অদু অশেংবা ইতিহাস ওইদ্রে। মরম্ অসিদগী য়াওগদৌরিবা মচাক্ অদু মাঙ্‌জৌননা য়াম্না মুন্না অচুম্-অরাল্ বিচার তৌহৌদবা য়াদবগী মরম্ য়াম্না চাউনা লৈ। নৎত্রবদি ইতিহাস অদু লান্না চৎখ্রগদবনি। তুংগী মীরোল্‌বু লান্না লমজিংখ্রগদবনি। মাসি ঈরায়-লায়না লৌবা য়াবা নত্তে।

লাইবক্‌থীবদি, ঐনা তাজবা মীশক্ খরগী ৱারী অমসুং ভাষনশিংগা কোন্ননা থেংনজবা লাইরিক খরদা ঈশা য়াওবদা উজহৌবা অমসুং তাজহৌবশিংগী ওন্ন-তৈনবা ৱাফম্ কয়ামুক্ থেংনৈ। মখোয় অদুবু নম্‌শিন্দুনা অদুম্ থল্লবদি ঐহাক্‌সু মীনম্বা, ওইদবা ৱাফম্‌শিং অদুদা চেন্নবা মীশক্ অমা ওইদুনা পাপকী কোম্‌দা তামিন্নবা মশানা তারবনি। মরম্ অসীনা ঐনা উখি-তাখিবশিং অদুসু মীয়াম্‌দা পুথোক্‌পা তাই। লৌবা-লৌদবগী ৱাদি অতোপ্পা অমনি।

অহান্‌বমক্তদা থেংনবা অরান্‌বা অমদি আগষ্ট ১৪/১৫ নোংয়াইদা পোলিটিকেল্ এজেন্ট উনবা রেসিডেন্সিদা চৎপসি মহারাজ বোধচন্দ্রগা সেক্রেটরী গৌরহরি অনী অসীদনি হায়বসি অচৌবা অরানবা অমনি। অদুপ্ চাউবা অমসুং মরুওইবা থবক্ অমদা মহারাজনা মাগী এডিকোং য়াওদনা লেঙঙি হায়রবদি অতাবনা থাজনিঙাই ওইরোই। অসীগুম্বা মশক্ নাইবা থৌফম্‌দা নিংথৌনা মাগী সেক্রেটরী অমসুং এ ডি সি লোয়নবা হায়বসি তঙাইফদবা নিয়ম, চৎনবীনি হায়বনি হংননিঙাই ওইদ্রবা ৱাফম্নি, মাসি নিংথৌগী হৌনবী মতীক মগুণগী মনুং চন্‌বনি। অসীনা

মরম ওইনা ঐহাক ঈশামক্ তশেংনা য়াওরুবনি হায়বসি ঈচং থৌনা হায়বা ঙম্মি। তেল্লবা মিনিট ২/৩ গী থবক্ অদুদা ওইখিবা সিনেরিও-দৃশ্য অদু হুজিক্ মক্ ঐহাক্ শংশংনা শিলোংগী অহান্বা উনবা নুমিত্তা উখিবা দৃশ্যগুম্ তশেং তশেংনা উদুনা লৈবি। তশেংনমক্ হায়রবদা ঈশা য়াওরুবা থবক্ ঈশানা পাক কাউবা য়াদে, হৌনদে। মীতোপ অমনদি মহাক্ অদু য়াওবরা, য়াওদবরা নীংশিংদবা খল্লুদবা য়াই। ৱাফম্ অসী লাক্পদা কর্নেল ভূবন্না ঐগা উনদুনা চম্থোক্লবিরম্বদি চুম্বনি। নৎত্রবদি মতুংদা ঐনা ঙাঙ্বা, ইবা পূম্নমক্ চিংননিঙাই ওইবা অমসুং থাজদনিঙাই ওইবা লাক্পা য়াই। থৌদোক্ অদুগীদমক্ মতম্ অদুগী পোলিটিকেল এজেন্ট মি জি পি ষ্টেৱার্ট করিগুম্বা হেন্দোক্ থোইদোকপা ফিজেৎ লৈতেং শেৎ- চাবা তৌরম্দে, তৌবসু তৌনদে, মহাক্তি অদুনি-অদানি হায়না শক্ তারুবগুম্ মহাক্ ক্রাউন্ রিপ্রজেন্টেতিবনি হায়বদুনা হান্ননা খঙনবনি। য়াম্না শাম্বা ৱাহৈ ৫/১০ না মণিপুরদা বৃটিশ্ শাসনগী মতম্ খুদক্তা লোইরে, মহারাজদা শাসনগী দায়ীত্ব শিন্নরবনি। অসীখক্তনি মখা তানা মহাক্না (মিষ্টর ষ্টেৱার্ট) মণিপুরগী দোমিনিয়ন্ এজেন্ট ওইরবনি হায়নবগী মতাং লৈতে। দোমিনিয়ন্ অসী অহাপ্পা অমদি লৈফম্ থোকই। মহাক্ মশানা হায়রগা হেক্তা ওইবা যাবদি বিচার মতুংইন্না য়াদে। দোমিনিয়ন এজেন্টসি ইন্দিয়ান দোমিনিয়ন্না থাপ্কদবনি। অদুবু দোমিনিয়ন্দি খুদক্ অদুদা পোক্পদা মঙায়রি। বৃটিশ্কী মখূৎ থিংজিন্বা য়াবসু নৎত্রে। মরম্ অসিদগী দোমিনিয়ন্ সরকারগা মহারাজগা অনীগী শম্নবা মরী ওইগদবা এজেন্ট অদু মতম খরদগী ওইরবসু লৈতে হায়না লৌবা তারকই। বৃটিশনা পুরম্বা মণিপুরগী দায়ীত্ব অদু দোমিনিয়নগী এজেন্টনা লৌগদবদু এজেন্ট লৈতবদগী খুদক্কী ওইনা অহোবা অমা লৈগদবদু কুপ্শিন্নবা কর্নেলগী লাইরিক্তা হাপ্চিন্বা মওং ওইনা থোক্ই। মসিগী মনুংগী ৱারোলদি মথক্তসু খর পনখ্রে। ৱাফম্ অসী, ফোংদোক্লবা কনাসু লৈত্রবনি। ঐহাক্ অমনা হায়রিবসিনা লোইরে। খঙহৌবা য়াওদবনি হায়গুম থোকই।

মহারাজগী এডিকোং অমা ওইনা ঐহাক্না মহারাজ বোধচন্দ্রগী থৌগল্ য়াওদবা য়াদবগী মওংদা য়াওরুবসি শিলোংদা লোর্ড মাউন্টবেটন্ অমসুং রাজাগোপাল চারী অনীমক্ গাভর্ণর জেনেরেল ওইনা লাকপদা ঐহাক থৌগল তৌই; দিল্লীদা অহান্বা রিপাব্লিক্ দে গী ফংসন্দা থৌগল্ চৎলি। সার আকবর হায়দরীনা গোভর্ণর ওইরিঙৈদা লাক্দৌরিবা সরকারগী মরমদা মহারাজগা উনদুনা ৱারী শাননবা খোঙচৎ কয়ারক থৌগল তৌই। অসী পূম্নমক্ অসী মহারাজগী

ডিগ্নিতি ঙাক্নবা নিয়ম মতুং ইন্ন চত্তবা য়াদবা হৌনবী মতুং ইন্না তৌরক্পা ঙাক্তনি। অদুবু ইং কুমজা ১৯৪৯ আগষ্ট ১৪/১৫ গী ৱাফমদদি মওং অমা ওইনা উৎপসি মওং তাদ্রবা ৱাফম্নি। বৃটিশ্না ভারত থাদোক্কদবগী মতম্ খর মাঙোয়ননা দিল্লীদা চেম্বর ওফ প্রিন্সেস্ কী মীফম্ অম তৌখি। মাদুদা মহারাজ বোধচন্দ্র, গৌরহরি অমসুং হৈক্রুজম্ নবকান্ত এ ডি সি ওইনা চৎলি। মতৌ অসুম্'তৌনা মশক নাইবা রাজনীতিগী, শাসন্নচিংবগী মরী থোইদোক্পা মতাংদা এ ডি সি য়াওদনা, লোয়নদবা লৈতে। অদুগুম্বা খোঙচৎ নত্তবা লন্নাইগী ওইবা মতাংদদি এ ডি সি য়াওদনা অদুম্ লেঙিঙ। অমরোমদা প্রাইভেৎ খোঙ্চত্তদি মতম্ শাংবসু য়াওবনা ঐহাক্পু কোনুংদা থনম্মি। মরমদি মহারানী ঈশ্বরী অমসুং অতৈ ইবেম্মশিং তাইননবা মহারাজনা ময়াম্ খঙ্না ঐঙোন্দা শিন্নবনি। মরম অদুনা ঐনা কোনুং অমসুং অফিস থাদোক্কুনা মতম্ শাংনা চখোকপদা অকায়বা লাকই। মতাং অমগী মহারানী য়াওবী খোঙচত্তা ঐবুসু পুবিবদগী বেনারসতা মতম খর লৈরগা পুরকপা শেল লোইথোক্খিদুনা ইথন্তা কোনুংদা হল্লক্নগা শেল্ থাখি অসিনচিংবগী খুদোংথীবা মায়োক্নাখিবদগী ঐহাক্পু প্রাইভেট খোঙ্চৎ অশাংবদা পুবা তোক্খি। বোধচন্দ্র মহারাজগী মতম্দা ঐগী অবস্থাদি অসীনি। কোনুং মনুংগী থৌ ময়াম্ থাদোক্কুনা ঐনা মপান্দা চখোকপদা ঐনা পুরম্বা থবক্তু পুবিনবা মহারাজনা থাজবা মীশক্ লৈরম্দবদগীনি। মাসি পূন্নমক্ অসীগী বুদ্দি জ্ঞান অসী ঐগী গুরুদেব অমসুং ইয়াম্বগী মতেংদগীনি। অনীসিগী মফম্দগী কোনুং মনুং, লোয়শঙ্ ইবেম্মশিং লোয়নগদবগী অভিজ্ঞতা ফংজখি।

## মার্জরগী মরমদা শেংদোকনিংবা ৱাফম

ইং কুমজা ১৯৪৯ সেপ্তেম্বর, শিলোং খোঙচৎ অদুগী অহান্বা উনরুবগী মহারাজ মথ্বায় নুঙাইতনা হল্লকপগী মতাং ৱারীদা মহারাজ-সেক্রেটরী মপু-মনাই কনা অমা খঙদনা ৱারী শাই হায়বা মহারাজনা শ্রীপ্রকাশদা নোংমৈ কাপ্পা, অদুগা গৌরহরিনা রুষ্টমজিদা কাপ্পা অদুগী মতুংদা মহারাজনা গৌরহরিদা, গৌরহরিনা মহারাজদা খূদক্তা কাপ্নদুনা পূন্নমক্ খূদক্তা লোইশিন্নবা হায়বা, থবক্ ওইনদি থোক্খিদ্রবা উপন্যাসগী মতৌগুম্বা ৱারী অমসু কর্ণেলগী লাইরিক্তা থেংনৈ। খরদং খন্থদুনা য়েংলবদি ৱারী ওইনা অদুম্ লৈজখিবা তাবনি। থবক্ ওইনা থোকপা য়াবদি নত্তে মঙ্দা অসূম্-অসূম্ তৌরমই হায়না ৱারীনবা য়ারবা জাৎনি। অদুবু ইতিহাসগী ওইবা ৱাফম্দা য়াওশিন্বদি লাইবক্ থীবনি। থাক্ অসিগী মতম মতাঙ ওইদ্রি।

মতাং অমদনা সেক্রেটরী গৌরহরিদি মহারাজ বোধচন্দ্রনা এগ্রিমেন্ট সই তৌবা য়াখিবগী মতাংসি মহাক্ শুপখঙ খঙ্‌দে; অচীক্‌পা মতাং অমদা শ্রীপ্রকাশ লোন্না সৌগাইজম্ নবকুমারগা ৱারী শানরগা সই তৌবা য়ানখিবনি গৌরহরি মশাদি য়াওদে, খঙ্‌দে মতম অদুদা মহাক্তি তুম্‌দুনা লৈ, মহাক্ তাদনবা য়াম্না চেক্‌শিন্না ঙাক্-শেন্‌খি হায়বা মতাং অমসু মরিক চুন্না ইবা থেংনৈ। ঙসি ফাওবদা কনাগুম্বা মীশক্ অমতনা মাসিগী মরম্‌দা ৱা মচেৎ অমতা কাঙ্‌থোরক্‌পা উদে, তাদে। অদুনদি, ওইরম্বা তাবগী থাক্তা লৈবগুম্‌খ্রে। মসি শুপ্‌ওই ওইবা য়াদ্রবা ৱাফৈনি হায়গদবসি ঐহাক্তা মঙায়রে তৌবদি, ওইবা য়াবা ৱাফম্ নত্তে হায়না তুমিন্ লৈথোক্‌পা ওইরম্বসু য়াবনি। হায়রিবা ৱারী অসী চঙ্‌ননবগী তাঞ্জ-মেঞ্জ লৈতবতা নত্তনা গোভর্ণর্ অমদা অদুগুম্বা ৱাফম্ থোংজন্‌বা হৌন ব্যবহারগী মপান থোকপনি, ওইবা য়াবসু নত্তে। অদুগা ৱারী মশা (Episode) ৱাফৈ অসি শেম্‌গৎলকইবা অসীসু অচম্বা কোক্ নত্তে। ঐনা শেংনা হায়বা ঙস্মি মাদুদি ৱাফম্ অসী য়াম্না নেম্‌খ্রবা থাক্কী ৱাখল্‌দগী থোকপনি ৱাফম অমনা, রাজ্য অমগী গভর্ণরনি, অমনা রাজ্য অমগী নিংথৌনি। অদুবু চম্‌থ্রবা মীচম্ - মীরান্‌গী থৌশিল-থৌরাং ওইরবা ৱাফম্বু মতাঙ্ অসিদা পান্‌শিন্‌বা অসীমক্তি নাকল্ অনীমক্কী মতীক মগুণ ময়েং তাবনি। নাকল্ অনীমক্তা অফিস, সেক্রেটরিয়েট্ লৈতবা অমদি লৈবগীসু অর্থ লৈতবা তশেংনা উৎপা থোক্‌ই। মাসি মক্তি খর হেন্ন থুনা খন্নফম্ থোক্‌ই। এড্‌ভাইজর, সেক্রেটরী লৈনবা, থন্নবগী অর্থ লৈত্রে, কান্নবা ফংদ্রে। অমরোমদা মরীলৈনবা অফিসারশিংগীসু য়াম্না ইকাই নিঙাই অমনি। মথক্তা রেফরেন্স তৌখিবা চিঠি মরোল মুন্না য়েংবিয়ু।

ৱাফম্ মতেক অসীনা মার্জর্ এগ্রিমেন্ট কী পন্দুপ্তা সেক্রেটরী গৌরহরিগী শক্তিগীমমি য়াম্না শেংদনা, শাম্না তাহল্লি সেক্রেটরিগী মগুণ ময়েং তাবনি দাসগুপ্ত লাক্তুনা মহারাজ উন্নদুনা অরোন্‌বা পাউ পীরবা অদুগা চুংশিন্নদুনা য়েংবদদি মওং তাদবা ৱাফম্ অমা ওইনা থোক্‌ই। দাসগুপ্তনা পীরবা পাউ তারবগী মতুংদা মহারাজ বোধচন্দ্রগী পুক্লিং খংহোং হোংখিবা অদুমদি য়াম্না শেংলবা ৱানি। দাসগুপ্ত অদু কনাগী কদোম্‌গী মীনো, গভর্ণরগীরা নত্রগা মহারাজগীরা চপ্ চানা ঙসি ফাওবা ভাব তানা খঙ্‌বা ঙম্‌দ্রি। মরমদি, অনীমক্ ওইবা য়াবা মরম্ লৈ। তৌবতদি গভর্ণরগী চিঠিদা "Ex-Parte" গী ৱাফম্ অদুনা পীরিবা ঈঙ্গিত অদুগা য়াম্না চুশিন্নে। দাসগুপ্তনা দণ্ডবৎ তৌনা বোধচন্দ্রদা খুরম্লগা কপ্না কপ্না মাগী পাউদু পীরবদা ঐখোয় মহারাজগী

সনা নাক্তা লৈবা মতম থোক্পনা তশেংনা উবা-তাবা, ফংখি। দাসগুপ্তনা কপ্পীবদু "Crocodiles tears" নি হায়বা মীশক্ কয়াসু লৈতবা নত্তে। মহারাজগী পুক্নিং ওল্লক্পগী ৱাদি মহারাজনা গভর্ণরদা তাং ১৯-৯-৪৯ গী নুমিদাংদা ইখিবা চিঠি অদুনা সাক্ষী প্রমাণ ওইরবনি। বোধচন্দ্রগী চিঠি হায়রুবতনি অফিস য়াওদবদি য়াবা নত্তে। চিঠি ময়াম্ চৎনরিবদু অফিসনা খঙ্দে, য়াওদে হায়না থৈদোক্তুনা লৈবা য়াফম্ থোক্তে।

মথক্তসু পনখ্রে; দাসগুপ্তগী পাউগী মরু ওইবা শরুক্তা অসুম্না পল্লি, মহারাজ বোধচন্দ্রনা শিখাঙ খাদুনা সই তৌ হায়বা ইয়ামক্ য়াদ্রবদি বোধচন্দ্রবু লৌথোক্লগা মহুৎ অমা নিংথৌ হাপ্তুনা সই তৌহন্গনি হায়বা ৱাফম্ অসী য়ুউনিয়ন্গী অরোইবা ফিরেপ্নি।

মাসিগী মখা তাবা ৱাখলদি বোধচন্দ্র মণিপুর মরৈবাক্তা লৈবা য়াররোই, মণিপুরদগী আ-মপান্ লমদম্ অমদা লৈহন্খিগনি। মরম্দি ফম্ তারবা নিংথৌ অমা মরৈবাক অদুদা লৈহনবা নিয়ম্ লৈতে। অমুক্ ঈরাং হৌরকপগী চিংননিঙাই লৈগনি। অসী য়ৌনা খন্থহৌবসি বোধচন্দ্রগী তঙাইফদবা ৱাখল্ পরীংনি। লাইরিক্লা, শাস্ত্রনা হায়বা "সর্ব্বনাশে সম্মুৎপন্নে অর্দ্ধং ত্যজ্যতিস পণ্ডিত" "পূন্নমক মাঙ্বা তারবা মতাঙ্দা তম্খায় অমতং কলহৌবদু অশিংবা ৱাখল্নি" হায়বা ৱাখল্ মতুং ইন্না বোধচন্দ্রনা এগ্রিমেন্টকী সই তৌখিবরা হায়বা খন্ননিঙাইনি।

অসিদগী খর অমুক মখা তানা খন্থবসু দরকার ওইরক্লি শাগৈগী, নিংথৌগী বংশ মর্য্যাদা য়েংদুনা কনাগুম্বা নিংথৌমচা অমতা নিংথৌ ওইয়ু হায়বা য়াদবা থোক্লবদি ইং কুমজা ১৮৯১ মেজর মেক্সুয়েল্না কংলাদা য়্যুনিয়নজেক ফীরাল পাইহন্খিবগুম্ মিকুপ্-নাহুম্ শেন্নদুনা ঈ-পাউ ঙাইদুনা লৈরিবা আর্মি তেঙ্গোল্না ৱাংখৈ কোনুংদা মচু অহুম্গী ফীরাল পাইহন্নবগী খোঙ্জং চঙ্শিল্লক্মোই হায়নিঙাই লৈতে। ওইবা য়াবগী থৌরাং পূন্নমক তৌখ্রবনি। মতাং অদুগী মখা তারক্পা মতম্দদি ড্রাফ এগ্রীমেন্ট ওফ আরটিকল থাদোক্তুনা মখোয়না থোক্পা মওংদা মণিপুরগী শাসন লাক্পা তাবনি অমরোমদা অমুক নেগেটিব এসপেক্ট কী কল্পনা (Speculation) অমদা মণিপুর অসী মণিপুরীশিংদা শিন্নরগা বৃটিশনা পীরম্বা সেড্যুল ১৮ অদু লৌথোকখ্রে অদুগা নীংতম্হল্লে হায়না লৌরগা য়েংলসি —

মণিপুরনা নাইতোম্ তাবা রাজ্য ওইরে হায়বা উনা-তানরক্‌পদা য়ুম্লোন্নবা মপাঙ্গল কন্‌বা লৈবাকশিংনা, থোইদোক্লা খুদোং চাবা ঙাইরিবা ব্রহ্মদেশ, বর্ম্মা, কবো লৈবাক্‌না (ম্যান্‌মারনা) তুমিন্না য়েংদুনা লৈগদবা মান্দে। অদুঙৈ, গাম্ভীরসিংহ, নরসিংহ হাক্তক্কী লমন্ খুম্ননবা খুদোংচাবা লৌনিঙাই ওইরকপা য়াই। অমরোমদা, সেড্যুলগী মনুংদা Defence External Affairs, Currency & Coinage-Exchange, Postel Telegraph, Communication, Transport. National High ways, Motor Vehicles, Salt, Import & Export অসীনচিংবা বৃটিশ সরকারগী মতমদা পূন্নমকসু চৎখিফম থোক্লবা মতম্‌দা মণিপুরনা মখোয়গী মহুৎ অমুক্ শিঞ্জিনবা তাবা অসীগুম্বা সমস্যা কয়া লাক্‌পা তারক্‌পা তাই। অদুগুম্বা মতাংদদি য়ুম্লোন্নবা কবোগী মখূৎ মনুং চন্‌খিবা তারক্তুনা মণিপুর কবো লৈবাক্কী পীক্লবা জিলা মচা অমা ওইরকপা য়ারোই হায়বা লৈবা নত্তে। মাদুদদি মণিপুর করি-ওইবা তাবা! ইকুই কুইদ্রিবা কবো তম্পাক (কবো ভেলি) জৱাহারলালনা য়্যনুদা কনামতা তাক্লম্‌দনা অমসুং খঙ্‌হল্লমদনা পীথোক্‌খিবা করি মরম্‌গীনো? কনানা হংবা, হায়বা ঙম্মি, করিসু নাচুংদনা জগোয় শাদুনা লৈথোক্‌ই। নেহরুনা Manipur is the Jewel of India হায়রম্বদা হরাওনখি। অদুম্ ওইনমক্ হুজিক্কী মণিপুর অসীদি অদুঙৈগী মণিপুর অদুদি নৎত্রে। মাদুমক্তনা মতম্ অদুদা খন্‌ফম্ থোক্‌পা ৱাখল্ চহী ৫০ গী মতুংদা লাক্‌পা ৱাখলগী ইথিল্ সমস্যানি ঐখোয়না ঙসি চারিবা, ফংলিবা মহৈ পূন্নমক্‌সি।

ৱাফম অসিদগী লাক্‌পা য়াবা ৱাহংদি, হুজিক্কী মীরোল্ অসীনা খল্লিবা ৱাখল্ অসী চহী ৫০ গী মমাঙ্‌দা লেরম্বা মমিং লৈরবা মণিপুরগী রাজ-নীতিৱালশিংদদি খন্ননবগী বুদ্ধি-জ্ঞান লৈরমদবরা? লৈরমদবা তাই হায়না লৌবা তাই। মতম্ অদুদা মখোয়না বোধচন্দ্রবু নিংথৌশাব হায়বা এপিথেৎ (Epithet) অমা হাপচিন্দুনা লাউর-লাউরদুনা কোনুংগী অকোয়বদা আন্দোলনগী সভাযাত্রা চৎখিবদু নীংশিংলুরগদি মখোয়বুসু রাজনীতিৱালা শাবা হায়বা এপিথেৎ অদুমক হাপ্‌চিল্লবদি মতম্ অদুগী চপ্ চাবা থোল্লাউ অমা ওইরম্বা তারম্‌গনি। হীরম্ খুদিংদা মতম্ অদুগা হুজিক্কা য়াম্নমক্ খেন্নখ্রবনি। করি অমুক্ হায়রুগনি স্বাধীনতা ফংলবা আ-মতুং কাইথংদা আসামদগী খাইদোক্তুনা শাগৎখিবা নাগালেণ্ডনা মণিপুরদগী য়াম্না মাংজৌননা ষ্টেট ওইবা হান্‌খি। ৱাফম্ অসি হুজিক্কী মীরোলগী মতম্ অদুগা মতম্ অদুগী মীরোলগা

লৈনবা ফাক অদুগী ৱাহৈ খরদং পন্জবনি। মখা তাবা ওইনা লাকইবদি মণিপুরনা বৃটিশ সরকারগী মখাদা চহী ১৭ লৈরকপদগী হুজিক্ য়ুনিয়ন্গী মখাদা চহী ৫০ রোম্ লৈরকপা অসীগা অনীগী চাউনা উনরবা মীৎয়েংগী ৱাতনি। ৱাফম্ অসীমদি থোইনা কুপ্পা ইরুবগী কান্নদ্রে। খ্বায় মীয়াম্না অদুম্ খঙ্নবনি। ইং কুমজা ১৯৪৭ ফাওবগী মমাঙ্দা ওইরম্বা মণিপুর ফীবম্ অবস্থাগা মতুং তারক্পা ঙাসি ফাওবগী চহী ৫০ গী মনুংদা ওন্খ্রিবা অহোংবসিংদি অঙক্পগী মশক্ ওইরবনি। মসিগী ৱাফম্সিদি ঙসি ফাওবা হিংলিবা মীশকশিংনা মুন্না খঙ্লবনি। খর হেন্না কুপ্পা শীংথাবদা অচৌবা অধ্যায় অমা ওইগনি।

নিংথৌপানবা ষ্টেটশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী হান্না য়ুনিয়নদা তিশিন্খিবদি উরিষ্যা অমসুং ছটিশগড় ষ্টেটশিংনি। তাং ১৪/১২/৪৭ তা এগ্রিমেন্ট সই তৌনরগা তাং ১/১/৪৮ দা য়ুনিয়ন্দা তিন্খি। খ্বাইদগী কোনবনা বিন্ধ্যপ্রদেশ ষ্টেটনি। তাং ২৬/১২/৪৯ দা সই তৌনবগা লোয়ননা মর্জ তৌখি। লেম্হৌরিবা ষ্টেট খরদি বনারস, ত্রিপুরা অমসুং মণিপুরনি। অহুম্ অসীগী মনুংদা অমুক্ খ্বাইদগী কোন্না এগ্রিমেন্ট সই তৌনবনা মণিপুরনির্ বনারস না তাং ৫/৯/৪৯ দা অদুগা ত্রিপুরানা তাং ৯/৯/৪৯ দা সই তৌনখি মণিপুরনা অহুম্ অসিদগী ইকোন্ কোন্না তাং ২১/৯/৪৯ দা সই তৌনখি। অদুগা নুমিৎ অমতদা তাং ১৫/১০/৪৯ দা য়ুনিয়ন্দা লুপ্শিনখি। মপাঙ্গল্ কন্বা লৈবাক্মক্সু নত্তবা ষ্টেট মচাশিংগী মর্জ্ তৌবগী থবক্ অরোইবা তাংকক্ ওইনা পায়খৎলক্পসি মনুংদা করি করম্বা মরম্ লৈবদগীনো হায়বসি হংননিঙাইসু ওই খন্ননিঙাইসু ওইদবা নত্তে। মসিনা অমদি মাদুনা শোয়দবনি হায়বদি ঙম্বা নত্তে। চপ্ চাবা পাউখুম্দি য়ুনিয়ন্দগী ফংগদবনি। অম্হানি মণিপুরগী মতাংদসু। বোধচন্দ্রনা খুম্লগা অশেংবা পাউখুম্ ফংগদবনি। বনারস অমসুং বিন্ধ্যপ্রদেশকী থবক্ হান্না পায়খৎলুবা মতমদা বেরা থাংবা থোক্লকপদা মপাঙ্গল কন্বা ষ্টেটনা অশোনবগী হাক্কন্ চঙ্লক্দ্রা হায়বা ৱাফম্ খন্ননিঙাই ওই। অদুনা অচৌবা ষ্টেটশিংগী থবক্লা হান্বা তাবা ৱাখল্ লৈ। অমরোমদা ত্রিপুরা অমসুং মণিপুর বোর্ডর্ ওইবগা লোয়ননা খরা স্ত্রটেজিক্ ওইবা মফম্ ওইনসু তৌই। খ্বাইদগী খুদোংথীনিঙাই ওইবা ঐতিহাসিক্কী ওইনসু চেৎকশিন্ থৌরাং লৈতবা য়াদবা মফম্ অমদি মণিপুরনা ওইরি। মণিপুর, ভারতবর্ষ (ইন্দিয়া) তানা চঙ্ননবা বোটল্ নেক্ (Bottle Neck) মক্নি হায়নবমক্নি। অনীশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও (জাপান লাল্)

হায়বা অদুদা জাপান্না লান্দারকপদা অপন্বা থেংনদুনা মায়থীখিবা মফম্ মণিপুরনি। অমরোমদা অমুক্ থাইনদগী লাম্থিনদনত্তা লাক্লবা মপাঙ্গল কল্লবা লৈবাক অনী চীনা, বর্ম্মা (ম্যেন্মার) অনীগসু য়ূম্লোন্নরি। খুদোংচাবা ঙাইদুনা লৈবা লৈবাকশিংনি হায়বা য়ারবশিং ঙাক্তনি। অদুগীসু মথক্তা চহী ৫৭ কী মমাঙ্ ইং কুমজা ১৮৯১ দা থোক্খিবা থৌদোক পারা অদুমক্লসু মণিপুরবু মপাঙ্গ লৈহন্দনবা থৌরাং লোইশিন্বা ঙাইবগুম্সু মাল্লি। ইং কুমজা ১৯৪৭ চৎথ্রগা ১৯৪৮ গী অঙনবা শরুক্তগী মার্জর ৱাফম্সি হৌরক্খ্রবনি। মরক্ অসিদা পূর্ব্বাচল (পূর্ব্বাঞ্চল)গী ৱাফম্ অমসু লাক্তুনা মহারাজ বোধচন্দ্রনা শিলোংদা হঙ্গৎ হন্দা লেঙ্দুনা মণিপুরগী তুংদা ওইরকপা য়াবা ফীবম্গী ঈ-পাউ অশেংবা খঙ্ননবা হোৎনরক্খিবনি। মতম্ অদুদা মতম্ অদুগী আসাম কংগ্রেস মিনিস্ত্রীগী গোপীনাথ বড়দলয়, বিষ্ণুরাম্ মেধীনচিংবনা বোধচন্দ্রগী মতুং কোইন্ ইন্দুনা মণিপুরবু আসামদা তিনশিন্নবা কয়া হায়জরক্খিবনি। পূন্নমক্ অদু বোধচন্দ্র থোইনা তাখিদে, মখোয়গী ৱাশিংদু করিমতা কান্নখিদে।

মতৌ অসুম্ তৌনা খাঙ্জিনদুনা চহী অনীরোম অদু লৈরক্লবগী মতুংদা নোংদম্বা বিধিগী হেন্‌ফদ্রবা য়াওন্দগী নাম্থোক্তনবা "বিপদ কলে বিপরিত বুদ্ধি" খুদোং থীবা তারম্দাইদা শেরান্নবা (ওন্নতৈনবা) ৱাখল্ লাক্ই হায়বগুম্না মহারজ বোধচন্দ্রনা শিলোং খোঙ্চৎ লেঙ্ঙুবদু মখোঙ্ থোংনা মমং থিবা হায়বা পাউরৌ অদু ওইনা পাউথোকখ্রিবা অসীনি।

**লোইশিল্লকপদা**

মণিপুর মর্জর্ এগ্রিমেন্টকী মরম্দা ঈহৌ অমা লাকপা হৌখিবসি থোক্খিবা থৌদোক অদুগী মতুং চাউরাক্লা চহী ৪০ রোমগী মতম্ ওইরকপদগী ওইনা তৌই। হুজিক্কি চহী ৫০ রোম শুরে হায়বা য়ারে। মীওইবগী পুন্সি তংখাই অমগী মতন্নি। অসীগী মনুংদা মণিপুর রাজ্য অসিদা অঙকপা ফংনা অহোংবা কয়া লাক্খ্রে, লাকপসু লেপত্রি, লাক্কিঙাইসু ওইরি। লৈরম্বা কয়া লৈখিদ্রে, লৈরম্দবা কয়া অমসু লৈরক্লি। লেপ্পা লৈতে অহোংবা। লম্বী-থোং, য়ুম্-কৈ, মৈ-ঈশিং-নুংশিৎ, ফিজেৎ-চাক্চা, সমাজগী চৎনরোল, ধর্ম-কর্ম, য়ুম্বান্-কৈবান, পূক্কৈ-লন্গৈ শেল্-থুম্গী মরমদা অনৌবা য়াওল্ অমা পুম্‌হোং হোংবগুম তৌরবনি। মহৈ-মশিং তম্নবা স্কুল, কলেজ,

য়্যুনিভরসিটিনচিংবা মখল - মখলগী লৈরে। লাইরিক্ ময়েক চৎপা মীশীং অঙকপা ফংনা হেঙ্গৎলে। মেট্রিক্, বি এ, এম এ, ডোক্তরেট্কী মশীং লাক্পা ৱানরে মখল্-মখা কয়াগী শিন্‌ফম্ তম্লনবা মহৈ তম্ফম্শঙ্ কয়ামুকসু লৈরে, লৈরক্দবা কয়ামুক্সু উনরি। চখোক্-চৎশিন্দা নুমিৎ কয়ানিমুক্ চঙগদবা লম্দম্ পূং খজিক্তুংগী মনুংদা চৎননবা খুদোং চাবা লৈরে। পৃথিবীগী মনুংদা লাপ্থ্রবা মফম্দা থোকপা হুজিক্-হুজিক্কী থৌদোক্, ঈ-পাউ পূম্নমক্ য়ুম্গী কা মচা অমগী মনুংদা ফম্দুনা খূদক্-খূদক্তা উবা-তাবা ঙম্লবা চাওখৎলবা হুজিক্কী বৈজ্ঞানিক্কী ওইবা খুদোংচাবা ফংনরবা লৈবাক্শিংগী মনুংদা মণিপুরসু অম ওইরবা রাজ্যনি। পূম্নমক্ অসীগা লোয়ননা মণিপুর মশাগী ওইবা মীশক কয়া-কয়াসু মশাগী বুদ্ধি, জ্ঞান, রাজনীতি অর্থনীতি, সমাজগী, খুঙ্গংগী অমসুং লৈবাক্ অপুনবগী ওইবা থৌরম্ থৌদাং কয়াদা য়ুমলোন্নবা রাজ্যগা লাম্বা তৌনবদগী হেন্দোক্তুনা ভারতবর্ষ অমসুং সমুদ্র ইৱাংমদা লৈবা লৈবাক্শিংনচিংবা জাতিশিংগা লাম্বা তৌনবা ঙম্লবা মীশক কয়া কয়াসু চোংথোরক্লবা অদুগুম্বা পীক্লবসু য়াম্না মতীক্ মগুণ লৈবা মণিপুর অমা ওইনা পৃথিবীদা শীংথানরবা রাজ্য অমসুং ওইজরবনি। মণিপুরগুম্না পীক্লা মগুণ লৈবা অতোপ্পা লৈবাক অমা লৈতবগুম্ ঙসি ফাওবদা খন্নরবা লৈবাক্ অমনি, ঐখোয় পুম্নমক মাগী মচাশিংনি।

চানীং-থক্লিংবা পূম্নমক্ চাবা-থক্লবা, উনিংবা উরবা, চৎনিংবা মফম্ পূম্নমক্তা চৎলবা, পূম্নমক্ অসী মপাম্বোংগী মীৎ-নাকোং, য়া, খোঙ্-খূৎকী ইন্দ্রিশিংগী থৌরাংবনি। পূম্নমক্ অসী কোক্পা ঙম্লনবা মপোৎ-মচাক্ শেল্-থুম্ পাঙ্গল্ লৈজারবসু থম্মোয়গী মনুংদগী হৌরক্পা ইথিলগী থৌরাংবদি কোক্লনবা পাম্বে অরায়বা ওইদে। ৱাখল্ অসী মীপূং খূদিংদা চপ্ মান্ননা লৈ হায়বদি লায়না হায়বা য়াদে। ঈশ্বরগী খূৎশেম্দা শকমন্নদবা মীওই-মূর্ত্তি খেন্নবগুম ৱাখল্, বুদ্ধি, অপাম্বা তোঙান্ তোঙাল্লি। অসীগুম্বা চাওখৎলবা বৈজ্ঞ্যানিক্কী যুগ অসীগী মমংদা খরদংদা ওইরসু শরুক্ য়াবা ঙম্লবা হৌখ্রবা মতমদগী চহী ৫০ অসীগী মমাঙদা থোক্খিবা থৌদোক্ অমনা হৈদোকখ্রবা শঙ্গোমগী মরম্দা নীংঙমদবা, পেন্দবা থম্মোই ইথিন্দা ওম্চাক্লরক্পা ওইথোক্তবা নত্তে।

মতম্না শাংনা হৌখিবনা মণিপুর অসী মহৈ-মরোং চুম্না পাল্লবা, মপান মরা, মরু শাংনা, লুনা তাথ্রবা পাম্বী অমগী পাঙ্খক্ ওইরক্লে। মণিপুরগা লোয়ননা য়ূম্লোনবা রাজ্য ত্রিপুরা, মিজোরাম, মেঘালয়, নাগালেন্দ, অরুনাচল ময়াম্ অসিদগী খর লিরবা

আসাম রাজ্য তরেৎ অসী লেংগ-লেংগা ইন্ননা ক্রক্-ক্রক্ য়াঙ্শিন্বা তান্নবা থৌরাংগী মখাদা লমজেল্ তান্নবা মওংদা লৈরি। মণিপুরনা নাইতোম্ তারম্বা থোক্লবসু রাজ্যশিং অসীদি হৌজিক লৈরিবা অবস্থা অসিদগী হন্থবদি ওইরম্মোই।

হৌজিক্ মহারাজ বোধচন্দ্র লৈখিদ্রে। মার্জর্ এগ্রিমেন্টকী মতুং চহী ৬ তরুক্লোম্ ফাওবা বোধচন্দ্র লৈরম্মি। মানা হিংলিঙৈ মতম্ মনুংদা কনাগুম্বা মীশক্ অমদগী হৌজিক্ থোরক্লিবা ৱাহং কয়া, মহাক্কী মথক্তা থাঙ্গৎলক্‌ইবা চার্জ ময়াম্ অসী অমতা লাকখিদে। অনৌবা য়াওন্ শাসন মনুংদা চন্শিন্নবা খোইরেন মশা পাইনখি। মহাক্ অমদি, গভর্ণর শ্রীপ্রকাশগী লাং মনুংদা থুদুনা মতম্ খরদং মহারাজগা কোন্নহৌনবা হৌবনি মখাদা মহারাজগী পার্মেনেন্ট কর্ম্মচারী পুন্নমক্ অনৌবা সরকারগী থৌশিল্ থৌরাং মখাদা থাজিলখ্রগা মহারাজগা কোন্নদুনা মতম খরা লৈহৌই। মতম অদুদদি, মহারাজদা থাঙ্গৎলক্‌ইবা হৌজিক্কী ৱাফম্ ময়াম্ অসী বোধচন্দ্রনা ৱাহৈ ২/৪ দা লায়না সেংদোক্কদবা ঙাক্তনি। বোধচন্দ্রগী মশাদগী থোক্কদবা ঙাক্তনি। মীতোপ অমনা খুম্বা তারবদি ওইরম্বা য়াই ওইগনি অসুন্না থৈরপ্ তৌবা ৱাহৈনা অন্দাজগী পাউখুম পীবা তাবনি। কনাগুম্বা অমনা মতম্ অদুদা ৱাফম্শিং অসী বোধচন্দ্রদা পুখৎলমদবা করি মবম্দগীনো হায়না হংলক্পা থোক্লর্বদি করি হায়না খুম্বা তাবগে হায়বসি অরায়বা ওইরোই। মমৈদদি চহী ৫০ অসীগী মনুংদা খঙ্লকপা তাল্লক্পা বুদ্ধি জ্ঞানগী মতেংঙ্দগী ৱাফম্শিং অসী থোক্লক্পনি হায়বা অসিদা তারকপা ওইগনি। মসিগী বুদ্ধি জ্ঞান ফংলক্পসি চহী ৫০ চঙই হায়বগুম্বনি। হৌজিক্কী মীরোল অসীগী মতম্দদি মার্জর এগ্রিমেন্টকী ৱাফম্ অসী লানবা য়াওদবা ৱাফমগী মশক্ ওইরে। মায়োক্নদুনা খুম্মক্কদবা মীশক্ লৈত্রবগুম্নে হায়বদি মাদুদা মশামক্ য়াওরুব মী লৈত্রবগুম্ তৌরে। মাদুদগী তারক্‌ইবদি আশিবগা অহিংবা অচঙ্বগা ৱাফংনবগী মওংদা করিগুম্বা অমতা কান্নবা ফংদবা হায়বদু ওইববনি। "হৌখিবদি হৌখ্রে, মখা তাবদি করম্ তৌবা তারবা!" হায়বা মওংদা মশানা তাজরকপা তাই। ঐখোয়গী হিন্দু মুনি ঋষিশিংনসু হায়বিরম্মি— "গতস্য শোচনা নাস্তি" "হৌখ্রবগীদমক্ ৱানিঙাই লৈত্রে"। হৌখ্রবা, থোকখ্রবা থবক্তি থোকখ্রেদনা। ঙসি হায়বা নুমিৎ অসী হৌখ্রবদা অমুক হল্লক্তবগুম্বনি। নোংচুপ্‌কী স্কোলারশিংনা পল্লম্বসু মীয়াম্না থেংনরবা ঙাক্তনি "Man was not with the dead, let the past be burried with the dead" হিংদুনা লৈহৌরিবা

মীশিংনা শিখ্রবাশিংগী মথক্তা লাম্থেংনদ্রে, অদুনা শিখ্রবশিংগী মরম্দা লৈনবা নুঙাইনদবা পূম্নমক্ শিখ্রবা অদুগা লোয়ননা ফুম্জিনখ্রে। শম্না শিখ্রবশিংগা লৈনখিবা নুঙাইতবা পূম্নমক্ নিংসিংলুরগনু, কাওথোক্উ। কান্নররোইদবাশীংদা চল্হন্খিবনা ফরে হায়বগী নাকোয়নবা ৱাঙাঙ্নি।

মার্জর্ এগ্রিমেন্টকী ৱারী অসী সুপ্পা এগ্রিমেন্টকী অদুখক্তা লীবা তারবদি পীকখ্রবা বুকলেট্ অমা ওইনা থোক্কদবনি। অদুবু থৌদোক অদুগী হৌরকফম্ মরী-মখোঙ্ তাক্পা তারকপা; অদু নৎত্রেগদি কদোম্দগী করম্না, করিগীদমক্ অসীনচিংবা হংলক্পদা খুম্গদবা শরুক্ য়াওনা, মখা তাবা ৱাহংগী মফম্ য়ারিমখৈ লৈতনবা ঐনা উবা তাবা পূম্নমক্ পুনশিন্নবা হোৎনবদা ৱারী অসী খর শাংনা থোক্খ্রে। মরম্ অমদনা মণিপুরগী হকথেংনরুবা মীশক অহুম্গী মনুংদা ইথন্তা ঙায়হৌরবা। ঐ অমসু লৈত্রবা মতম্দদি ইতিহাস ওইবা তোক্তুনা নাটক, উপন্যাস অমসুং ফুঙ্গা ৱারীগী মওংদা লাক্তুনা চহী ১০৬ কী মনুংদা চাউরবা য়াওল্ অনীগী অমখক্ ওইরবা মর্জরগী তাংকক্ অসিমবু অচুম্বা ৱারী ওইনা থনম্নিংবদগী ৱাখল্ অতৈগী থবক্ থাদোক্তুনা ৱাফম্ অসী পুক্সি মমৈশিদা পায়খৎখিবনি। ৱারী অমা লীবা, ভাষন অমা তাবা, লাইরিক্ অমা লেংবা অসিনচিংবা অসী লীরিবা, ঙাঙ্লিবা, লেংইবা মীশক্ অদুগী মথক্তা মীয়াম্গী থাজবা থম্বা মহৌশানি। অসিনা মরম ওইদুনা ঈশাগী পরিচয় তাক্পা মতম্দা ইপা-ইমা, ইয়াম্বগী য়াওনা ঐগী হৌরকফম পীজবা অদুগীদমক্কি। ঈশামক্কী মায়কৈদগী মকসু মীনা থাজবগী ৱাংমদা লৈগদবা ৱাফম্ ফাওবা খরা য়েংশিনবা তাবা য়াওরক্ই। য়ারিবমখৈদি রেকোর্ডনা পুনবা, নিয়ম্-কানন্ আইন, ব্যবহার, চৎনরোল্ পূম্নমক্ অসিগা য়েংনদুনা লীজবা ৱারীনি। হুজিক লৈহৌরিবা ঐহাক অমদি ভাব তানরবা মীরোলগা তাইনবা তারবনিনা হায়দোক্পসু কদায় হায়দোক্কনুসি কদায় নুং অনীগী মরক্তা "হা" ওইবগুম্না "নমা ফুম্বা তোক্লবরা" হায়বা Dilema অদুগী পাংখক্ ওইরি। হায়ন হায়নমক ৱাফম্ কয়মুক অমা ঈচীল্ ঈরৈ ফাদুনা থম্বা তাবা লৈতবা নত্তে। ফম্নমক্ চুম্বা ওইরবসু তাবদা নুঙাইরোইদবা ৱাদি ঙাঙ্গনু হায়বা শাস্ত্রগী ৱা "সত্যম্ ব্রুয়াৎ প্রিয়ম্ ব্রুয়াৎ ন ব্রুয়াৎ সত্যম অপ্রিয়ম্" হায়বা অসিমক্তি লৌদবা য়ারক্তবা মতাঙ্ তোয়না থেংনরক্পদগী ঈশাবু ঈশানা মায়থীবা পীবা তোয়না থেংনবা তারক্ই। মাদুমক্কা ঙাইহাক্কী ওইনা ৱারীদা অকন্বা অকায়বা শাফু পীরবসু মতুং তারক্পা রেকোর্ড্না আইন্না শৌগৎপা ৱাফম্ ওইরকপনা

অচুম্বা মশানা তাক্‌চৈ। মাসিনা ঐনা ইঙ্গিত তৌজরিবদি খর খজিক্তং মুন্না লোইনা পাদুনা য়েংবিনবগীদমক্কি। মখা তাবা থৌদাংদি তুংগী মীরোন্দা শিন্নজরে।

লান্দবা, পূখ-নাম্ব লৈতবা, অশোয়-অঙাম্ সুপ্পমক্ ইয়াও য়াওররোই হায়বা ঙম্বা ঐগী গুন লৈজদে। মদুগী দমক্তি ঙাক্‌পিগনি মীওইবগী মপোক্তা ইরান্ মক্ লাল্লক্তে হায়নিঙাই লৈতে।

ঐগী পাউদম ব্বারী অসিদগী পাবিরীবা ইবুঙো ইবেম্মশিংনা খঙবিনিংবা খরদং ফংবিরবদি ঐনা নীংবা থুংজরে হায়না লৌজগনি।

অইবনা মহারাজ বোধচন্দ্রগা লোয়নরকপা মতাং অমসুং মতুংগী ফোটোশিং।



মহারাজ বোধচন্দ্রনা নিংথৌ ওইরিঙৈ মতম (১৯৪১-১৯৪৯)।

*ফোটো - ফেমিলি এলবম*



অফম্বা ওইরোমদগী ঃ এম রাধামোহন, এশাংবম মীনকেতন
অরেপ্পা ওইরোমদগী ঃ বীর সিংহ, এস কুঞ্জো, এম আনন্দমোহন, এস গৌরহরী।

*ফোটো - ফেমিলি এলবম*



**অরিবা সেক্রেটরিয়েট বিলদিং ১৯৪৭**

মণিপুর স্টেট দরবারগী প্রসিদেন্ট পিয়ারসনগা লোয়ননা অতৈ মেম্বরশিং।

*ফোটো - ফেমিলি এলবম*



মহারাজ বোধচন্দ্র জীপ, কার, সাইকল থৌদুনা চথোক-চশিন তৌবগী হৈনবী লৈ।

*ফোটো - ফেমিলি এলবম*



**রেট লেন্সদ বিল্ডিং, শিলোং**

ইং কুমজা ১৯৪৯গী সেপ্তেম্বর তাং ২১ দা মর্জর এগ্রিমেন্ট সই তৌনখিবা মফম।

*ফোটো - এ সি নেত্রজিৎ*



**মর্জর এগ্রিমেন্ট, ইং কুমজা ১৯৪৯ সেপ্তেম্বর ২১**
কৃষ্ণমুরতি, রুস্তমজি, শ্রীপ্রকাশ, মহারাজ বোধচন্দ্র, গৌরহরি, আনন্দমোহন।
*ফোটো - আর কে সি এস আর্ট গেলরী*



**কোনুংগী দরবার হোল**
জুদিসিয়ারী অমসুং দরবার মেম্বরশিং।

*ফোটো - ফেমিলি এলবম*



ভাইসরোই সি গোপালচার্য্যাদা মহারাজ বোধচন্দ্রনা খুদোলপোৎ পীবা।

*ফোটো - আর কে সি এস আর্ট গেলরী*



ইং কুমজা ২০০৪, মার্চ্চ ৬ তা আনন্দমোহননা (অইবা) চহি ৫০ গী মতুংদা সনাকোনুং চংদুনা নীংবা কায়না য়েংবা।

*ফোটো ফেমিলি এলবম*



মহারাজ বোধচন্দ্র লাইনিং লাইশোন্দা পুক্লিং লুপ্লি ।

ফোটো - ফেমিলি এলবম



মহারাজ বোধচন্দ্রগী মচানুপা মহারাজ ওকেন্দ্রনা অঙাং ওইরিঙৈদা পব্লিক ফংসন য়াওবা।

*ফোটো - ফেমিলি এলবম*



মহারাজ বোধচন্দ্রগী মশুনুপা মহারাজ লৈশেম্বা সনাজাওবানা নিংথৌ ফীজোল শেৎপা।

*ফোটো - রা: কু: সনাজাওবা*



ইং কুমজা ২০০৪, মার্চ্চ ৬ তা আনন্দমোহননা (অইবা) অফোঙবদা মর্জরগী মরমদা সনাকোনুং সঙ্গায় ছিরিদা ফমদুনা ৱারী লিরী।

*ফোটো - ফেমিলি এলবম*



মণিপুর সাহিত্য পরিষদকী মনা ফংখিবশিংগা লোয়ননা অইব (আনন্দমোহন)।

*ফোটো - ফেমিলি এলবম*



ইং কুমজা ১৯৯৫
মণিপুর সাহিত্য পরিষদনা পিবা 'সাহিত্য ভুষন' আনন্দমোহনদা চিফ মিনিষ্টর রিশাং কৈশিংনা খুদোল তম্বা।

*ফোটো - ফেমিলি এলবম*

## Appendix-I

# INSTRUMENT OF ACCESSION

Whereas, the Indian Independence Act, 1947, provides that as from the fifteenth day of August, 1947, there shall be set up an independent Dominion known as INDIA, and that the Government of India Act, 1935, shall, with such omissions, additions, adaptations and modification as the Governor-General may by order specify be applicable to the Dominion of India;

And Whereas the Government of India Act, 1935, as so adapted by the Governor-General provides that an Indian State may accede to the Dominion of India by an Instrument of Accession executed by the Ruler thereof :

Now Therefore I ..........................................................................
Ruler of ..........................................................................................
in the exercise of my sovereignty in and over my said State Do hereby execute this my Instrument of Accession and

> I hereby declare that I accede to the Dominion of India with the intent that the Governor-General of India, the Dominion Legislature, the Federal Court and any other Dominion authority established for the purposes of the Dominion shall, by virtue of this my Instrument of Accession but subject always to the terms thereof, and for the purposes only of the Dominion, exercise in relation to the State of .............................. (hereinafter referred to as "this State") such functions as may be vested in them by or under the Government of India Act, 1935, as in force in the Dominion of India on the 15th day of August, 1947 (which Act as so in force is hereinafter referred to as "the Act").

> I hereby assume the obligation of ensuring that due effect is given to the provisions of the Act within this State so far as they are applicable therein by virtue of this my Instrument of Accession.

3. I accept the matters specified in the Schedule hereto as the matters with respect to which the Dominion Legislature may make laws for this State.

4. I hereby declare that I accede to the Dominion of India on the assurance that if an agreement is made between the Governor General and the Ruler of this State whereby any functions in relation to the administration in this State of any law of the Dominion Legislature shall be exercised by the Ruler of this State, then any such agreement shall be deemed to form part on this Instrument and shall be construed and have effect accordingly.

5. The term of this my Instrument of Accession shall not be varied by any amendment of the Act or of the Indian Independence Act, 1947, unless such amendment is accepted by me by an Instrument supplementary to this Instrument.

6. Nothing in this Instrument shall empower the Dominion Legislature to make any law for this State authorising the compulsory acquisition of land for any purpose, but I hereby undertake that should the Dominion for the purposes of a Dominion law which applies in this State deem it necessary to acquire any land, I will at their request acquire the land at their expense or if the land belongs to me transfer it to them on such terms as may be agreed, or, in default of agreement, determined by an arbitrator to be appointed by the Chief Justice of India.

7. Nothing in this Instrument shall be deemed to commit me in any way to acceptance of any future constitution of India or to fetter my discretion to enter into arrangements with the Government of India under any such future constitution.

8. Nothing in this Instrument affects the continuance of my sovereignty in and over this State, or save as provided by or under this Instruments, the exercise of any powers, authority and rights now enjoyed by me as Ruler of this State or the validity of any law at present in force in this State.

9. I hereby declare that I execute this Instrument on behalf of this State and that any reference in this Instrument to me or to the Ruler of the State is to be construed as including a reference to my heirs and successors.

Given under my hand this ............................... day of August, Nineteen hundred and forty-seven.

I do hereby accept this Instrument of Accession.

Date this ........................... day of August, Nineteen hundred and, forty-seven.

*(Governor-General of India)*

## SCHEDULE

***The matters with Respect to which the Dominion Legislature may make Laws for this State.***

**A. Defence.**

1. The naval, military and air forces of the Dominion and any other armed force raised or maintained, by the Dominion; any armed forces, including forces raised or maintained by an acceding State; which are attached to, or operating with, any of the armed forces of the Dominion.
2. Naval, military and air force works, administration of cantonment areas.
3. Arms, fire-arms; ammunition.
4. Explosives.

**B. External affairs.**

1. External affairs; the implementing of treaties and agreements with other countries; extradition, including the surrender of criminals and accused persons to parts of His Majesty's dominions outside India.

2. Admission into, and emigration and expulsion from, India, including in relation thereto the regulation of the movements in India of persons who are no, British subjects domiciled in India or subjects of any acceding State, Pilgrimages to places beyond India.
3. Naturalisation.

**C. Communications.**

1. Posts and telegraphs, including telephones, wireless, broadcasting, and other like forms of communication.
2. Federal railways; the regulation of all railways other than minor railways in respect of safety, maximum and minimum rates and fare, station and service terminal charges, interchange of traffic and the responsibility of railway administrations as carriers of goods and passengers.
3. Maritime shipping and navigation, including shipping and navigation a on tidal waters; Admiralty jurisdiction.
4. Port quarantine.
5. Major ports, that is to say, the declaration and delimitation of such ports, and the constitution and powers of Port Authorities therein.
6. Aircraft and air navigation; the provision of aerodromes; regulation and organisation of air traffic and of aerodromes.
7. Lighthouses, including lightships, beacons and other provisions for the safety of shipping and aircraft.
8. Carriage of passengers and goods by sea or by air.
9. Extension of the powers and jurisdiction of members of the police force belonging to any unit to railway area outside that unit.

**D. Ancillary.**

1. Elections to the Dominion Legislature, subject to the provisions of the Act and of any Order made thereunder.
2. Offences against laws with respect to any of the aforesaid matters.

3. Inquiries and statics for the purposes of any of the aforesaid matters.
4. Jurisdiction and powers of all courts with respect to any of the aforesaid matters but, except with the consent of the Ruler of the acceding State, not so as to confer any jurisdiction or powers upon any courts other than courts ordinarily exercising jurisdiction in or in relation to that State.

## Appendix-II

### STAND STILL AGREEMENT

**Agreement between the State of ................ and the Dominion of India.**

Whereas it is to the benefit and advantage of the Dominion of India as well as of the India States that existing agreements and administrative arrangements in the matters of common concern, should continue for the time being, between the Dominion of India or any part thereof and the India States :

Now therefore it is agreed between the ................ State and the Dominion of India that :-

1. (1) Until new agreements in this behalf are made, all agreements and administrative arrangements as to matters of common concern now existing between the Crown and any Indian State shall, in so far as may be appropriate, continue as between the Dominion of India or, as the case may be, the part thereof, and the State.

   (2) In particular, and without derogation from the generality of sub-clause (1) of this clause the matters referred to above shall include the matters specified in the Schedule to this Agreement.
2. Any dispute arising out of this Agreement, or out of the agreements or arrangements hereby continued. shall, unless any provision is made therein for arbitration according, as far as may be, to the procedure of the Indian Arbitration Act, 1899.
3. Nothing in this Agreement includes the exercise of any paramountcy functions,

........................ State.

Secretary to the Government of India.

**SCHEDULE :**

1. Air Communications.
2. Arms and equipment
3. Control of commodities.
4. Currency and coinage.
5. Customs.
6. Indians States Forces.
7. External Affairs.
8. Extradition.
9. Import and Export Control.
10. Irrigation and Electric Power.
11. Motor Vehicles.
12. National Highways.
13. Opium.
14. Posts, Telegraphs and Telephones.
15. Railways (including police and other arrangement in Railway lands).
16. Salt.
17. Central Excises, relief from double income-tax and other arrangements relating to taxation.
18. Wireless.

**Appendix-III**

# মণিপূরেশ্বর মাহারাজগী ঘোষনা

**সভাসদ অপূন্‌বা,**

ঙসিসি মণিপুর ইতিহাসগী মশক নাইবা নুমিৎনি। ঙসিগিসি লৈবাককি অহানবা আইন সভানি। ইবুধৌ ইবুংঙোশিংনা থৱাই হকচাং কত্তুনা চহী লিশিঙ্ অনীরোম ৱানা ঙাক্লক্লবা মণিপুরগী রাজসিংহাসন ঙাকপা অমা ওইনা ঐনা আইন সভা ফোংজরি। মসি ঐগী ইহান হানবনি। ঐগি মতম অসিদা মতম অসিগি চুনবা অমদি বৃটিশনা তৌনবা মওঙ্‌দা আইন সভা শেমবা ফংজবা অসি ঐনা লাইবক ফবনি হায়না লৌজরি। নুমিৎকি মঙাননা নোংপোকলোমদা হান্না তাই, হৌনবনি। অদুগুম্না ঙসি, ঐখোয়গি লৈবাক অসিবু মপান্না শকলান্ননা উবিরবসু গণতন্ত্রমূলক শাসনগি সাবালক ভোট অমদি সম্মিলিত নির্ব্বাচন নীতি কায়দনা ভারতনা তাল্লক্লিবা শাসন নিয়মবু ভারতকি মনুংদা ইহান হান্না ফোঙহৌবা অসিমক ঐখোয়গি লেমজফমনি অমদি নুংঙাইবনি। ইংলণ্ডনচিংবা লৈবাক কয়া কয়াদা গণতন্ত্রমূলক শাসন তান্নরকপদা অঙাঙ্‌বা কয়া তানখ্রিবনি। অদুবু ঐখোয়গিদি ইশানদুম হৌজহৌবনা করিগুমবা অদুগুম্বা অমতা থোকখিদে। মসিমসু খল্লুবদা ওহ্লোক্লা নুংঙাইবা অমনি।

লৈবাকতা গণতন্ত্রমূলক শাসন চৎনবদা ঐনা পামজরবসু ঐখোয়গি শেমখ্রিবা শাসন নীতি অসিদা করম্বা অকায়বা, অহোবা লৈরিগদগে হায়বসি মুন্না নিঙ্‌থিনা য়েংজবক্লি। ঐহাক ইশাগিদি বৃটিশ রাজ লোইদ্রিঙৈদগি ১৯৪৭ ইংগি পোইলা জুলাইদগি হৌনা কাউন্সিলগী মখুত্তা নীতিনা শাসনগি ভার শিন্নফম থোকপা মখৈ শিন্নদুনা নীত্যানুরোধী ওইনা লৈজরক্লি। মরম মুন্না য়েংশিনবিরুদবা খরনদি কাউন্সিলগি খবক পূম্নমক ঐঙোন্দা থঙ্‌জিনবিবগুম তৌবা উই। মণিপুরনা য়াইফবতা ঐগি নুংঙাইজবনি। অদুনা লাইরিক হৈবগিদা চামদা মঙাদগি তারবসু শাসন অসিনা লৈবাক্কি সেবাগি লম্বী শেমলে। অৱাবা কোঙ্গায় খাঙ্‌দুনা পুকচেল অমতা ওইনা মণিপুরবু অৱাংবা থাক্তা পুখৎনবা হোৎনগদবনি।

লৈবাককি মথৌ পুবিরিবা য়াইফনবা শীনগনি চোংথোলপিরক্লিবা পুন্নমক্লা মণিপুরগি মনুংদা করি লৈ হায়বদু মুন্না মচা খাইনা য়েংবিফম থোক্ত্রা? ঙসি ফাওবদা ফীভম লেঙদ্রিবা মণিপুরনি, তুংগি মতম পুন্নমক্তসু লেঙদবা ওইফম থোক্ত্রা? পণ্ডিতজী জহরলালনা লেঙফরোই, কায়ফরোই হায়নসু তাকপিরিবা করি লৈফম থোকই?

ঙসিদি থায়নগি মণিপুর মাঙদা ফাওরকই, পুক্লিংদা থুক লাউরকই। লৈবাক নুংশিবশিংনা হৌজিক্কি লৈবাককিদমক্তা ঙম্বা মখৈ লাক্লসনু। মমাঙগি খঙহৌদবা কাঙবুনা থায়নগি নিঙথিবা মঙাননা য়ৈরকপদু অমুক্তং য়েংসি। মঙাননা হাইফেৎতা ফংবদা থম্মোইদা চাওথোক্তফম থোক্তে, লাইগুরুগি গুণগি মগুণ ঙাক্লোইদফম লৈতে।

ভারতকী নোংপোকপাংবদা অশংবা চিঙগি পল্লোননুংদা শংবান্ননা তারিবা তম অসি নিংথিজদরা? অথৌবা কয়াগী খোঙফম তারবা লৈবাক্লি। মীরৈবাক্লা ভারতকী সুইজারলেণ্ড কৌনবা নৎত্রা? মাসে ঐখোয়গী পোক্লফম মণিপুরনি। লিনা মগুণ লৈরবা, অচীক-অশা খায়বা লৈবাক্লি, হেরা, মনি মুক্তাগী লৈবাক্লি। লৈফমনা ভারত্তগি তোঙান্নদি তারগা ফীভম্না মশাগিদি অমতা ওইবা অদুগা ভারতকিদি প্রজা কোটি কোটিগি থৱায় কন্নরবা চিঙগি লানবন ওইবা লৈবাক্লি। ভারতকি নোংপোক অতিয়াদা অরংবা থৱানমিচাক্কি পাংখকনি। জগৎকি অকনবা জাতি কনানা মাবু মিহৌদবা য়াওবরা? ঐখোইগি পোক্লফম মণিপুরগি মওঙ অসিনি, নৎত্রা?

মাগি রাজনৈতিক ইতিহাস অমুক্তা পাখিসি। ২৪ ইংদা অমুক্তা হঙ্গৎসি। অৱাংদা খাগী মমৈৱায়না শিবসাগরগি সনাখোং য়ৌবা, খাদা নিংথি থেংবা, নোংপোক্তা নোংপোক নিংথিদগী হৌদুনা নোংচুপ চন্দ্রপুর (কাছাড়) কোনবা মাগী লৈবাক নৎত্রা? হৌজিক্কিনা বর্গমাইল ৮৬৫০ নি। অদুগী মথক্তা কবো তম্পাক্কি বর্গমাইল ৭০০০নি। অসিগী মনুংদা চিঙগি বর্গমাইল ৭৯৬০ নি। ঐখোয়গি লাইগুরুশিংগি গুণ য়েংসি। মৈদিঙঙু গরিবনিৱাজগি লান্দা পাওমেল তাসি। মখোয়গি লূ-তোংদা অথৌবগি নুংশিৎ, নিঙতম্বা পাম্বগি নুংশিৎনা কদায় ফাওবা য়ৈরম্মি। মৈদিঙঙু গৌরশ্যাম হাক্তক্তা কোম্পানী বাহাদুরগি ভেরেল্স্ট সাহেবকা ১৭৬২ ইংগি সেপ্টেম্বর তাং ১৪দা চট্টগ্রামদা তৌনখিবা সন্ধিসুত্র পাসি। মণিপুরগি নিঙথিবা আর্থিক অবস্থা ফংগনি। ১৮৩৪ ইং জানুয়ারি তাং ৯ দা মৈদিঙঙু গম্ভিরসিংহগা

কোম্পানী বাহাদুরগা তৌনখিবা সন্ধিসুত্র অমুক্তা য়েংসি। বর্গমাইল ৭০০০ পাকপা কবো তম্পাক ঐখোয়গিনি। ঙসি ফাওবা ঐখোয়না ব্রহ্ম সরকারদগি খাজনা লুপা ৬২৭০ চহিগি কারক্লিবনি। মাসি লমনা হল্লক্লবতদা লেপখিগদৌবনি। লম অসি নমদুনা শান্দোকহনবগুম থোকখিবদগি মহারাজ সনা পূক্লিঙ লাংতক্লনা নোংগাখ্রিবনি। চহি ৭ ঔৱা খুন্তাকঙৈদা শ্রীযুৎ নরসিংহনা লৈবাক্তগি ঔৱা তকখায়দুনা লৈবাক কলহৌবা য়েংসি। মরম চাউবা, মরল লৈবগি হৌনশা মণিপুর মীপান তাংদনা পাল্লক্লবা লৈবাক্কি। লল্লোল ইতিক্তা মাগি করি ৱাৎখি। সারকারনা পাল্লরমক্তদা মীরৈবাককি পোৎলম পূম্নমক ইরৈবাককি পোৎলমশিংদা মায়থিবা নৎত্রা? খুৎশা হৈবগি থবক পূম্নমক হৌগৎনবা মতম ওইরে। নমদুনা মাঙহনখিবা কাছাড়গি লমসু হনজিনবা য়ানবা হোৎনরি।

মণিপুরনা মপাল ফরিঙৈগি মতমদা চিঙ্-মত অনী অমতা ওইরমই। মশুং তাদবা মণিপুরনা য়েক্লবা পূম্নমক ঙাক্তুনা ১৮৯১ ইং ফাওবা ভারতকি লমদম অতৈনা বৃটিশ শাসন মখা পোনখ্রবা ফাওবদা মনিঙ্ তমনা পানজখিবনি। মণিপুরনা মীখা পোনখিবা চিঙ্ তম্না খাইবুংনরকপদগি নৎত্রা? চহি ৫৬ কি বৃটিশ রাজগি মতম লোইখ্রে। মখোয় চৎখ্রে। হৌজিক্তি চিঙ-তম অনী খুৎশম্নদুনা ইরৈবাক্কি নুংঙাই-য়াইফনবা হোৎনমিন্নবা য়ারে। মশুং নাইদবা মণিপুরনি। তিন্নফম থোকপনা পূকচেল খোইজেল অমতা ওইনা তিন্নরে। চিঙ্-তম অনীগি ৱাখল অমতনি, মিৎয়েং অমতনি।

হৌজিক জগৎকি জাতি খুজিঙ্মক্কি লুরবা তাঞ্জানি। মশা মশাগী ফিরেপ, মশা মশাগী য়াইফ ৱাখল, কন্না পূক্লিঙ্ চঙ্না থেংনরকই। থবক পঞ্জাও কয়া কয়াদা খৌরাংবা মিৎয়েং পীনরকই। মাসি পূম্নমক্কিদমক্তা ওইজবা কয়া থাদোক্লরি। জগৎকি অকনবা শক্তিশিংনা ক্রক ক্রক য়েংনদুনা ইন্নরক্লিবা তাঞ্জা অসিদা ভারত্তি হেন্নদুম মপাল ফগৎলক্লে। মশা ওইবা মণিপুরসু চিঙ-তম অনীগী মরক্তা নমদুনা খায়বুংনহল্লম্বা চৈখল শত্তোকখিবদগী হান্নগী মপাঙ্গল হঞ্জিল্লক্লে। মাসি উবা মণিপুর মচা কনা লৈবগে? লৈবাক্কি ফিরেপ মিংচৎ লেঙ্দনবা হোৎনবদা মথৌদাং ওইরবা অকন অথৌগী খোঙ্ফম লেপ্পা মণিপুরী জাতি অমুক্তা নিঙ্হন্নখিদ্রি, হৌজিকসু হনদে তুংসু হল্লোই। ঐখোয় কনানা ইরৈবাক য়োনগদগে? থিরবা মিংচৎ তানগদগে? মণিপুরগি মচা খুদিঙ্না অথিবা মিংচৎ অদু তৈদ্রিঙৈদা মরৈবাক্কি অমদি ভারত

ডোমিনিয়নগিদমক্তা শিরোইদবা কনা লৈবগে? লাক্লিবা সভানা ঐখোয়গী কয়রক্তুবা পূকচেল খোয়জেল তিন্ননা মনিঙ তম্না পাল্লক্লগা মণিপুরবু লেঙ্হনফম থোক্লোই।

শাসনগি মপাঙ্গল সেলদনি। লৈবাক্কি সেলগি লাকফম পোমিৎ মুন্না য়েংদুনা থবক্লা সেল্লম শেম্বনি। সেল্লম লৈত্রিবা জাতিবু ফিভম চাদবা জাতি কৌনৈ। মাসি অচুম্বনি। তৌদবা য়াদবা থবকশিংনা হেঞ্জিল্লক্তুনা থুকপা য়াবা মওঙ্মক লাক্লবসু মায়রোং য়াবা ঙম্লনবা ফিভম শেমহৌদবা য়াদবনি। সেল্লমগি মশক্তি মশানা হেন্দোক্লা লৈজরবনি, লোইবা লৈররোইদবনি। অৱাৎপবু পোৎথোক য়াম্নবা শেম্বদনি। মী খূদিঙ্মক্লা চেকশিনবা তমগদবনি। অরেম্বা পোৎকিদমক্তা সেল কয়া কয়া তাউথোকখ্রি। জাতিগি মীপূম খুদিঙ্মক সেলগি ফিভম অসি থুনা নংগদৌবা মতৌ অমা ওইরক্কদ্রা, উই।

লৈবাক্কি মচাক অসিবু নিংথিনা য়েংশিন্দুনা শিজিন্নরবদা চহিদা ক্রোড় অমা করিগি কারোই। করিগি ঐখোয়গি চঙগদৌবা পুন্নমক লাঙবা ঙমলোই? জিরিবাম, মোরেগুম্বা মফমদা হোরাইগি কোল, লশিংগি কোল, চেগি মিলনচিংবা থবক নিঙথিনা পানখৎলবদা লৈবাক্কি চাগা করিগি হেনগৎলোই? মণিপুর হাইদ্রো ইলেকট্রিক্কিদমক্তি খ্বাইদগি অফবা মফমনি হায়নরিবনি।

হাইদ্রো ইলেকট্রিক্লা লল্লোল-ইতিক্কি মরমদা শিজিন্নরবদা আসাম পুন্নমক পীবা ঙমগদবনি। চিঙ্-তমদা অচা-অচাবা মফমদা মতমগি চৎনবা খুৎলাই শিজিন্নদুনা থবক শেমগৎকদবনি। চিঙগি সহরশিংদা ইলেকট্রিক পানবা ঙম্লবদি নুংঙাইগনি। ঈ-পাউ চৎনবা, লল্লোল-ইতিক খুদোং চানবা চিঙগি লমদা লম্বী শেম্বগি মরীদা ঐখোয়গি ৱাখল হান্না পীগদবনি। হৌজিকমক পাল্লিবা লৌ অসি পরি লাকমুক্তনি। মাসিগি শরুক তরা পানখৎখিবা য়াগনি। গ্বা, চা লিমোন্নচিংবা শিজিন্নদ্রিবা লৈহাওদি লৈবা মফমদা থাবা হৌগদনি। মারৈবাক্তগি পুশিল্লকপদগি ঐখোইগি থাদোকখিবনা হেন্নবা তৌগদবনি। ঐনা চিঙ্ কোয়রুবদা খুৎকি থবক হৌজিক ফাওবা হিংবা অমদি লেপ্পা ঙম্বা উবদা ওম্থোক্লা নুংঙাইবা পোকখি। হৌখিবা লান্না পোৎচাকতি ফনা শোকখ্রে। থায়নদগি হৌনা তরেঙ, য়োংলমনা নিংঙোলশিংগি মরু ওইবা অউলপোৎ ওইরক্লিবনি। লৈবাক্কি সেলগি মরমদা মখোয় অসি শেমগৎনবা হোৎনফম থোক্ত? পোৎথোককিদি নোংপোক কসোম য়েংবা য়াবা মফম অমনি। খাদি ঐখোয়দদি অনৌবা নত্তে। মণিপুরদগিদুম হৌখ্রিবনি। কব্রংগি থবক কুইনা

হৈরক্লবনি। ঙসি ফাওবদা খোরখুলগি মুগা ভারত্তা মপা লৈত্রিবনি। সহর মপালগি লম শেমগৎনবা চাওখৎপগি তশেংবা লম্বীনি।

শিক্ষাগি মরম হান্না খনগদবনি। তহশীল খুদিঙ্দা, চিঙ্গি মরুওইবা মফমদা লম্বী থোংগা কোন্ননা হাই স্কুল অমমমদা ওইরবসু লৈগদবনি। মতুংগি শিক্ষা পরিকল্পনাদি ঐখোয়গা চুনবা থবক্তা কান্নগদবা য়েংগদবনি। ঐখোয়গি লন্নাই ওইবা লাইয়েং হিদাক্লচিংবা থৌগৎকদবনি। কলা বিদ্যা জগৎনা থাগৎনৈ। জগৎ কবি রবীন্দ্রনাথকি পূক্নিঙ্ চিংবা নৎত্রা? আসামগি লাট সাহেব আকবর হায়দরিনা থৌওইনা থাগৎপা নৎত্রা?

মণিপুর লালগি মরমদা লিংনা থমগদবনি। হৌজিক্কি জগৎতা অকনবা লালগি শক্তিনা জাতিবু অৱাংবা থাক্তা থাঙ্গৎলি। ইতিহাসদা তাদুনা ১৮৭৪ ইংগি চে-শিংদা কর্ণেল জনষ্টোননা হায়রমবা লৈ — "মণিপুর জাতিনা জগৎকি মনুংদা নিঙ্থিবা লান্মী থোকই।" ১৯৪৭ ইংগি জানুয়ারিদা নরেন্দ্রমণ্ডলনা থোঙ্ ওইনা ভারত সরকারদা বৃটিশ রাজনা ভারত অমসুং ব্রহ্মদেশদগি হেক হৌগৎখিবদা নোংপোক চিদাই অমদি মণিপুর ঙাক্লবা ফৌজ থম্বিনবা হায়খি। অদুবু ঙসিফাওবা মখোয়গি অরোইবা ৱা খঙ্দ্রি। ঙসিদগিদি দায়ীত্বশীল শাসনগি মনুংদা চঙ্লে। লৈবাক্কি অমদি ভারত ডোমিনিয়নগি মরম খরদং হোদোকপা ঐগি ইথৌনি। ঐখোয়না মীপূম য়ৈনা অমদি পুনশিন্না ভারত সরকারগা পুন্না নোংপোক চিদাই মণিপুরবু ঙাক্লবা হোৎনবা তাই। হৌজিক কার্লগি ফিভম অসি য়েংলবদি মাসিগি মরম অসি থুনমক পাঙ্থোক্তবা য়াদে। ভারত সরকারনা মাসিগি মরমদা ঐখোয়দা ঐখোয়গি অশেংবা উবদগি সেল খুৎলাইনচিংবা মতিকচানা মতম চানা পাংগনি হায়না খঙই। মরক অসিগিদি ঐখোয়গি লৈজবা সেল অসিগি মনুংদগি মনুংগি ঙাকপা ওক্লবা মতিকচাবা ফৌজ অমা থুনা শেমদবা য়াদে। মণিপুরীগি শাগোন্নরক্লবা লান্দা থৌবা পূকচেল অসি ভারতকি অচৌবা মরমগিদমক্তা য়োকখৎতবা য়াদে। মণিপুরনা মরা তপ্না ইঙনা পানবা-জগৎকি অকনবা শক্তি মরক্তা ফমফম তাল্লিবা ভারতনা কান্নবা, সোয়দবনি।

মণিপুরগী মশাগী ওইজবা ফিভম মতাসি লৈবাক্কি পন্নাপ পঙ্থিং খন্নরকপদা জ্ঞান লৈনরবা সরকার খুদিঙ্গি পূক্নিঙ্ চিংদফম থোকপ্রো? ঐখোয়না তৌবদবু তৌগে নিঙ্লবদা ভারত সরকারগি কয়া কয়া কান্নবা তৌবা ঙমগদদে য়েংবিয়ু।

হৌজিক মতম অসি জগৎকি ওইনমদবা মতা অমা ওইনা থোকলি। মণিপুরগিদসু অদুমঙাই। অদুম অদুম ওইনমক লৈবাক্কি কান্নবা তৌদুনা মখোয়দা অমদি জগৎতা অনৌবা শাসন কান্নে হায়বদু তশেংনা উৎকদবনি। নৎত্রবদি দায়ীত্বশীল শাসন হায়রুবগি কান্নফম লৈব্রা? ওইরক ওইরকপা মওঙ অদুগি অফ-ফত্ত য়েংবনা নীত্যনুরোধী ওইবা ঐনি। ঐখোয় মণিপুরীনি, মণিপুরদা পোকপনি. মণিপুরদা শিগদবনি মদু কাওফম থোক্তে। ঈশ্বরনা ঐখোইবু লংলা অমত্তদা লেংলন্নবনি। লৈবাক্কি নেতা পূন্নমক, প্রজাদা অৱাবা হাপ্তনা অনৌবা আয়গি লম্বী শেম্বিফম থোকই। সেল্লম ওইবা থবক অতেন-অশাং নাইবা থুনমক লৈবাক্কি চাওখৎনবা পানখৎপিফম থোকই। ঐনা নিঙশিংজে, মীপুম খুদিঙনা মখোয়না ঙাককদৌরিবা মণিপুরগি মায়কৈ মরিগি চিঙগি পল্লোল খুদিঙ মশক মুন্না খঙবা অদুগা চিঙ্গি য়ুম্বানগি মরমদসু মুন্না খঙজিনবনা মশাগি মথৌনি হায়বা খঙফম থোকই। মীরৈবাক্তা ছাত্রা থাদুনা লৈবাক্কিদমক লৌশিং তালহনগদবনি। অদুগা লৈবাক্কা চুনদবা শাজৎতি পুরকফম থোক্তে।

ঐনা পূন্নামকপু অচৌবা, থম্মোই ৱাংবা ওইনা উজনিংই। ইশা ইশাগি মরমদা নত্তে। মণিপুরনা হান্নগি মতমগুম মমান্নবা জাতিগি মরক্তা লেপ্পা ঙম্নবা, মাবু চাউহনবা চাওখৎহনবা অদুমবনি। থবক্তা মণিপুরগি য়াইফনবা ওইসনু। অৱাবা, মণিপুরগি নুংঙাইনবা ওইসনু। লিংজেল মান্নাবনা মণিপুরগি মপাঙ্গল ওইসনু। অচুম্বনা থৌনা ফবা শকসনু। কলম শিজন্নবসু ৱাহৈ শিজিন্নবসু থম্মোই শেংবা পামই। থবক্তা নীপা থোকপিয়ু। ফুরা দলাল মশিঙ্না লৈবাক্কি চাওখৎপা থানদে, অচুম্বা চৎপা মীশিঙ্না চাওখৎলি খঙ্নৈ। লৈবাক্কি য়াইফবা মঙাল লাংবদুদা পামজে। নীতি, অসিনা ওইগদবনি। লৈবাক্কী মঙ্গল ঈশ্বরদা নিসি।

| | |
|---|---|
| স্নাকোনুং, | সহি/ বোধচন্দ্রসিংহ, |
| তাং ১৮।১০।৪৮ ইং। | মাহারাজ, মণিপুর ষ্টেট। |

## Appendix-IV

Letter Date 17.9.1949

**From Maharaja Bodh Chandra**

**To Sri Prakasa, Governor of Assam, soon after reaching Redlands, Shillong.**

Here I am now today.

I heard while at Gauhati that your Excellency too would return to shillong only today. I feel that I should not disturb your Excellency today when you must have felt so tired by reason of the journey as I do though the time scheduled has been this evening.

Could I request that your Excellency will kindly fix some time tomorrow that will be convenient to your Excellency?

Letter Date 17.9.1949

**From Sri Prakasa**

**To The Maharaja.**

I am most grateful to your Highness for your very kind letter of date just received. I myself came back only this afternoon and was looking forward to the pleasure of meeting your Highness this evening. I do hope this long journey from Imphal to Shillong was comfortable.

I shall be most happy to receive Your Highness at 11 in the forenoon tomorrow. I do hope the time will be convenient. You will please not trouble to reply if it is so.

Thanking you again for all your courtesy and kindness.

Letter Date 18.9.1949
**From Sri Prakasa**
**To The Maharaja**

I should be glad if Your Highness will kindly come to Government House tomorrow morning at 9'30 a.m., when we may complete the discussion of this morning. I have been given definite instruction by the Hon'ble Minister of Sate, to the effect that the negotiations must be completed by the 20th of this month positively, and I have, therefore, no alternative but to insist that the matter be finalised without delay.

Hoping that Your Highness and party are comfortable.

Letter Date 18.9.1949
**From the Maharaja**
**To Sri Prakasa.**

The subject matter under reference involves the fate of future Manipur. I have received a number of representations and resolutions from the people concerning this important affairs. I enclose some of the copies in original for Your Excellency's kind perusal, which may please be returned when done with.

Now that the sovereignty of the Sate has been vested in the people it would be in the fitness of things to hear the people's voice and learn their sentiment so that the time of action may not in any case be unconstitutional.

It is highly gratifying to learn from Your Excellency's Adviser through my Private Secretary that should the administration of the Manipur State be taken over by the Centre. I shall be entitled to a sum of Rs. Two Lacs and twenty-five thousand per year as my privy purse for my life-time, but as I have no personal property worth mentioning it would be more graceful for the Government of India if it is raised to the extent of Rs. Four lacs.

I, therefore, request that Your Excellency will kindly allow me to have matter settled at the earliest time when the position as envisaged in paras I & II is properly studied.

This is what I would lay before Your Excellency when I meet Your Excellency tomorrow at 9.30 a.m. and nothing more. I confidently hope that Your Excellency will kindly enable me to expedite the matter by returning to Imphal tomorrow since I do not wish to lose time.

'URGENT' Letter Dated 19.9.1949
**From the Maharaja**
**To Sri Prakasa**

Please refer to my letter of yesterday night.

Since no reply has come to the contrary I think Your Excellency, recognising my difficulties, has kindly allowed me to go back to Imphal without meeting Your Excellency again.

With Your Excellency's kind permission I am leaving here this afternoon to expedite matters. The papers connected with my yesterday's letter may kindly be returned to Imphal.

Letter Dated 19.9.1949

**From Sri Prakasa**

**To the Maharaja.**

I duly received your letter of September 18 late night informing me that Your Highness will come to me this morning at 9.30 a.m. in response to my letter sent earlier in the day, when we could have our final talk.

As the letter was very definite, no reply was needed; and I was expecting to receive Your Highness when I get your letter of date

from which I gather that Your Highness was expecting a reply. I shall be happy if Your Highness will kindly come at once in order that the matter may be finalised.

I communicated to Delhi to the State Ministry yesterday all that transpired at our meeting in the morning, and I have my very strict instructions that the negotiations must be completed before Your Highness leaves Shillong. I am confident that I shall have Your Highness fullest co-operation in the matter.

With kind regards.

Letter Dated 19.9.1949

**From the Maharaja**

**To Sri Prakasa.**

Thank Your Excellency for your letter just received.

I have cancelled my programme of leaving Shillong for today. The matter becomes very serious. It appears that the Government of India seems to be rather unkind and unsympathetic to me in giving me such a short period for me to ponder over this major problem and I am also quite unfortunate in not getting from the Government of India even the slightest indication of the subject matter to be discussed in Shillong and as such I have deprived of the legal advice from my legal Remembrances and the voice of the popular Assembly.

If I am compelled to work independently of my people my action will be quite unjustifiable.

If I see Your Excellency I shall have to repeat the same tune as conveyed in my letter of yesterday and I am afraid Your Excellency may be annoyed with it - a line of action I would like to avoid.

It seems to me that the best course would be to allow me to go back Imphal and arrange to bring about a very speedy solution of the matter.

